# য়ুম্বুরেন

## ( ১ )

লৈবাক্কী মপু ওইবা মীগী রাখল অতুগা থবকসি য়াম্না লুংঙ্গে। য়ুমগী য়ুম্বুরেন পুন্সি তাংকক ফংবস্থ কোমথোকপা ঈয়া য়াদে। য়ুম য়ুমগী মপুনা মরু চেৎপা রাখন্দা থৌরম খুদিং পাঙনরবা অতুগা পুন্না হিংমিন্নবগী পুকচেল চেন্নবদি লৈবাক্কা মুংঙাই য়াইফরোইদবগী মরম থোইনা লৈরোই। অতুবু কুমওন থাওন কয়া চংনা চুমথোকপদা রানা থোক্লগদবা অহনশিংগী মতৌদা রাখল লংজিন মাঙক্লে। মথোয়না মী অতৈবু লান্না লমজিংই অতুগা অতোপ্পা মী কাংবুগা পুন্না হিংমিন্ননিংদে। মথোয়গী মরক্তা লমচং হায়বতু পুমথা থাদোকপা মীস্থ য়াওরি।। মথোয়স্থু ঈ পাম্বা, তোংশা থিবা জীবগুমই। মথোয়না, পুন্না, তুংগী মীরোনশিংবু লান্না লমজিংবদা থরায়সি তনিক তনিক থাঙই। অতুম্নদি ওইরগা, পুক্নিং মান্নবশিংগী মতৌদা কংলুরবা থম্মোইসি ময়োন্দি চোংলি।

ইম্ফাল সহরগী নোংপোক চিদাই তাবা লৈকাই অমদা

লৈবা লাইশ্রম ইবোতোনসি লৌমীনি। মহাক অসি খা—নোংচুপ লমগী শরুক্তা লৈবা, মোইরাং তাবা লমজাওনা ফাওনা চেনবা, খুঙ্গাউ অমদা লৌউরম্মী। মহাক অসি মীদা অমনি। শক-চুনা মীগী পুক্নিংদি তাক্তে। অদুবু, পুকচেল থীরবা মীগী মশক্তি ফজরবসু অদুম মথীরমাল্লে। ফজবনা পূমথা থাদোকপা নত্তে ইবোতোনসু। অদুদা, মাবু য়াদবা য়ান্না লৈত্রে। য়ুম-লোম্নবশিংনসু মাবু চান্দ্রে। য়াহৌ থেঙবা ইবোতোন কতন মীরেমসু থাকপনি। চাদিংনা চাগাদগীসু হেনবসিনা, মী ওইনা হিংবদা কান্নদ্রবা, তৌবিমল খঙদ্রবশিংগী শেল পূবি। মতিক-মপা চাদনা, লৈথোকপা য়াদ্রবা ধর্ম্মগী থৌরম খুদিংমক লেম্নবগী থৌদোদা শেল চংনা চংনা পাঙথোকই। মতুদগী মীগী মরল তোল্লি। জাৎ অতৈবুসু মী নত্তে খল্লি। ময়ুম পানগ্রবী মচানা ময়ুমদা চেল্লক চেল্লক্কুনা লৈরবা মানা পামজৈ। মচাশিংবু ফিজেৎ লৈতেংদা কা হেম্না শেল তিংহল্লি। পূমশোয় শোয়রবা ইবোতোল্লি। য়ুম্নুরেন ইবোতোনগী মথাদা মী মরি লৈরি। মচা মুপী অহল ইবেমপিশক্তি মপুরোইবা কংগ্রে। মাগী পুন্সিগী অরা মুংঙাই শরুক য়ামিন্নবী ইবেয়াইমা, মচা মুপা অহম ইবোয়াইমা, অতোম্বা তোম্বী অমমুং খ্বাইদগী অতোম্বী ইবেতোন—মথোয় মরিসিদি মাগী মথাদা লৈরি। অদুগা, চহিদা মথক ওইবা, থৌদি থারবা অপোকপা, অহনসু লৈরি। মপা অহনসিসু মচা ইবোতোম্না, হৌনবা মতাং লাক্লবনা, য়োক-থাক্লি। অপোকপীদি হ'কুম লৈখিদ্রে।

কুমসিগী লৌথোক্তই থাদদি ইবোতোন লৌবুক কুমত্রে। মরৌ শঙম মঙারোম লৈবহু মীংডোন্দা শান্দোকখ্রে। মাসি মমিংদদা লৌমী ওইরম্মী। লৌফম্না ফনা ফরবস্তু মানবু উরবদি থোকপা মরৈখিদ্রে। য়োংলম খায়গল্লি; লৌগুন শুহন্দে। মাগী লৌফমদা শুকফাৎ ফাত্তবা লম মচেং মচেংশিংদা তাথ্রবা ফৌরূশিংহু, অরেম্বদা, চাথোক নিংখিনা ফংহল্লোটদবা পাম্বী ঙাক্ত ওইনা হৌরকই। লিংগদবদস্তু হুঞ্জিল্লি। উকায় নিংথিনা তক্লে; হাবেং থাদা নাপীশিংনা মাগী লৌবুক্তা মনিঙ তৌনা হৌবহু মমিৎনা উবা ঙমদে। অদুনা, মশানস্তু য়ুম ক্ষোৎপা, করিগুম্বদনা অদুক শাবা, অদুগা অহাঙবা মতমদনা মাইবস্তু শাহুনা হিংবা পাম্বনা মরৌ শান্দোকখ্রে। অদুদা, মরৌ উবহুস্তু মাগুম্বা ওইরে। মাদি তায়খ্রিবা খুঙ্গাও অসিদা লেঙদনা লৈবনি। মঙ্গী কৌই। মঙ্গীনগা শূনিংদবনে, লৌপুনগা তনবনে, থাপক থাপ্পবনে, ফৌথোক ফরকপগী রাদি লৈত্রে। মসি খঙবদা মচা অহন ইবোয়াইমনা মপাগী লৌহু উনিংলে। মহাক কুমসি বি, এ, থাখিবনি। রাখলদা মপাদগী মানা লিরে। অনানবা থবক্তমক খিহুনা লৈবা লাইরিক হৈবশিংগী মশীংনা নোংম নোংমগী হেনকৎলকপদা, মমা ইবেয়াইমনস্তু মচাগী রাথলসি পামজে। অহুবু, মপানদি মমা মচাবু ঙাওরে হায়-বিরি। মসিদা রাখল লৈবা য়ুমথংনবা মীশিংনা মপাবু থীনা রারীনৈ।

ইবোতোনগী লৈকাইগী মথাবোমদা লৈবা লৈকাই অমদা

শামু কৌবা অমম্ম লৈ। মহাক্না কৈশাম্মি। মাসি মুপী মরীদগী ইবোতোনগী ময়াম্বা থোক্লে। মাগী মুপী শাজৌবী হায়বীত্থু ইবেয়াইমগা মচীন মনাও থোক্লৈ। মুপী অনিসিদগী মুপা অনিসিনা য়াম্না হেন্না চাম্নৈ। তৌবদি, অহনসিনা হায়বদা ইনবা ইবোতোম্মি। ইমুং মমুংগী অশি অনাগী মরুওইবা থৌদোকশিংদা শামুনা মনাওবু তস্তনা মন্না লৌহল্লি। মশা মউ চকন চকনবা, অরেম্বদা শাকরবা শামুনি। মখোঙ মরি পানবা শামুনা মঙোন্দগী হেন্না কাম্নৈ। মচীন তোংতকই; চীনবানম্ম পোরপই; পীশুম শোংতকই। মনাতোন য়াম্না লেম্মি। মন্নাহৈ থোনকমদি য়াকই। অতুগা, ময়াম্বা ওইরিবসিনা মনাও-দগী হেনবা লমচৎ থরম্ম লৈ। মুপী নহাদা ওক্ত শাজংনবা শামুনি। মাম্ম মনাওগী লৌকম থুনসিদা মতম থন্না লৈরম্মী। হৌজিক্না লমলাইরোমদা লৌকম হোংথ্রে। হাম্নগী থুনসিদা লেঙদনা লৈজবা তোলঙৌগী লোয়নবী অপাম্বীবু মানা নস্ত মিৎয়েংনা য়েংবদগী কত্ত শাজংনবী ওইহল্লে। অপাম্বী মাম্ম কত্তবী হায়হুনি। মানা চুরুপ কা য়োন্দুনা শেল তাম্নি। ইম্ফাল মরক মরক্তা কায়। করিগুম্বদা অহিং লেকথোকই। শামুদি মখোয়গী থুঙংদা লৈত্রবনি। করিগুম্বা, মানা মসিদা লৈরম্নবদি থুঙাশিংনা মখোয়নিবু থুনমক হম্মুথঙদা লুহোংবিরম-গদবনি। মখোয়নিনা মীরমদা পুম্না কত্তবা তাম্নি। তোলঙৌ মুপা অমা ওইনা শোঙ্গবনি। অহুবু অথঙবশিংনা অপাম্বীবু থাদোকখিনবা হায়রক্লে। শামুগী নব কৌবা মচা অমম্ম লৈ।

চহিদি ইবোয়াইমনা খিত্তং হল্লি। মহাক অসিস্তু ঙকখিল্রে। অঙাং ওইরিবৈদগী মপানা য়াম্না কেথোকহল্লকই। শান্নবদা থাং-তেন পায়গল্লি। করিগুম্বা মতমদা মমান্নবশিংদা য়ানবা য়াওখি। মত্তুদা শোক্লিবগী অহনশিংনা ৱাকৎলগা মপানা "হেরা ! কৈস্তু তৌজদবনিদা! মখোয়না লঙনরুবা ওইরিনি," হায়না মথৱায় নাহনখি; মচাবু মথোই কাহনখি। মসিদগী মানা ওঝাশিংগী মফমদস্তু লমচং-শাজং চুমদবনা ঙস্তানা মহৈ তানবা তোকখি। মাগা শাজং মান্নরবা খোম্বা কৌবা কবুই পাখং অমগা কন্না তিন্নরি। হায়রিবা পাখং অসি, অপাম্বীখোয়গী খুনগী নোংচুপ্তা তাবা কবুই খুন্দা মপা মমানা মথং মথং থাদোক-পিরম্বদগী, মনেশিং অমগী য়ুমদা মতম থন্না লৈরম্মী। হৌজিক্না মরমচংকা চাননা লৈফম চাফম থঙদনা লৈরি। মানা খুন অসিদা লৈরিবৈদা থম্বৌ, থাগোইনা পোকচবী থাবাবু পামজখি। হৌজকস্তু মাবু লুপ্লি। মুপী মচাসিনদি মাবু তোনঞ্জবা জীব-গুম নিঙই। মনেনস্তু মানা মরক মরক্তা থুংলবদা তুক্কচরক্লে। অহুবু, চান্নগ্রে নগ, খোম্বা অনিদি। মাগী মাগী জাৎ চেম্থহনবা মখোয়নি। অহুদগী, তোয়াই কৌবা পাঙল জাৎ মাঙহনবা নাহা অমস্তু থোরক্লে। অমা লৈবদা ওকপা শাগুম্বা মীরেম অহুম গুরে। মুমিদাং মুমিদাংদা মখোয়না খ্বাই কৈথেন্দা ওন্থোক ওন্থোকপা থবকস্তু তৌই।

ঈঙাগী নোংমগী মুমিদাংগী অথেঙবা মতম চংলক্লে। মপান্দা ইবোতোনগা ইবেয়াইমগা ৱাহং পাউথুম্নরি। মখোয়াননা নিনবা

নত্তনা য়ুমহু পুঙচিক চৌক্লে। তাবিয়ু মপা মমা ওইবা অনিনা হায়নবা।

মপা—নংগী নচা মুপা অহনসি লাইরিকস্থ ফনা হৈরে। বি, এ, অমা ওইদৌরবনি। অদুবু, ওইঙ্ক—ওইথকসি করিমত খঙদ্রিনহৈ, ইবেয়াইমা। ঐনা শোরোক খোংবান্দগী মীরক নারক য়েংহনা লৈবাক খিস্তুং হোল্লগা শুমাং অকুৎপসি থোন-কৎলু হায়ববু মানা য়াবা লৈত্রে। মসিবু করম থোক্লগদৌরি-বনো? নং করি খল্লি?

মমা—মপানা হায়বিরিবহু মাদি ওন্থোক্লা য়াখিদ্রে। ভুসাইহু মহু তৌনবা ঐনা হন্না হন্না হায়বনি। অদুদা, য়োংকা লৈহোল পোলাংগহু তাপ তাপ লাক্লুনা পুথ্রগা পুথ্রি ময়ায়দা লংথরক্লে। অদুগা বামোনগী পুন্সিখোয়দা ফমহুনা লৈরুবনি। ঐনা পোৎশিংহু মনাওদা হায়দুনা লৌৎহল্লে।

মপা—করিনো মাগী মতৌহবো?

মমা—মীগী মপোৎ পামদে মা। লৈবাক্কী মপুনা মুং-ঙাইরোইদবা থবক্কি হায়না শাউই।

মপা—ইশ! মসিদি ঐগা তিম্নবা য়ারোইবো! নংদি নচাবু চানব্রা?

মমা—ফক্তে হায়নদি থনবিম্বু নচাগী রাথলসি; অরুবা মাগী পুকচেলনি। মাগী রাথল অমস্তুং শাজংসি পুমতোপ তোল্লনি। মানা মপাদা হায়নিংবা রা কয়া লৈ।

মপা—করি করিনো? খঙব্রা? খঙলবদি অহুক হায়য়ু।

মমা—মানা, নচানা, অবোক্কী ফীরোয়সি পীক্কা শোনসি হায়নিংলি।

মপা—তো! মতুদা ঐগী অশাউবা লৈরে। করম্না পীকপা য়াদৌরিবনো ঐখোয় অম্মুক য়াম্না লৈরগা করিগী পুকচেল পীক্কদৌরিবনো?

মমা—মপা, ঐদি মানা খঞ্জরিবসি চুমগনি নিঙই।

মপা—মরমদি?

মমা—অহন্থেমগী তাদা চাউবগী পৈশা পূতুনা থুপঞ্রবী অহনগী শোয়াতম্মু চাউনা শোনখিদে। মতুদগী লুপা ১৫০৲ শিংদনা লৈরিদে। অতুগা, বামোনগী নচাগী মরুপ পুন্সিখোয়গী মপাবুং তোংখোইগী পৈশাম্মু লুপা ২০০ তোল্লিদে। পূন্না, লুপা ৩৫০ সি করম্বা মতমদা শিংবিদৌরিবগে? অতুগা মঙ্গীনম্মু পূবিয়ু হায়তুনা লুপা ২০০ অমম্মু অহন্থেমদগী পূবিখিদে। য়ারৌবিম্মু, হোয়া ফবদগা মতু থোকখ্রে। মসিদা করিগুম্বা মঙ্গীনা শিংদ্রবাদ মাগীম্মু ঐখোয়না ফুক্কৎপা তারি। অতুনা হৌজিক অমুক মিরল শোকচিন্দুনা, লায়ওইগ্রবা অবোক্কী ফীরোয় চাউনা শোন্দুনা লাইদা নাপল উক্তুনা হেম্না লায়র তাল্লবদি ফগৎলরোই খঞ্জরি। কনাগুম্বা ঙমদবনা চেং মেরুক অমা অনিদংদ কৎপম্মু ময়াউরি। ঐখোয়ম্মু নংলবনি। লৈজবনা তৌদবা য়াম্রবা থৌরমসি ইবুক শেংনা ঈশ্বরদা চংজতুনা লোইসি নিঙজরি।

মপা—ইবেয়াইমা, ঐনা তোল্লিবা লুপা ৩৫০ সিগী মমুংদা

কর্ম্মদা পৃথিবা য়াওদ্রে। নহাক্না ফো তাইহুনা শিংগ্রবনি মসি-গীদি। পাপ চেনগদবা রাহু হায়গনু। পৃথিবা, তোল্লিবসিদি চেং লৈথিদবদগীনি। অহুগা মঙ্গীগীসু মশানা শিংনি হান্নরিদনা।

মমা—অহুবু, কর্ম্মহুদা মীগী পুরমদ্রবদি, হৌজিক তোল্লিবা শেনয়ামসি তোল্লোই হায়জবনি। মপানা রাখল ফৈদোক-পিহুনা তোল্লিবা শেনসিদি শোরাস্তা পৃথিবহু নস্তে থনবিবননি। হায়দি হায়জনিংদবনি; ঈকুসু শোল্লবা হায়নহু ওইশিল্লক্লে! নোংমদি তাইবং মীরমলেন থাদোক্লবা শোয়দ্রবনি। শিবা হায়বা অসি কল্লিবা ঐথোয় পুম্বগীসু নোংমা নত্রগা নোংমদি থুংলখিগদবনি। অহুনা রাখল খেনবিগনু। লৈতবা ঐথোয়দি খরা কুপ্পসু চৎপনা ফগত্রা খঙ্গে। —

মপাগা মমাগা ঙাংনবসি ইবোয়াইমসু ঙসাইদগী তারক্লি। মপান থোক্লুনা মমাগী মীচক্ত চত্তনিংই; অহুবু হঙ্গোইনা খঞ্জরিয়ে—ঐনা ইপাগা য়েংনরবদি অতাবা মীনা শোয়দনা নোক্লগনি। অহুবু খরা হায়হৌদবদি য়াদে। নত্রবদি, মীরোল শুফাস্তবা ইপাগী রাদ লৌহুনা লৈরবদি য়াম্না রানবা তারে। রানরবদি ধর্ম্মগী থৌরম কয়া কয়াদা ঈশ্বরগী মফমদা পাপ লওজবা তারনি।

মানা অসুম খল্লিভৈদা মপানা মমাদা লাউরহুনা খুয়কই।

মপা—হায়! নং পঙঙাং ঙাংগনুকো! লাইদা কৎপদা লীকনুকো; অহৈ-অপা শাহুনা পাপ চেনগদবা রাফম হৌদো-য়কনু। পাপ পুগেরা?

মচানা, তারম্বদগী, থোরক্লুনা মমাগী মী ওইররে।

মচা—পাজি, মহুদি হায়বিনি খঙ্গদে। ঐখোয় পাপ চেন্নমগনি ; অদুবু, পুবদি ভমজরোই। পুন্নমক্না মপু মভোন্দা ঐখোয়গী ইরাল খুদিংমক্না ইপাপ কোকপিয়ু হায়জরিবনি।

মপা—অদুদি, করিগীনো, নখোয়না ঐগী অনিভবা মাঙ-হনগদৌরিবদি ? ফারোয়সি করিগী পীকহন্দৌরি ?

মচা—নচানা হায়জানিংবসু অসিনি, পাজি—শোরাতসু মরুপ্তুগী লাকপদনা শোনসি হায়বা য়াবিথিদবদগী হৌজিকসু মীগী পৈশা তোল্লি। রদি তোল্লিবাসি কর্মহুদা পুখিবহু নস্তে হায়বিরি পাজিনা। অমা ওইবসু, অমা ওইরবসু, ঐখোয় শেন্দোনবা ওইরি। মসিগী মথক্তা অমুকসু শেনয়াম পুশিন্দুনা তৌদবা য়াদে হায়না থৌজাউ তৌরবদি, উরিং ঐখোয়না উমাইবী মতৌ তম্বগী, তুংদা লোইনাইদবা অৱাবা ফংহুনা চিংলগনি হায়জবনি। ইবুংঙো মভোন্দা কংপবু চাং লৈব্র। ৎ অরিংবনা চাউনা কংসমু। লৈতবা ঐখোয়না মিংকৌ পিগা লোয়ননা থম্মোই শেংনা ভমজবা থরদং কংসি হায়জবনি, পাজি। অদুগা, নোংজু থাসু ওইবনা, শঙ্গোয়-লুকোয় মরাং কায়দবনসু হায়জরিবনি নচানা।

মমা—মসি, মপাসু তাবিয়ু।

মপা—মহু য়ারোই, ইবেয়াইমা। নখোয়না হায়বা তোগ-দবা নস্তে। অচৌবা শুমাংসি নিংথিনা থস্তোকনি ; ঐনা শীনগনি।

মচা—পাজি, নচাবু থকসি-খাসি নাইদে হায়বিম্নু। অতৈম্মু হায়জগে, তাবিয়ু—মী অমনা হেক মীরম খোংদারকপদগীনা মীওই পুন্সি খম্বকাওবগী মমুংদা লৈরিবা—ইপান থাবা, য়ুম-শেংবা, চউম্বা, নাহুৎপা, লায়মিং লৌবা, লুংহোংবা, কনাগুম্বগীনা লৌখৎপা, অদুদগী ঐখোয়গী খুদুমদা লৈতবা 'শিবা, নাবা' ময়ামসি খন্দুনা অমুক্তং য়েংবিয়ু। পাজি, পুম্নমকসি ঐখোয়গী ইমুংদা লৈরিবা মী ময়ামসিগী অমমমত ওইনা অমুক খম্থবিয়ু। অদুদগী তাক্তবংপানগী মীওই খুদিংমক্তা ওইনম্মু খম্থরকপা য়ারি। ... ... ... ঐখোয়গী ইমুংদা ইপুবোকম্মু শোজিল্লকপনা অঙাং অমা য়োকপদগী হেন্না লুবক্লে। ইখাদা ইনাও ইচলম্মু চাউখৎলকই। ইথক্তা ইচে অমম্মু মীগী য়ুমগোইবী ওইরিদো। লৈখোকপা য়াদ্রবা ধর্ম্মগী কর্ম্মশিংগী মরক্তা মরক্তী হরাউ কুম্মৈনম্মু ঐখোয়গী শেল চৎনবগী লম্বী য়াম্না লৈহল্লি। খল্লুদবা অরাবশিংনা ঐখোয়বু পঙওৎ ওৎলবা মতমম্মু লাকনি। ঐখোয়গী তোম্বীবু কৃষ্ণ শাহনখিবদা পুখিবা লুপাম্মু শিংখিবা কুইভ্রিদো। হৌজিকম্মু ইবেতোনবু জগোই মকোক অমুক চিংহনখিনি হায়বিরিদো পাজিনা। পামজদবা নক্তে নচাম্মু। অদুবু লৈতবদগী থামজনিংবনি। ঐখোয়দি লৈবাক্তা ঈশৈ জগোইদা মমিং চৎলিবসি য়াম্না হেন্না চাওখৎহনবিয়ু হায়জরিবনি। অদুবু, লায়রবসি অমুক্ত কোকহনখিসি, অপোকপা। ইকং কংনা হরাউ কুম্মৈ য়াওদনা লেনসিম্মু হায়জদে। অশেংবা অচুম্বা কুম্মৈনা মফম মতম চানা পুক্লিং হকচাং তেকখৎহন্নবম্মু হায়জনিংই।

মপা—নংদি নচে নচলশিংনা লিক, লৈ, খুজি, পাম্বোম ফাবী, ফুরিৎ, ইম্নফি, খ্বাংগী শেংনফি অনৌ অনৌবা মওংগী হোংজবদা, ফিজেৎ লৈতেং পামজবা থনবদা, শাউরিবনি। অদু-নদি ঐগী ৱাশ্ম তাররোই। নংদি, ইবো, কর্ম্ম মরূপককাস্থ য়াওহন্নিংদ্রবনিদা।

মচা—পাজি, লৈতেংশু ওইরবা অদুগা মতুবু তত্তনস্থ হোংলবদা ঐখোয়গী ইমুংদাদি অফবা শুকওই ওইরোই। অদুগা মরূপ য়াওবগী ৱাকমশু অশুম্না লেপচনিংই—মরূপশুগী লাকপা শেন্দনা ঐখোয়গী কর্ম্ম তৌদ্রবদি, হায়বদি, মতুনা শীনবা কোম্নদ্রবদি, লায়ররবা ঐখোয়দি মীমান্নবা শুকতম ওয়োই। অতুনা মরূপ ম্নাওবগী কল তাদ্রে হায়ুজনিংবনি। ইপা ইবুংঙো। কিজেৎ লৈতেংগী ৱাশু লেপ্লিখো। ইতিক নত্তনা ইতন তানবগী থবকস্থ থনবিথিম্ন। মিৎ উইশিন্দুনা লুরুক্কনা ৱাখল চাইথোকপিখো—ঈংলবা নিংথম উনবীরক্তা মরী মতানা থাদোকপিরবা চদংনর-বশিংনা ফিথুংনদনা অমদি মৈহৌনদনা শেগায়রবা থাংবোক শঙদা অহিং লেপ্লিবা! মখোয়না নোংজু থাজিন্দগী, কুম খুদিং ইমুং লৈমায় ঈরম হন্দুনা উরা হুমদাং পৎলবা ময়ুমদা হিং-লিদো। নোনা লুপ্না শাংদা চল্লবী চায়াম চেনবিশিংনস্থ ৱারবা পুন্সি ফংলিদো। অদুগা উবা ফংদবা তোল্লবা কয়াস্থ লৈরম-গানিদো। মখোল্লদি শিরবা মতমদা কনানা কোনশিনবিবা তাবগে, পাজি? মখোয়দি মরূপ য়াওদে; পৈশাস্থ পায়দে, মরমস্থ লৈজদে। কয়ম্না ধর্ম্মগী অচৌবা থৌরম তৌওমগনি, অপোকপা?

মপা—মখোয়স্থু মাগী মাগী মপাপ চারিবনি। মানা মানা তৌজরকপগী মহৈনি।

মচা—মখোয়গী মন্নুংদা মীরমচৎ থাদোক্লবস্থু ময়েরমগনি। অদুবু, ইপা ইবুংঙো, লোক খুদিংমক কৈফম নত্তে; মোংশোং পুম্বা লিনগোন ওইবোই। অদুগা ফীরোল নাইরিবা, চারা শুরিবা ঐখোয়গী ইরক্তস্থু মী নত্তবা কন্না য়াওরমগনি। মখোয়দি উরিক লুকুন্দমক মচা তারমগনি; লাইবক্কী চন্দোন্দমক ময়েক লারমগনি। কুরু কারমগনি পম্মোয়দি; কিশি থাংলমগনি পুকচেলদি। মখোয়গী মতৌশুন্না, নাপন্না ধর্ম্ম কর্ম্ম মচু পঙশঙ শঙবদি চুন্নোই থৈঞ্জে নচানা। অশেংবা অচুম্বা থৌরম্না ধর্ম্ম য়োকপা পামজৈ। ধর্ম্মনা মীবু ঈশ্বরগী নাক য়োইহল্লি। কনা-গুম্বা অমনা "ঐদি ধর্ম্ম অমতবু য়ানিংদে। ঐনা হিংনিংবা মওংদা হিংগদবনি," হায়রবদি মহাক অদু শাগুম্বনি। ধর্ম্মবু লৈখা তাহনবনা হূরাল চীন্থীবা অদুগা হাংন-শুনবা থোক্লিবনি। রাসি য়াম্না লুখ্রে। "ঐগী ধর্ম্মনা খ্বাইদগী ফংবনি, মাগীদি চুমদবনি। ঐগী ধর্ম্মসি মাস্থ চংকদবনি," নিঙনবসিস্থু থাদোক্লবা কৈ। চৎনিঙবা ধর্ম্ম চৎলিবনি হায়ন্তুনস্থু নোংম নোংমগী হোংবদি অক্ষবা ওইরোই। অদুগা জাৎ অমনা অতোপ্পা জাৎ অমবু মুংশিবা হায়বসিস্থু জাৎ খুদিংমক্কী ওইনা লৈতবা য়াত্রবনি।

মপা—নংগীসিদি, ইবুংঙো, জাৎ অমগী নিংঙোম্না অতোপ্পা জাৎ অমদা ওঙলরবস্থু য়াম্না হন্নাউনা জাৎ লাল্লক্রবীদুবু লৌশিনবা কৈ, অসিরা?

মচা—মানি, পাজি। মহুদা করি কায়বগে? নচাদা তাকপিয়ু।

মপা—নংগী হান্না হায়খো।

মচা—ফগনি, নচা হায়জগে। অহুগুম্বী মমা মপা থাদোক্লম্লবীহুনা মিজাংস্নু মুংশিহুন: চংলক্লবহুদা করিগী ইহোকপিদোরিবনো? খুম্বিয়ু, পাজি।

মপা—মাবু মজাং মুংশিদবগী দণ্ডি পীরোইদ্রা?

মচা—মাগী জাং মুংশিদবী নত্তে মা। মাগী পুন্সিগী খোঙবুরোই থঙ্গবদা মথরায়না খাইদগী পাম্বদা থুংলবদনি, পাজি।

মপা—অহুগা, মহুদা মুপা নত্রগা মুপী ময়ুমদা অশি অনা খোক্লবদি করি করম্না মরী লৈনগনি?

মচা—হোয়, মহুদদি, পুন্সিগী খাইদগী অরাবা মতাং থেংনগনি। অহুবু, কাংলুপ কাংলুপকী কায়নবা য়াত্রবা চৎনবীদবু থাদোক্তনা চারৌ মোরৌনরবা ইমুং অনিগী মীশিংনা পেম্না থম্মোইগী অরাবা ফোংদোক্লবা অহুগা য়াবা অঙম্বা পাংনবনা অরাবহু মাঙগনি থল্লি। কাংবু কাংবু নাইনরবস্নু অমগা অমগা রারী অহুক শামিন্নবা, লৈত লায়র য়েংনবা অহুগা মক্ষম মতম অচাবদা পীজ পীথক্লবা য়াবনা অহুক সেবা তৌনবা—পূম্নমকসিনা পূম্না হিংমিন্নবদা য়াম্না অথোইবা পাম্বৈ ওইগনি।

মপা—নংগী রা ঐ ভাব তাদবা য়ৌরে। নপল শামু তারবদি শাউগনি, ইবো!

মচা—থম্বিরগা থঙবিগনি ইপাস্নু। ইপলগী রাদি পনবিন্নু

নচাদা। য়ুমথংনরিংশিংনা চারা হেল্লগা, শেম্বিদা মাগী মচা অতৈনা শেত্ত—চাদবা য়োরবদা, ঐখোয়না অফ শাত্থনা শেল কা হেন্না চংহন্দুনা হুন্দোকপা য়াদ্রবা পোরম পাডনবদি তোক্লবা খনবিয়ু, পাজি। মীগী লুপা ৩৫০ তোল্লি; রারি। ঐখোয় অমমম্না রাববদা ঐখোয়গী লৈবাক্তা য়াইফবকপগী রাদি লৈবরোই। মাইরেবাক্কী মীনাই ওইত্থনা তিংবাস তোক্লসি হায়রবদি প্রজা ঐখোয়না ভাব য়াম্না তাবা তাহদো। হন্না হন্না খনবিখো ময়ামসি, অপোকপা।

মপা—চামরক থল্লে। ঐগী রাখল অরেম্বা তাহনগমু। কীরোয় পাকপা শুকয়া য়ারোই।

মমা—নচাগী বাসি অমুক্তগা খন্তবিখো, মপা।

মপা—চংনরোইদবা রাদা রাখল তিংনিংদ্রেনে, ইবেয়াইমা।

মচা—মসিমদি তাবিয়ু, পাজি।

মপা—করিনো মত্থনা ?

মচা—পাজিনা থুরা মঙ্গৌগুম্নগী পৈশাম্নু অত্তমগী অতনগী হেক হেক পূর্দিরি। মসি ঐদি, শিংগাদবা পুবানা শি দ্রবদি ঐখোয়না শোয়দনা শিংবা তাবগী মতম লাক্লনি হায়না খাল্লবা। লুপা ২০০ নি হায় পাজিনা পুবিরিবাম। কিগ্রেদা! ঐখোয়গী-মকম্ন শিংদ্র।

মপা—মত্থনা নখোয়বু করিম্নু রাহল্লোই। শিদ্রিদ্রৈদা লোইনা শিংদোক্লমগনি মীগী পৈশামথৈ।

মচা—অত্থা, পাজি, পোম্নিবনম্নু হাম্না কেল্লি। শংলিবগম্নু

মাঙ থানা মালেম লৈনায়দা তাবকই। করিগুম্বা শংলিবা ঐনা চেক কেনখি, মুন্নবা ইপানা চেক লৈহৌ— করম্না হিংহৌগনি?

মপা—অচাংসি য়াচাং শাচাং য়াম্না হৈরেদা! লাইরিক হৈরবা হায়বনু!

মচা—চুমই, পাজি, নচানা থজ্জারিবসি লাইরিক-লাইশু য়াম্না পাজ্জবদগীন।

মপা—উম, ইপাদি নংনা চাংবা তাবদা বুদ্ধি মমই। খোঙথাক্‌ম থজদবমখৈ মমই।

মচা—মমগনি, আপোকপা! রাখল লখীনবু মমলবদি লাংবল থাগী মায়গৈ হৈবা শেংবা লুংথিল পোবোক্তুম্ব খোঙকম মাবা কাংলোই। অতুগা পুক্রিংনবু চাম্লবদি থাশিগী নোংমংবা অহিংদা শুক্রগুংদম্ব লখা লায়না লৈগনি। মসিমম্ব নিংশিংজ্রি-হোল্লবনি হায়জুনম্ব তাদা তোংদোনজুম্ববুদি মরক মরক্তা থাক-পাসি হৌক্লসি। অদুক্কী চারাদগী খুমদাংগীম্ব থাইনরবা মতম অসিদা মাংগুম্বা থুবোমজাউ, পাখোমমনোয়বু পীড পাথকপাদ মহৈ ফংলেই। লুখ্রে ঐগোয়গা পুন্সি। লৈবাক্কী রাখলম্ব লু শল্লকই।

মপা—ংদি লৈবাকম্ব ভাক্তৌদিব্র?

মচা—পাবনা ঐখোয়গী হমুংদা পাল্লিদো। মসিদা লৈবা প্রজা ঐখোয়না রারিবা অতুগা রাহৌগদবসি থডবিয়ু ইপাম্বু। থডবিদ্রিমাংল্ল ইপাদি লৈদাক লৈবাক্কী হন্তরবা চিঞ্জাক্কী চা-থোকসিম্ব। মীগীদি হায়রজুনা কাম্নদে। থা য়ৌনগ্রে ঐখোয়নি

চাকৃখুম মাঙুদগী হেস্রি। ইপানা মীরৈরাক অহুম্বেনগুবদগী পূবদ্ থংহ্রিদো। চাওখৎপা লৈত্রে। মতমসিদদি ইনাকখুনবশিংন্না অয়েম্বদা লল-থুম মাঙহনবা চুমত্রবনি। মুমুরেন ওইরিবা ইপানা ঐখোয়গী অঙাং অনিগী রাহৈ অর্থ য়েংনবা য়োনদৈগে লাইরিক অমত্ত লৈবিসি হায়বদি য়াবিখিদে। অহুগা, লৈকাই চাক চানবগীদি ঐখোয়গী শেম্বাংদগী লুপা ১০ হেয়া থাংদোকই। নংবগী হায়জবনি। অহুগা লম্বী নূং থাবগী শেনথাইদি ঐখোয়না ইকোন কোয়া পীখি। রাংলি ঐখোয়সি, য়ায়া রাংলি।

মপা—অমা হায়গে হায়মু, অমা তোগে তো। ত্রগী অনিগুমথৈদি থবং তংনা য়ানগদবনি। কায়দে। নোংজুখাগী অহিংনা কমুং থাদোকই হায়না শাউবা তারে। তুম্মুরগে।

লোইনা হিপ্পরে। ফুংঙাইপ্রবা রাখলম্ম য়োক্লি মপাসি। ইবোয়াইমসি জীপ থোবম্ম হৈবনি। মসিদগী মচাপী হৱাগাড়ী কাম্ম লৈরখিনি খল্লি।

---

(২)

মপা ইবোতোয়া ওমহুনা মবোকী কীয়োম্বহু চাউবদগী লুপা ২০০ থক অমুক লৌশিন্নুনা মাগী অরৈবগা ভিন্নরগা চাউনা লোনখি। শকীয়োম অসিগী নোংমা কোনবদা পোয়দনা শিংজগনি

ঐবু থাজবিয়ু ইপাওবা।" হায়না মখোক কোন্দুনা হায়জখিং-বদগী কংখিবা পৈশানি। অহুবু শিংলমদাইদদি "লুপা ১৭০ দমক ওায়রে, ৩০ দুদি থাথায় অমুক ওাইবিরো," হায়রমে। কবি তৌরুনি? তিমরোই হায়বস্থু য়াদে। মীদৌনা খৎন-চৈনবা পাম্বা চাউবগ্রু নত্তে। অহুনা তুমিংসিদা য়াৎনা কংলে। অহুগা চাউবগী টবোতোয়া শিংত্রিবা লুপা ১৮০ অহুগা বামোনগীনা ২০০ দু ওইরি। পুম্না লুপা ৩৮০ তোরে। তোম্বোইবু মুমং-লোয়নগুম্না ইংখোল লমহাং অমত্তনা থম্নগা লৈবনা পৈশাসি খোবা তুকতম ওমত্রে। মুপী অওাংশিংদি ওয্বোরা শাউনরে। অহুবু, টবেম্বাইমা মমা মচা মখোয়গী থনবদা হুম্বরে।

টবেত্তোনবু জপোই মকোক চিংহম্নিংবগী য়াকমহুনা মপাবু ওাওহল্লি। কীয়োয় শোনখিবা চহিহুগী থারোই চৎত্রে। শজিবু থুংলরে। মপানা ওমহুনা মখোয়গী তোংনম্নিবা একাপাড়ীহু লুপা ২২০ শিত্তুনা য়োম্বোরুগা মচা মুপীবু জপোইদা মীথোই মীহেম্না য়াওহনত্রে। মহুগী মত্তুং থম্না লৈরগা মপাম্বু লৈত্রে। মহুগীদি করম তৌদৌরি? মরক মরক্তা লুপা ৩ থাং ৪ থাং তৌরিবা মরুপকী কাম্নবহু হল্লকম্নু লৈহত্নোইদৌরি। লৌ য়োম্দৌরি। মমা মচানা মহু তৌবিদনবা থামজৈ য়াত্রে।

ইবোম্বাইমম্নু পরিক্ষাদি মত্তত্রে। অহুবু মতা চাবা থবক কংদবনা শেন্দি খোক্তি। মাদি লৌ উনিংই হায়রনি। অহুনা মপানা য়াজহুনা কেরাণী ওইনবা হোৎনম্নি। থাম্না ওঝা ওইবা খোৎপগীদি লৈ। অহুদা চৎহল্লিংত্রে। মচাম্বু থবক কংলগনি

হায়রবা য়াথজনিনা "করিবী পঙনিক লীকলগে!" শোয়া শোয়া য়োন্দোরিবা ময়োলি। লৌ য়োম্নবদি মীগী শেনম্ম শিংতোক-হৌরসি হায়রবম্ম য়াদ্রি অদুগা ইবোয়াইমদি ভশেংনমক, মরৌ থমম্ম নৈজবনা, লৌমী ওইরগে থদ্রি। অদুবু, অহানবদা মপাগী ঋনিঙ থুংহনথিবা তারি। লৌ য়োনবদি মমা মচাবা য়ামনা পামজ্রি। অদুবু, লৌথায় অমা য়োদ্রি হায়না মপানা লেপখ্রে। "হৌজিকপু লৌথোই থা লাক্লবসিদা লৌ য়োন্দোরিবা?" হায়রৈ। শানুনা শীনখনি। মমানা অমুকম্ম অকবা পাদ্রি।

মমা—অদু, লৌসি লৌথায় অমম্ম য়োনবা তারবদি মীগী শেনশিংসিম্ম শিংতোকহৌরস্লিনা, মপা। মজীনা পুথিবম্ম শিংতোকপা করবনি। অদুবু, মাদি করিম্ম থজ্রবাক্রেনে।

মপা—শোয়াতকী শেল শরুক হায়া তমথিনি। অদুগা অয়াবা থরদমক শিংপনি।

মমা—অদুগা ঐদি, অতম থজিনুবগা মজীগী শেনকমসিদুম য়ায়া কিদ্রিয়ে। মসিদুম শিংতোকপ্রগা কোয়া মতোন্দবী লৌ-শিনসিরা, মপা?

মপা—হায়! হামেংগী য়া তুপত্রিরৈদা য়াউগী পুশিন্নকম্ম। হিয়াঙ হোন্নিরৈদা তুম্বাগী শেল থৌরম্ম। নৌ চানি। ঐনা থোকপা তৌগনি।

মপুথোকী শোয়াত মমাংদা ইবোয়াইদা কেয়াণীগী থবক কংলে। পেয়ে খুবুরেন। লৌ য়োমথিবগীম্ম লুপা ১৫০০ য়োম মপুজা পায়রে। মহুনা শোয়াত মতুংদা তীর্থ চৎকান

হাংনবু লেপ্লে। মীগী পুৰদি, ৰাযোৰগী লুঃ ২০০ হুগী মহুৎলা ১০০ অহুগা চাউবগী ১৮০ হুগীনা ১০০ শিংলে। পুম্না লুপা ১৮০ তোল্লি। শেনবুশিংনা থৱে "পুৎপেক্তি পজেলগা!" মদোগীহ্ থোপদবদা তকশিল্লিংজিবনা চাউবদা ভূমিগা লৈখোল্লে।

খোয়াক্ত লোইল্লে। ইবোতোন লাইকমবু য়োক্লে। মহাক্না হল্লকপা অপুম্বু তানরে—মপাগী লাইকম য়োমবা লেনগী মথক্তা, শামুনা হায়বা ভুংইনা, হুয়ান পোৎক্রাক্লনা লক্লোন পোচং তিল্লকবা লুপা ৫০০ পুৰবু শংহোৎলে। ... ... ... মীগী শেনফাও লোইনা শিংদনা থমথিবা শেনকল্লি। মাঙলে অয়েবদা! অহুগা, ১০০ না য়াবদা ২০০ চংহন, ২০০ না য়াবদা ৪০০ তিংহন, মীঙোন্দা তম্না য়াথবু মশানা চংকনি হায়না হেক চং, মীনা হায়বদবু ইন, শিংনা হায়ববু শিংনা, পঙনা হায়ববু পঙদা, হায়দ হায়জিন্নগা "জিলা তরানিথোইগী ঈশিং থক্লিবা ইবোতোন ঐনিনে," হেক শুম, মথোঙ চাদবা থবক অকত তৌহনা লৈরে মালি। মশিদগী, ইনা য়াথিবা, মীঙমথিদবা, অহল্লেনগী অহল্লু হৎলা থীবা হায়বদু ওইরমাল্লে! অত্রুপনা থনগ্রে, "মচানু তলব চারে। অহুবু মপাগী মত্তৌমিদা, মতৌনা লৌথবদুম্নু থারগা তোল্লিব লুপা ২৮০ সি, চপ চাবা লৈবাকী চংনবী মতুং ইন্না চে ইনবা তারে। নত্রবদি ঐ য়াম্না কিরক্লে। ঐগীদমু নত্রি মান, তোল্লিবসি!" শোয়দনা ইন-থোংনক্লে। মচাথোয়গী মমায় য়েংবদা শেনবুশিংবু পাক্লন থোক্লত্রি। অহুগা ইবোয়াইমদি ইকাইজরি, "লৌ লৈরবমু চাবদি য়াংপনা ঐনা

থোক্লিবসিনা চেংস্থ পুরে। মীগী মরল শিংবা ওমগনি হায়বা থন্নে। ইপুবোকী কীরোয় মতুংদগী ঐ লৌমী ওইনি। মীনদি ঐবু 'ভলব চারে' হায়নরি। ঐদি মুংদা ইকাই মৈশানা মৈবদা মপাম্বোংস্থ কাহৎলে।"

লোইবা লৈতবা ঐথোয়গী থোদোক পরেংদা খুংলরেনে ইবোতোন পোকপগী কীরোয়স্থ। মপুবোকী কীরোয়গী বার্ত্তোম নম্বগী মতম ওইরুনা মচাদা মপানা থোদারি।

মপা—বার্ত্তোনসি ৫০০দি নম্বা ভারি, ইবোয়াইমা।

মচা—পাজি, থিত্তং য়াম্মলোইত্রা?

মপা—কয়া য়াম্নবগে চা মশা হায়বসিবু?

মমা—য়াম্মিবো, মপা, মচুদি।

মচা—চনিমুক্তং তোরগা য়াগত্রা হায়না থঞ্জবনি নচাদি।

মপা—য়ারোই, য়ারোই। হন্দক্তি য়েংলস্থ। মীগী লৈশাদি পুরোইদোরে। চৎলো, ৫০০দি নম্মুরো।

কৌনা মকোন্তগী ওইরে। অহুবু য়াম্না চাউনা, হৌদো-রিকো। "মানা তৌরিবসি তশেংবা পাপ তান্নবনি! মীগী মরল্দি শিংথনা লাইদা কৎলিবনি হায়রুনা মীয়ামগী চাকয়াম অচুগা মচুগী মতুং ইনবা ইনশাং-নাপী! ... ... ... শুকইদা হে ইবোতোন!" তোম্বোই চাউবথোয়না নোক্লে। মমানা মচা চৎখিদৈদা মচাগী পুক্লিংগী অথুম্বা ৱাকম মপাদা তমথোক্লি।

মমা—মঙ্গীনস্থ লৌসি নিংথিনা উবিত্রে। মা থবক অতৈস্থ থিনিংলে। অচুনা কীরোয়সি লোইরগা নচাসি লয়াম্নদা থাদয়সিনে, মপা!

মপা—বি, এ, অমা ওইরগা লৌ উরবদি লেমজবা তারে ঐখোয়দি !

মমা—হায়রা চাউখোকপনু পাবিনু। তেলজাওবা ঐখোয়গী পুন্সিনি। হাইনা, হাংনা, লেয়া পাটরম্নগা লংলৌ তত্থুনা তারম্নগা শায় ভিংথং মরক্তা, উরক হারক্তা পুন্সি লোইবা তেলজা উবিত্রিবরা? অহুওবনি ঐখোয়নু। ইয়ৌ পরী অমা থরা কস্তক মরৈজে। মীগী থরগা শান্নবনু শানসি। কুমসি-গীদি মীগী কংগনি থাজত্রে। ঐখোয়গীদ উজয়সক্ত। মাসি লৌ য়াম্না উনিংলি। পীক্লিডৈদা লৌবুক্তা হেক হেক কৃম্নকপনা মত্তোন্নদি শীনসি পত্তনৌ নৌনা থোক্লোই।

মপা—কয়মো নমা নচা মখোয়না তৌরিবসিবো !! মীনবু ডাওই হায়রনিনে।

মমা—ঈনান্দ নান্ববা, চৌকিদদা কম্বশিংগী মরক্তনু লৌমী পুন্সি পাম্বসি য়াওদবা নত্তে হায়রি মানা। মানু নৈখোম তৈজনিংলি।

মপা—হৌজিক ওমথিরোই। কোয়া থয়গনি।

মমা—মনাও হুপানু কুমসিদি কলেজ তম্নবা য়ারি। লাই-রিক তম্না তম্না তলব চাবা থবক তৌনিংলবনু তৌজনু হায়রিবনি মানা। অহুগা নচা অহম্না মপাদা হায়নিংবা, অহুগা মথাগী অঙাংদি নম্ববনা হায়বা ওমদবা, হাকম কয়ানু লোৎলি।

মপা—করিনো মাগী অপাম্বশিংহু?

মমা—মপাদি লৌউবনু হৈত্তে। মহুনা ঐখোয়গী চাথা

ৱাংলে। লায়রবদি নোংম নোংমগী হেক্সিল্লকই। কানবা য়াত্রবা ধর্ম্মগী থবকশিংদি পরেং লেংহুনা লৈরে। মখোয়সিবু পাঙবদা মীগী শেল অহুগা লৌ শোকপসিদা য়াম্না মুংঙাইজত্রে মা। মপাবু য়াহৌশ্নু থেঙই হায়না থগ্গরি। চাবা পেৎলি অহুগা থরচ য়াম্না চাউই হায়নম্নু পেন্দ্রি। রেডিও অমগা ঘড়ী অমতংগা লৈনিঙবম্নু লৈতেংনি হায়বিরে হায়রি। মুপান। লৈতেং থম্বা হৌনদে চৈবনা লৈজবা ঙমদ্রে। মনাও মচল ৱারকপদা মমাংদদা চৈবসি মানা পামদে। অহুগা, 'নখোয়গী ভাচৌনা চৈরনি; ভাঙ-লনি' হায়না ঐখোয়না অঙাংশিংবু হাম্নবসিম্নু মানা শাউরি।

মপা—মহুগী মরমদি?

মমা—ঐখোয়গী ওইনা ঙাংদবনা মখোয়না ঐখোয়বু কিবা লৈরোই, অসিনি। মুমিদাংৱাই শুমাং ৱাই শিংপা, ঈশিংবুম্নু লুহম্নিংদনা পুম্নিদা খোং-খুং হামজিনব, ঈরুশিনবা, চৌন ভেং-শিনবা, মতুংদা অঙাংশিংবু ঐখোয়না চুরুপ চমহনবা অহুগা কা চাহনবা—পুম্নমকসি মানা লোইনা থঙই; পেজদে। ইংখোলদা হৌবা উ ৱানচিংবম্নু মরম চাদনা, মতম নাইদনা য়ানবসিম্নু মানা পামদ্রি। অহুগা লম কারাম্বম্নু মানা তুকচৈ। পুম্নমকসি লাইরিক-লাইশু হৈবশিংগা তিন্নবা অহুগা মশানা অকবা লাইরিক কয়া পাবদগী থঙজবনি।

অতৈ কয়াম্নু লৈরি। অহুবু, মমানা তমখিত্রে। ইংলেম-পিশক মীগী মৌনি। মপুরোইবা কমলনা খিজং ঙাঙবদা পুথম ভেংকোৎ, চফু উয়ান অরাবা নংলিবনি। হিদাকফু ঙাঙক

মপুন্সি লোটরিবনি। অদুদগী খরা হেঞ্জিন্না ঙাঙলগা মপামদা ভত্তনা চেন্নকই। মপা ইবোতোম্না মচাবু রারক ররাক্তেমদুনা হলহনখিবগী মহুত্তা, মমাক মুপাহুবু কত্তবা শীদুনা, মযুম পানগ্রবীদুবু কুইনা লৈহল্লি। অদুনা হেন্না কেখোক্লে ইবেমপিশকাস। পামজখিদ্রে মতৌসি ইবোয়াইমনা। মমাসু মাগুমই। অদুবু যুমুরেম্না শোয়রবদা মুমগী করম্বা মীওইনা মাবু চুমখোকদগে ?

মখোয়নি ঙাইহাক তূমিন্না লৈরুরে।

মপা—উম, মাসি মী মওং অমা হায়হুনি। তোতি ঈশিংকাও লুম্নগা থক্লিবনি।

মমা—মদুদি, চুমই, মপা। তোতি ঈশিংনি হায়রগা হেক্ত লূবা শেংবা নত্তে। অফবা রাখল চেন্দবশিংনা ঈশিং পুবা উতোং হুত্তোক্তুনা ঈশিং হুরাল্লি। অদুগুম্বা, মখোয়না হুত্তোকপা অদুগা মশানা শোন্দুনা হোজরকপশিংদা অমোংপা চঙবা অদুগা লূদবা ঈশিং ফাওজিল্লকপা ইম্নিংমক্লা উরে। অদুগা, নোংগী ঈশিং পুবা ঈরমদা ঈশিং পুবা উতোংদগী ঈশিং য়াদৈ। মদুদা, য়ারিবা পাত্রবু ঈরমগী ঈশিংমুংদা ভথ্বাই হেন্না লূপশিল্লি। মসিসু পামদে। পূম্নমকসি নচাদি তোয়না থেংদৈ। অদুনা মাগী রাখল লাম্লোই। অদুগা, ঙসিদি মসিমসু হায়দোক্লগে মপাদা—অবোকী কীরোয় য়াম্না রাংলিঙৈদনি। নোংমা রহিম কৌবা চিনি য়োনবা অহন্দু ঐখোয়দা নোং পুপ্লে। নোংনা হাংবা লৈত্রবদা মুপাহু কপ্পিং কপ্পিং তোরক্লে। মাগী চিনিদুগী

খনবদা মা চৎপা ওমত্রে। মাগী মতৌদা নচানা হাংই, "খুরা, থুবা পাদ্বিত্রা ?" মুপাহুনা, "ইবুংঙো ঐগী ইচা হেলিম অহু ওমদহুনা লৈহৌই। মসি য়োম্লগা হিদাক-লাংথক লৈখিগদবনি। অহুগা ... ... ... !" কপ্পিংবনা মরোল শুহনখিত্রে। মসিদা নচানা মাগী শাত্তিন্দু পীহুনা পঙ্গদনবা তৌই। মুপাহুনা পেল্লহুনা নচাবু কোন্দুনা কপ্পি।

মপা—মানা কোল্লিবা ইবোয়াইমবু ? চুম্না শোল্লবা নত্তবা ?

মমা—ওাইবিখো, মথা ভাবিখো। ... ... ... অহুগী মতুংদা চিনি মতুম অহুমথক লৌখোল্লগা "শে ! খুরানা কপ্পিসু খাইবা ওমত্রে। সিদং চাহৌসে। অহুগা শাত্তিনসিদি মীরোন লৈজদবনা হয়েং অয়ুক থুংলবা তারে। য়াম্না থেওমল্লগত্রা ?" হায়রকই। চিনিহু য়াত্রহুনা, লৌরগা নচানা খুমই, "য়ানি, খুরা, ভপ্পা খিনবিরকপা। অহুগা কপ্পিওম্বা খুদোং চাদ চাত্রথদি অহুম শীজিন্নবিবা য়ারগনি, লৌবিরো।" ঐনা খনখি—মাবু অহনসিনা লুংশিজহুনা কোনস্ত্রিবসি মপানা খওলবদি ওাওলগ-নিসে। করম তৌসবা ! ... ... ... ... ... ... খন্দুনা লৈরিত্তৈদা মপানগী খোংবান্দা শলগাড়ী অমা তারে হায়না লাউরকপদগী অহন্দুগা কায়নরগা অহুম চেম্বোকত্রে। গাড়ীহু মথরায় য়াওনা চিংথৎপা য়াওরুথদগী মশাহু লৈখোম লৈনাং পুমতৈ তৈবনা ঈরুজরগা অহুম চংলকপদগী ঐগী অরাবা কোকখি।

মপা—অহুগা, শাত্তিন্দুদি অহুম খিন্নকখিত্রবরা ?

মমা—এ!  নোং ঙানবগা য়ৌরকই।

মপা—অদুগা চিনিদুদি করিদা শৌজিরথি?  মাঙহনখিব্রা?

মমা—মদুদি মপাস্ন য়াম্না পাম্না চাকা চাবিখিবনি। ঐনা মহাক্লমথৈ তমথোকচদবনি।

মপা—উম, মদুঙুম্বদুদি হৌজিকস্ন চাবা পাম্মি।

মমা—হোয়, নোংমা নৈসি। অদুগনে, মপা, মাগী মচা-দুদি নচাগা য়াম্না নুনা তিন্নরকপা ওইরম্মে। মখিং হেলিম কৌবদু হৌজিক কলেজ তমদৌরি হায়। লাইরিকস্ন মরায় ওইনা কররকপনি হায়না নচানুপানা তমই। নংনা হৌরকপনা খেঙদৌরি কলেজ লাম্মোকপস্ন। মপা পাঞ্জাগা মথোয়নিদ তরক তরক হিংবসি ওম্মোক্লা মুংশিদা, ঐদি!

মপা—হোয়, নঙাই ওইরো মপাদু। ... ... কাপিস্ন কাপিনি, ইবেয়াইমা, নংগী নচাসি মুরদি শেম্মোকো।

মমা—য়ারৌসি মশা অমস্ন লোঙনিংলক্লে—তোম্বাই'কৌবা মথোয়গী নৈকাইদা নৈবা লমচৎ নাইদবা পাখংকুনা রহিমগী মপাগী লম্লোন শেল লুপা ১৭-৫০ থকস্ন লাকপিখি হায়। তাবদা মুংঙাইখিম্রে। অদুবু শেম্মাকপদু ময়াম্মা খঙনরকুবা য়ারকখি হায়বদা থরদি মুংঙাইবা পোকই।

মপা—হোয়! হোয়! মৌগী য়ারী তোক্লসি। নংস্ন খন্নু; ইবোয়াইমসি ময়ুম-মকৈ পালহন্নসি। ঐথোয়গী তাদা শামুনা হায়বদু হঙ্কী কীয়োয়সি লোইরগা য়েংহন্নুসিয়া হায়বনি।

মমা—কনাবুনো? ঐদি তাবপু তাজি।

মপা—নংবু, তরুবী হায়বীত্বু কাউরব্রাউ? মপাদি লৈত্রবস্থ মমা লুখ্রাবী অস্তুদা ভাদনা ইবোয়াইমগী হায়দুনা থম্লি হায়বনি। মংদি করিস্থ থম্রেদা!

মমা—হোয়নে, নিঙশিংলে ঐস্থ। চুম্না নিঙশিংবা মতে, মুম্না থঙলে। লুখ্রাবী মচানি মাত্থ। লুখ্রাবী মচা ওইজরবস্থ লাইরিক লাইশুদি থম্না হৈবনা কিশা-লোনশা। য়াম্না হৈবী ওই হায়রবনি। অদুবু নচাগী মবুক্তি থঙত্রি।

মশা—হো থঙত্রিবত্থ থঙদোকই। য়াম্না' ফুংশা থীরক্লে। মামা লৌস্থ উপে হায়রকপনে অদুগা ইতৈমা থাগোইগী মচা মুশী থাবা হায়বীত্থনগা মপুঙ কায়বী লৈশাবী ওইশিন্নকপনে, ঐ ওহোকপা হাক্ত থরক্লে। অঙাং ওইরিবৈদা থাগোইনা ইচাবু উরগা 'ইবুংঙো, নংগী নচাসি ইচা ইয়া ওইমিংইদা ঐদি' ঐঙোন্দা হায়খিবগু কাগিন্নিদি হায়রগা চিংনরকইকো। মীনস্থ মাবু, ইচাবু, 'থাগোইগী মম্না' হায়নস্থ লংনখিখি। অদুবু, হৌজিক্তি ভাম্নরবনিনা মদুস্থ কাউরম্লনি। অদুবুনে, অমুক নরুবা ভাবসিদা ঐ য়াম্না চিংনরক্লে। কায়দে, মাগী মরুপ পুন্সিদা ঐথোয়গী অপাম্বা থঙহল্লু। ঈশ্বরগী থৌরমসিদংদি লোইথোক-খিসি। অদুগা ওসি ইবানিনা অহনগী থোদোকা মরী লৈনদবা য়া কম্না ওাংনখিবসি কনানস্থ ভাখিদে হায়না থম্লি; অদুগা নিনস্থ নিংহোকহু।

মথোয়নিনা কায়নবা মতমসিদা মচাদুগা ইবোয়াইবদি লম্নীদা হেলিন উনদুনা মঙোন্দগী ভম্প্রবা লাইরিক থম্না লৌনরা

হায়বদগী পল্লি। হেলিয়া কীয়োয় লোইরগা লাকনি হায়রম্রগা মথুম তমগ্রবদা, মাম্ন খৌন্দনা লাইরিক নক্ষয়োমদা লাক্রে। একাপাড়ীম্ন লৈত্রে। মীগীম্ন য়ায়মিদেবদগী থবক শংবা লৈতবা ইবোয়াইমা মখোঙনা চৎলে। রিকশা অহাঙবা কয়াম্ন চৎলি। খোরিরবাশিংনা মত্তোন্দা য়েংলগা 'তোংখিরোইত্রা, বাবুদি ?' থমগন্থ মান্থ থওই। মহুদা মানা 'এগী থবকসি অখুবমক্তি নত্রিদনা' নিঙনা নিঙনা অহুম মচৎলি। খোঙনা চৎপা মিংচৎ থীনরে হায়বসি মান্ন থওই। অহুবু, মতাং চাদনা লাউজ—লেমজনিংবা অমম্নং খৌরৈতবা কয়ানা খোঙবু মখৌ তুকপা পীদবসি পেন্দবদগী মখোঙনা চৎকে হায়বা অমা য়াওনা চৎ-লিবনি। য়াথল অসিবু মানা লাইরিক শঙ কয়াদগী লাইরিক কয়া পাজবদগী লিংজবনি। অহুগা, মাদি শেল হন্দোকপা খোরেন তৌবা চৎপন্ন নত্তে।

শক্লেম্বোং য়োরমদাইদা খুমশাশিংগী লায়য়েংশঙ লৈরিকচুগী খোঙ্গালদা মা লেপত্রে। করি তৌরে? কবুই মুগী অমা, মত্তোদা মচা ওইবী, নিংতোল শীংদা চল্লিবী, অমগা মপোং পাছুনা কল্লি। অহন্নু ঙমদনা উরে। কোক য়াম্না ঙাওত্রা, নত্রগা চৌকপ্রা, অমা তৌরে। অহুদা মুংঙাইত্রহুনা, মমিংবা য়াথল লূমহনখিবদগী, লোল্লিবনি। ইনথংলকপগী তম্পাক্তা লৈম্নিবী ইকাই থীবী, মায়শোনবীগী মপোক্তা মীওই পুন্সি কংলবী মচা নিংতোলছুদি, কাংলূপ তিম্নদবা লমলানবা পাখং মানা য়েংলবহুদা হেম্না ইকাইজবনা থক্লোমগী মিংলম খিংত্রে।

অহন্দুনা পীগুম অনিচু মথুং ওইনা নম্রগা, লেম্নবুনা মাক্তা চংশিল্লকপদা, য়েংখংলকই। শক খঙনদে। খঙনবস্মু তৌনদে। হংলুই মানা, “ইমা, করিনো! য্রাম্মা ওমদনা উরেদা!” পাউখুম পীরকই, “ইবুংঙো, ইমাগী কোকসি চীকপনা কিম্বগদৌরে। নিংথমস্মু চল্লে। করকনি, করকনি হায়না অস্নুম লৈরকপনি। য়াম্রে!” “অহুগা, ইমাখোয়দি কদাই য়ৌবিগদৌরিবনো? কদোমদগী লাকপিরিবনো?” মখা তারুবদগী খুম্রকই অমুক, “ইমাখোয় নথোল মখা য়ৌগদবনি। লাকইবসিনা কৈথুদগীনি। পোৎনা মবুক থল্লবা শমজাউ অমগা য়াওরে, নচলসিনগা চৎ-থোক্তনা চৎপগা ওইরে, য়াম্না শোল্লরে।” “ইহে! অহুদি করম্নো।” হান্নুনা শোল্লকপদা “ইমাগী ইবুংঙো, ইচাদা করি-গুম্বা অমত্ত হারজগে হায়ববু ... ... ... ... ... ...!” মপুঙ কাদনা লেপখি। মিৎনা উবদদা লেম্নবদগী চংশিনখিবা মানা করম্না, নানস্নু নিজবগী য়াহৈ তারবদা, মিজুংশি খঙদবা অমুক ওইগদগে? লাঙতক্নুনা খঙনিংলে “ইমা, ঐঙোন্দা হার-বিম্নু করিনো?” “বিকশা অমত্ত থিবিরকউ। ঐখোম্নুনা থাম্বদি য়াম্রে। পোৎচাউ অমস্নু য়াওবসিদা তৌরমাল্লেনে, ইবুংঙো!” তম্নকই। “ও! অহুদি, ইমাখোয় অস্নুম লৈবিরম্নু। ঐ শোল্লদনা পুজরক্কে। অহুগা, ইমাদি অস্নুম্না ওমজ্রগা হিদাক-লাংথক চাবদি হৈনবিত্রা?” থোঙকম হন্দোকপগা লোয়নবা মখা তানা হংলকই। “হৈনৈ; অহুবু, হৌজিকপু কদাইদগী কপেদগে লৈবাক মচা তাবা ইবুংঙো?” “অহুবু পাড়ীদি ঐনা

শোয়দনা পুজরক্তনি ; লৈবিরমখো, ইমা," অরেম্বা খঙহল্লম্বগা খোংলোমদা চৎল্রে।

"ফুপী অহনসি খোঙ্গোক চুমকাত্রবস্থ মৈতৈরোন্দি ওনা খঙবগুমথ," খন্না খন্না খো· লানল্লে। অশোমদনা, "মসিবু কদাত-রাইদগী ওর্তবিগবা।" মমানা রাহৈ অমত য়ানখিত্রিবী মচাদা ওনশিন্দুনা শোল্লকপনা মচানা "লাইনা খারকপা ওইরমারে, ইমা!" খুমল্লখি। মখোয়নিবু ঠবোয়াইমনা খঙদে। অহুগা অনিহুনস্থ মাবু খঙদে। অহুগা, অহন্দুাদ, মানা মশা খিঙ খিঙ লাউরল্লবদ, পাখংসিবু খঙলম্বস্থ য়াই। লেপ্তবা মতমগী খোঙচৎতা কুইনা তাম্নখিবনস্থ খঙনদবা মাল্লি।

ইকান কাম্নদনা রিকশা অনি পুহুনা লাক্রে। করিগীনো অনিদি? থুংলবগা হায়রকই, "নাঙ খংগদবা অসিদা মেম্বনা ইমা শেমহুনা তোংবা ত'রে। অহুগা, অমসিদনা ঞৈগা পোৎ-সিগা ... ... ..." হায়হুনা, পম্ববা তোদনা, .কনা অৎতগী মতেংস্থ ভাইদনা পোৎনা খল্লবা শমহু গাড়ীদা খাংকৎল্রে। গাড়ী খোবা অনিহুনা মহু মথক য়োম্নবদদা মফম চানবা শেম্বা য়াওখি।

মমা মচাবুস্থ কাহনল্রে। চহিনা পাজল ময়েং তাহল্লবী শোন্দ-শোল্লবীগী মতোগুম্নবী মমাহুবু পাঙ্গলনশিংহুনা ফীবম চানা কম্নবা ইকোয় কোয়না তাল্লি। মানা অচুম্বা হুংশাশোর লম্বী নাতোম্না ময়েঙ ময়েঙ চৎলকপদা হাকখি খন্দনবা কম্না খাঙখি। য়াত্রহুনা খল্লকপদা নমকুপ ফিগী কৌজিনা চৌন থুমহুনা

হৌনবা উৎথি। মমা মচানা মীওোন্দা ফিজি ফিনানা শোক-তনবন্থু কয়া হোৎনজৈ। মমাগী হাকথি অনিয়ক অহয়ক থনগ্রে। তুখোঙ খুদিং য়াংখৎনা তুবুম পুম্বা কাওখৎথি। মখোয়নিনা তোংবনা মাঙ থাহনা কৈশাম্পাৎ খোংখোঙ তয়ক্লে।

মুপীমচাগী ওসিগী ইবোয়াইমগী মতৌসিদা ওখোক্লা ইকাইবা পোকচরি। মানা শামান লেংমায়বা মাবু অতময়বা মিৎয়েং নম্ববনা হেক হেক উজবদা নিংতোল পুক্লিং জুংওয়রি, মুজা থম্মোই ঈহৌই। মপানগী শকফম্বু মম্বুংগী মিম্বুংশি য়েংঙমদবা মতৌনা মমল কাহল্লবা ইবোয়াইমবু কনাগুম্বী নিঙথিবী অমগী মপুদি শোয়দনা ওইরমগনি হায়না থল্লি। কনাগুম্বীনা লাৎচবা ওইরমজ্রবন্থু মাগুম্বীনা করি তৌরুনি? ইকাই খীবীগী মপোক্লা পোক্লবনে, জাৎ খেন্নবগী পঙ্গাউনগা থৎপনে, খোয়রাংজবা নম্বনা করিম্থু ফংনিংঙাই লৈতে।

পাথং মাদি করিস্থু থয়েবরা? করিগী থয়োক? তমন্নুদবা মিৎয়েংনা নূমা মপুঙ ফাজিনক্লবী মাগী শাবাল উরবনি। মীনোক অচৌবদমা মাবু থিংগদবা ওইরে! অদুগা, মুপীমচা অসিগী মমি শামিবা শকফমম্থু নিঙশিংলফপগুম তৌরে। অদুবু, অয়েম্বদি থঙজ্রি।

অম্মুম থমনা থাকম নকশিন্নকপদা মমাবু শেন্নবদা মশাগী ইমফি ফীজিগী তুংদা গাড়ীগী মপান্দা শাংনা হাইথরকলে। থঙহল্লকই তুংদা তোংলিবনা, "মেম্মা, তুংগী ফিবৈ মপান্দা চোম্বরে।" তুংদা হরাগাড়ো মথং মথং লাকপনা রিকশা থৌরিব-

শিংছুবু মপুক্কিং চোইথোকহল্লি। লৈত্তেং ওদবীহুনা পুম্নমুম্নবী মপাম্বোম থিংথোক্লহুনা কিদোনছু চিংখংপদা তুং থংবা পাড়ী যুংদগীহুনা মায়ওল্লকপীহুবু অহুকসু উরে। হন্দক্তি শোক্লা মহু কল্লবী লমলানবী মাগী মিংনা মাগী শককম হুয়্যালবা মাবুন্নু কারে। থম্মোই থুক্লা মায়ওন চুমথে। পাথং অহুনা থনথি, "মসিদি অতৈ ওইবমদবা তাই। ঐনা ঐথোয়গী লৌতাকমদা লৈরিঙৈদা, মীনম্নু করেম্নখিবদগী, মশক অথয়না থওগ্রবী 'থাবা' হায়বীহু শোয়দবা তাই। অহুবু তেল্লবা অয়ুকী পুম্নিদা কুমওন তরুক তরেং উরক্রুবনা ১প চাবদি লেপ্পা ওমাত্র।"

গাড়ীশিংছু থাকমদা থুংলে। মমা মচাম্ন তপ্পা তপ্পা কৃমথরে। মচি অমদা কয়্রে। হন্দক্তি ইবোয়াইমগা থৌরিব-হুগনা পোত্তু থাংথরগা মনাক্কা থম্বিরে। অহন্দুনা গাড়ী অনি-মকী ওইনা লুপা ২ চম্নী অমা লাম্বোরকই। অহুবু, ইবো-য়াইমনা, মানা তোংলক্লিবা অহুদা, অমুক কৈথেল মৌক্রখিনি হাথরে। অহুপা পৈশা কংদৌরিবহুদসু অচোইবা য়াওদে। ইবোয়াইমগী ফুরিথাউদা মপাং কায়ননা চীক্লা য়াওরকপা মথায় ময়েক অমা পীগ্রে। মুপীহুনা মাগী পৈশা মপূমহু মথায় মপুদা পীরকই। লৌগদবনা লৌত্রবদা অহন্দুনা হাল্লরকই, "এসিদি ইচানা পায়শিনবিথিবা কৈ। হোরেল, তোংবিরিবহুগীসু মসিনা অসুম তৌবিরো।" লৌশিল্লে। "ঐ লাক্তিবা কাওবা পোত্থাহুনা ঙাইবিরমথো, ইমা!" হায়না থুদক্কা হল্লকদবগী মতৌদা চংকদবা মায়গৈ পাংগ্রে। মুপী অহুনা হাম্না পৈশা

অচোইবা কায়রক্তববু মশাগী অচৌবা মরাম্নি খল্লা "ইকাইখ্রেদা! কম্নিগীদমক্তা! ঐনা চংনবা ম্নাদবা লুপা নংবু পায়রিবনোকো!" শোম্না শৈশোম্না মচাগা কমখ্রে। মাগী মশাহু লুংভাইতবা হেন-জিনবদি তৌদে। অদুবু, মমা মচাগী মায়থোঙ ইকাই নৈচিনম্মু থাংবনা, মথোয়নিমক মশা ম্নাম্না শোল্লি।

ভসাই শেল ফংগ্রবা রিকশাহু মী নৈত্রি। অথ ম্নদগী, ইবোয়াইমথোয়না চংখিবা অদোমদগী, থোম্বজংনরবা অমনা থোল রাউনা লাউরকই "হৈ। রিকশা, শোমদা লাউ।" মহু ইবো-য়াইমম্মু তায়। খল্লি "লুংভাইখিদ্রেদা! মী অমবু অম্নম্না হেক শীজিন্নবা হৌনরনে!"

অশোমদা, মাগী মতুংদা মমা মচানা খষ্টৈ, "মানা চংখ্রি-বসি কদাইদনো?" অদুগা মাগী মশকসি অহন্দুনা খর। খরা নিঙশিংলকপগুম তৌরক্লে। হল্লক্লগা অশেংবা খঙগে খল্লা নৈখ্রে। মমা মচাসি অতৈ নত্তে। মমা থাগোইগা মচা থাবাগনি। খরা তাম্নরুবনা উনদবা অদুগা শকলেপত্রিবা পুম্নিদা থেংনখিবনম্মু অহন্দুন; মথোয়গী কাম্নবা তৌরিবা মাবু হেক খঙদবনি। উখিবা শকফমদা মাবু নিঙশিংনবা হোৎনবদা, মিৎ-তাঙবনা মিংশেল য়েংবগুম কাম্নদবদি ওইদ্রবস্মু, পাঙল ময়েং তারবা মিৎশোল্লবনা য়াচংবদা ওক্লবা কনাবু চৌনগী মতেং য়াঙ-দনা লোম্হোক্তবা মিত্তনা খঙগুমদবগুম, মমাওষ্টে তাগ্রব মুংশিরবা মিহুদনদি মশক হেক লাকপা ঙমদ্রে।

মা য়াম্না থুনা হল্লক্লে। মমা মচামক লাঙতক্লনা ঙাইরম্মী।

গাড়ীদু তোংলকপদগী অতোংমল কংলহনা হজ্জোকখ্রে। চেঙ্গী কুয়োম্নুংদা য়াওরিবা হিদাক মক্ত মরিথক, মমা মচানা ওকচা-নরিবৈদা, এময়দা লানশিল্লকই। চৌম্না থুংকী ভুংইল্লকই, "ইমা, মসি অনিথক্কুঃ চাশিনবিয়ু।" চাখ্রে। থুংখিবদ মতায়রি, য়াম্না থুনা মথৌ তৌখ্রে। মশাদু খংয়াং য়াংবোই নিঙই।

থাগোইনা শেলগী য়া হৌদোরকপদা "ইমা, করিমত পীশিনবিরক্কু বস্থ য়াবে; করিসু খনবিক্কগনু," হায়না খুম্নক-পদগী "অহাদ, মসি চা থক্কোক্ক'স" অমুক খঙহল্লক্লে। মহুদসু ইবোয়াইমনা চাখিবা হিদাক্কুগী মপ.ঙল হাংপা য়াই হায়না খনবনসু "করিমত তৌবরনু ইমা," হায়না য়াখ্রে। মানা ওমখ্রে। মানা তৌথ্রিবশিংসিগীদমক্তা থাগোইনা করম্না, করিনা লমন শিংগদগে হায়না বাখল লৃম্না লৈখ্রে। পুঙথায় অমা চৌখ্রে।

হৌজিক থাবা পোকপী চপ চানা মশা হুংঙাইরে। হবা গাড়ী লাকপা ভাইহনা নাক্তা লেপ্লিবা পাখংদা মমানা "ইবুংঙো, ইচাবু শক খঙনিংহনসু লৈরম্বনি। ইমাগী কোক য়াংলে, অহুগা খিক্কম খিক্কম্নম্বসু মাওখ্রে। ইবুংঙোনা পীবিখিবা মমল নাইথ্রবা ইতেংসিবু করিনা হল্লগা মতিক চাগদগে ?" শোল্লি। "করিসু খনবিসু, ইমা।" "চিংনদনা, ইচাগী শকসু খঙহনবিয়ু হায়ববু ........।" পাখং লৈশাবী অনিমক অহনগী য়া তাবদা মিৎয়েং নোংখাং কুপ্পহনা হুংশি লমজীন্দা লৈনরে। ইবোয়াই-মগী মরী মথোঙ পূম্বা শেংনা তমথোরকপগী থোঙ্খোকনা, মিৎ-মরিগী নোংখাংলক্তা লেপ্তবা নোংখোং ওইখ্রে। ওসি মানা

বার্স্তোন নম্বা লাকপগী রা কাওবা শেংনা লীহুনা থওহল্লক্লে। মম্বা ওইবীনস্থু মথোয়গী ওইবা পূম্বা তাকথোক্লকপদা চবোয়াই-মনা মপাগী লৌতাকমগী মনিঙদা তারিবা কবুই খুন্নুগী মী থরস্থু নিঙশিংব্রে। থাবা পোকপা থম্বৌ অমস্থুং অপুম্বা নিপা থানিনস্থু কাউরুবনি। অস্থুবু, মথোয়বুস্থু, রাখল সংজিল কংবদা, মথং মথং নিঙশিংলক্লে। থম্বৌগী মরূপ চাউরেন, মাগী মনা শাকরবা ঈচাউবা, চাউরেনগী পুন্সি খোঙবুরোই শকমচা অস্থুগা থাবাগী মতামোই, শকমচাগী মচা নিংভোল অশংবীনচিংবসি, লোইনা মথং মথং মমি ওটনা খোরক্লে। থাগোইমা, লাক্লিবা ইবোয়াইমগী মপুবোকী কীয়োয়দা, লাপুল মরি মতাগা লকোর লকাং অহুমগা পাংলকনি হায়নস্থু থওহল্লে। ওমদবা য়াওথি-বদগীস্থু মমা মচাবু মথুজং পাংহনথিত্রিমথৈদি হল্লয়োইদবা পাথংস্থুস্থু লৈথিনি হায়বা থওহল্লগা, থাগুক্লা কমস্থুনা লৈব্রে।

শোয়ত্রে! ওসিগী লমথাঙগী পাথং লৈশাবী অনিসি রায়েনবা কনাগী রায়েপ য়াওদনা সুংশি চৈয়াক কংলবা শাবী শানৌ ওইরনি। ... ... লমজাউদা লৈবা হায়বা অসি মথল মথেল উবা কংই। পাথং মচা অত্তাওবা অহুয়া অরাথবী মুন-প্রবা অমা লম্বী পোংয়োনবীদগী লৈরগা হুন্দুনা শায়রক্লে। তম্বা তম্পা অস্থুম হুনবা ওকপা তৌবদা, অমনা ওকদবনি হায়বা কাউথোকখিস্থুনা খুদুম তাশিল্লগা থোম্বদা হায়দগী শোম্বরবা অরাখবীস্থু, লৈপেং হুনকংলগা য়্রবগুম, মচেৎ কয়ামরুম থোক্লা চাইনা চৎপ্রে। অনিস্থুনা অমদদি শোয়দনা হল্লকনি হায়না

লৈখিবনি। অদুগা পীরক্তদবা অদুনা হেক খোমতোকখিবগা "ওহো! লোইরে!!" লাউরকপদা মখোয়নিমু "হৈমা! মিহুল রাংপা!!" লাউরকই। মাগী মখুত্তা মকোল খরা পকহৌবহ শং লেকশিনবদা অনিচুম্ব ভৌকম খত্তদবনা নোক্লে। ভসাইদগী উরকপা থাবাম্ব, মখোয়গী মতৌদা ফুংশি কাইহৌ মীনোকম্ব ওইবা পাখংগী পামজবা মনোক উজবদগী, মখোল থোক্লা নোক- লকই। ওস্থোক্লা কজপ্রগা রাভাশিংনা মচু শেংলবা চীনবান অনিগী মরক্তা মথক উংলকই। নাজী শামামবা অদুনা মখোয়বু উবদা অয়েকপদগী মখোয়না হেনগনি হায়না খল্লি।

থাবা কৌবী অমুক রাপ্রে। "ঐনা খল্লিবসি অয়েৎনি! ঐগুম্বীনা ঈরুপ নত্তবা মাবু করম্না কংদ্রমগনি?" খরা খরা মাজী হরাউ ঈহৌ ঈথমগ্রে। উজনিংববু মীরা নৈশা লাংতোই- দবা হুরাল মিংচিনকাও, নিত্তবা কায়বগী চৈমা কংগনি খয়কলগী য়েংজৈগ্রে। মাগী পুক্নিংগী ফুনোংবা ইবোয়াইমম্ব খত্তবত্তকই। মাম্ব অমুক মায়বা রাখলদা লম্বু্কবগুমই। অদুবু, অনিগী ফুংদা তাপ্রিবা লায়নঃ মুংলয়োইদবা মিয়েনশিংহুদি রাখলশিংজিদা ময়েক লাবা হেনকংলক্লে। ফুংশি হুজেনবা মিংলমশিংদা অনিগী পুক্নিং পাউ চংনবদি লেম্না ওইথোক্লে। করম্না খত্তই? শৈরোল নাইগ্রে মতৌ খত্তবা শৈবাখশিংনা :—

শাবী শানৌ শকয়েক,
চায় খম্মোই ভনিক্ক,
ফুংশি ফুংওল মিংলৈন,

খোয়রুম মোমোন মায়রৈন,
মুক্তা পাখং খোয়দান,
মুংশি ঈপাক ঈহৌন,
পেন্দ হয়া মিৎয়েংন,
'হৈমা। হৈমা।' লৈখোরু,
জাংকী পল্লোন উখিম্রে;
থরায় অনি তোংঙাম্রে।

মখোয়নিনা তোংগদবা গাড়ী লাক্লে। তপ্পা তপ্পা কাখৎ-নবা তৌগ্রে। গাড়ীনা নক্না থাবনা মমা মচাগী পোৎতু গাড়ী-দুগী মী অনিনা মকম চানা থাংকৎপিগ্রে। অমগা অনিগা চাম্নবা কাম্নরে। থাবানা গাড়ী মমুংদা চঙবফাওবা মপান্দ-গীচুনা চুরাল চুরাল য়েংলি। নুরবা মুপিজাগী শাজৎমু উজরে হয়া। গাড়ীমুংদা নৌরিবী মানা চঙবদা খ্বাংফি নমফি অনিনা লৈরম্লিবশিংদা শোক্তনবা হোৎনজে। অচুগা, মমুংদা 'চুরুপ থকপিগমু' থানা থানা থরুবদগী থোরকপা মৈথুনা থাবা অমমুং মাশুম্বী অচুগা অতৈ মৈথু পামদবশিংবু ওৎলি। মসিমু লৈহৌ-রিবনা উগ্রে। চিংনা চিংনা য়েংলম্নগা মা লাইরিক নমকমদা লাক্লে।

থাগোইনা নহা অনিগী ঈরাং থঙখিদবা নত্তে। মাম্ন, ওম্না ওম্না, মুংঙাইবা পন্দোল লোমই, অরাবা ভমথৈ কংই। মানা মকম য়োৌরগা পাংলকনি হায়রম্বা পোৎলমশিংতু শোয়দনা থাররুবা তৌখি।

ইবোয়াইমগী মখুত্তা নংনবা থুংলবা পোৎশিংদু, অহনশিংবু কিজবদগী কংলিবা মানা নৈজবনি হায়না মপুবোকীদমক্ত কৎনবা হোৎনখি।

## ( ৩ )

মঙ্গী কৌবহ লৌউবনা মবুক থনবা ওয়ক্তু চেলা মীরৈবাক লায়া থৌখিবা চৎখিদৌরে। মানন্থ থাদোক্লবা লৌহ ইবো-য়াইমনা উবদা তারে। ইবোতোম্বা মচাবু পামকাতনা থুদং লমদা থাদোকপা তারে। মাগী মচাসি, লৌমী পুন্সিদগী থরা হাইদোক্লবদগী থিত্তুংদি কোইরপ তায়বস্থ, পামজবা মশিন পাওবদা মপাঙ্গবা কতন লৌমীদি ওইরমোহি। মাহাক অসি, শোয়দনা, লৌবুক্তা অমদি লম্পীদা কূন-চৈনদবা গাড়ী—শনপোৎ শনওয় মথৌ পাওলগনি। নমদা চৈ থানদবা শল, থৌদানদবা অতাং, চত্থোনবী যুমগোইবী অহুগা য়াথল কায়াৎ তুবা যুমুরেন—অতাওবনিদা।

মঙ্গপ হেন্সিমদা লাইরিক থরন্থ পীবা তারি। লৌয়গদবা অহু ওসি লাকনি হায়রকই। তুংথিল পূংকমদা থুংলগনি থত-হল্লকই। অহুবু, থরা মাওওইনা য়ৌরক্লে। তোথী নৈতে। ইথেতোনন্থ স্কুল কাখি। মপানা ওয়াংদগী লুহোংবা অমা চৎখি। মমাগা মচা পিবা অহনগদমক নৈ। হন্দোইরবা, তাইবং মীওই

নরুনিংদবা লমজাউ চেক্লাগী মতৌগুম, গুমাংতোন লানশিন্নরুবা মরুপ্না উরকপদা, মাগী অবাং শঙতপুগী থোরক্নুনা ইকাই কিখুম হাংলকই।

ইবো—লাকপিরেদনা, চান্নবা।

হেলি—অহোয়, লাকচরে।

মরুপ্না মকাদা কৌশিল্লি। অহুবু, চিংনজবনা চঙবা ঙমদ্রে। চঙদবদি য়ারোইদৌরি। খেন্নবগী লুনা নৈরবা লানঙমদবা ঈপাক্তু চান্নবনা খুৎশমহুনা চিংশিনবদা খেন্না লুরবা ঈপীক ওইদ্রে। মখুৎ পায়হনা চিংশিনদ্রে। ইমুংদা ফিহো লংচাক থিরিবী মমান্ন মপান্দা অনিনা নিন্দনা লাঙবহ্ ভায়। কাদা চঙপ্রগা অমুকন্ন মখোল ভারকই।

হেলি—অহুবু, খোঙউপসিদি অমুক্ত মপান্দা থমজরুখিগে।

ইবো—এ। মহুন্ন ভৌবিরন্ন।

অহুবু, চৎনবী য়োক্লিংবনা ঙমহনা খোঙউপ্তু ইরেনা লৌখোক্লপা জুরি ভাকমদা থন্নুরে। পুক্লিং পোৎলুম থাদ্রে। মানা থরগা ঙনথৎলল্লবাদ, ইবোয়াইমা চাক চান্নমগদবনি। লৌমী লমদম প্যাংলগনি থঙলবনা হংলকই হায়া।

হেলি—করি ফুমিত্তনো লৌকমলোমদা চৎপিগদবনা?

ইবো—হয়েংসি চৎকে থজরি, মরুপ। অা, ঙসিসি চাকঙন চাবিরগা ফুল কাবিবা ওইরিনিকো, মরুপ?

হেদি—মাদি হোয়, ঐ চাকঙন খোংহুনা চাজরগা স্কুল কাজরুরবনি অহুগা ছুটি লৌহুনা য়ৌজরকপনি।

ইবো—অহুদি, শজোম লৌজরুগে, অঙ্গুম লৈবিরম্মু।

হোলম্না কম্না খাম্লি। মমাগী ইমুংদগী খোরক্তনা মচাগী মমামবু কৌরগা মচাবু খামহুনা হায়রকই।

টবে—ঙাইখো, নরুপকা অঙ্গুম কম্মিররম্মু; ঐ চৎলুগে।

খাম্বা ঙমহৌদনা মমানা চৎল্লিহৈদা হিংনবা লম্বী শিবদা মা মানা ফংজরিবগী বারী ভম্নরি। হেলিমস্থ ওবা ওইরে। থবক তৌনা তৌনা লাইরিক তমদৌরি।

মমা লাক্লে। লিক্লাই ভুংদা শজোমস্থ থুংলরে। মশা শেংলবা কবোক খোইহুম অনিথকস্থ ইল্লকই। থম্নরে মথং মথং লাইরিক ফাল থক্লা। হজোইদনা চা-থক্লবা হায়রম্লগা মমাদি চাম্নদৌরে।

হেলি—করিনো, ইন্দোম্না তৌবিরক্লিবসিদি!

ইবে—ইবুংঙো, ঐখোয়দা লাকপদি নিঙথিবা অচা অথক অমতস্থ লৈতে; অহু মঙায়রে।

ইবো—শজোমহুবু, ইমা কংকুপ্তি য়াওদেকে?

ইবে—মহুমক্তি উদে। ফরমগনি থল্লি।

ইবো—শজোম য়োনবনা অযোৎপা ঈশিং য়াল্লবা শজোম চাউখোক্লা য়োনবা, মপুক শেন্দবা য়ায়েলবনা থোক লোইশিন্দবা, পাজলনা লল ভাম্লিংদম্না শেলনা শেল তাম্লগে

থরবা, পুক্তা চীনগা মায়দবা লাউবা কমবশিংগী মতমসিদা করিমত থাজবা লৈখিদ্রে।

ইবে—মাগীসি কদি করা মাগ্নি। মসি অসুম পাওনবা কংখিবা তারে, ইবুংঙো।

হেলি—কমনগ্রেনে, ইন্দোল। তৌবিরুদবসু য়াবনি।

ইবে—ইন্দোল লংচাক থয়া য়াস্তুনা কয়া থিগন্তুনা লৈরি; চঙলগেকো।

হেলি—কগনি, চঙবিয়ো, ইন্দোল।

মমা চঙগ্রগা মরুপকী মাঙদা লৈরিবা থোইহুম অনিহু ইকাইদবা হুয়িংশিংনা ওমশিল্লকপা তারে হায়হুনা হুকপা হৌনবা হেলিমদা থঙহল্লকই। লাইরিক লৌথ-লৌথনা হায়জরকই।

ইবো—য়ারবদি, হুয়িংগী লুখাক ওইজ্রিভৈদা কংবিনবা তৌবিয়ো।

হেলি—এ! থরা থরা কংমিন্নসি, মরুপ। অনিমক থাইবিহৌয়ো।

ইবোয়াইমা য়াদবা ওমজ্রে। অদুবু, থাইবা হৈবদি হেলিম্মা তৌদবা য়াজ্রি। য়াদি চাম্নবা পীরম্নগা লাইরিক থম্দোক্তুনা অহুম লৈগ্রে। অদুনা, হেলিম্মা খুং শেংনবা ঈশিং লৌরগা হামদোক্তুনা শরুক শরুক তম্নবদা অনিমক থজিক থজিক্তং ওইরবসু ইকাই-খুম্নবা উৎলুনা চামিম-থকমিন্নগ্রে। লাক্লিবা মরুপ্তা অনিঙবা থরসু তারকই।

ইবো—ঐনা মরুপখোইদা লাকপদি তত্তনা ইবুংো চঙহুনা কমইদো। মরুপা ঐগীদা লাকপিবদি ওলিদনিবো অসুম্না

মকমসিদা কমহুনা লৈমিন্নবসি। অহুগা, মরুপকী লাইব্রিকসি, সিদা লৈরিবসিদমক মঙ্গায়রে।

হেলি—কয়ানো লৌবিগদবা হায়বিরো; য়াম্না মুংঙাইজরে।

ইবো—মরুপ্তা লেম্না কচ্চগে, করিমত পীবিরমগন্নু।

হেলি—অহুদি ভৌবিন্নু।

ইবো—হুম, মহু হায়বিন্নু।

অনিহু য়াম্না মুংশিনরে। লৈতবা ঙাক্তনি হায়বা য়াই। অহল লমন শুরবন্থু ইবোয়াইমন্থু য়াম্না রাবি। মপাগী রাখল পামদবনা মা অবা মৈশা লাংলি। লৌদি উনি হায়রি। মপানা য়োং কাওবা মাঙহনরে। থাংজৌন্থু য়ারে। অহুনা থুংলাই অনিসি নৌনা লৈবা তারি। মপাদা হায়বদি "নংনা অহুম শীত্তো; ঐদি কংলবনি," খঙহল্লি। অহুনা রায় মচাসি। লাই-রিকশিংহুগী লুপা ২০ | ২৫ দি লৌবা য়াবনি। অহুবু, লৌনিংদে। অহুবুনে, হেলিমন্থু রাদি মখঙই।

হেলি—চান্নবা, শে লুপা ২০ সি লৌবিহৌ। লৈতবা কান্নবিন্নু। ঐন্থু মসি পারগা কাবা ওইজগে। অহুগা, ঙসিসি উনবগী অরোইবা তারেদো।

ইবোয়াইমনা, পীথোরকপা শেন্দুবু অমুক পীশিল্লকই। থুং অনিদগী মরি ঈন্নহুনা লৈরে।

ইবো—মহু ভৌবিরমগন্নুনে, মুংশিবা। লৌশিনবিন্নু।

হেলি—অহু ওইরবদি, ঐ লাইরিকশিংসি লৌজররোই।

... ... ... নত্তে, ঙসিসিনা অম্মা তিম্নবগী অরোইবা মুমিৎ ওইরমান্নেনে !

মখুৎনা লুপাচ্ছু অমুক ইস্পোরকপা য়াদনবা তঙ্গা মেঙনা লানশিল্লগা পাউথুম পান্নকপদা, মী ঙাওহনবা লুপা ফংবদা রান্নবচ্ছনা খঙহন্নকই।

ইবো—হোয়, মরুপ। পুন্সি খোঙচৎ থুংবফাও লোয়নবা পামজবনি। অচ্চবু, থবক্তা মীগী পুন্সি ওইবা মরম্মা পামজবা শিন খনবদা খরা তান্নবা ভারে; হৃ'ঙাইতবা তৌবিগনু। শিন লেপ্পা পুন্সি তাংকক্তা, তাইবং মীপোক্তী মক ওইবা থৌরমশিং-দদি উননবা শীন্নসি।

ইবেয়াইমম্ম অমুক থোরক্কুনা শেন্দু লোহৌদনবা হায়রে। অচ্চবু, মচ্চদা অমুক নৌথোক্লবগী কান্নবা লৈত্রে। মমাদা কায়নবগী রাহৈ অক্লবা কোঙলম্লগা হেলিম মরুপকী মাঙ থাচ্ছনা মমুম লমদম তম্নক্লে। কায়নফমদা য়েম্নবা ভারে অমমম। মিকুপ খরা কুপ্পদবা মিৎ মরিদা কায়ন পিরাং ঈউংনপ্লে। তুংওইনপ্লে অনিমক।

মরুপ্পা পীরগ্না শেল পুচ্ছনা লৈত্রিবা য়োৎ থাংজৌ অনিচ্ছু লৈননবা থোঙথাং কল্লকপদা মপাগা লম্বীদা থেংনরে। হায়রকই।

মপা—নং হয়েংসি চৎপ্রম্নু। মজীচ্ছু লংকৈ চত্রি হায়বসি ভারে। মানা চৎখিত্রিক্কৈঙদা রা ময়েক শেংনা ঙাংনহৌদবা য়াদে। অচ্চনা, নংনা হয়েংসি চীথ্থে ফীরুক হাংলকপদা হৌচ্ছনা মনাক য়ৌরুচো। নংনা তঙ্গা হল্লক্কুনা তম্নবা পাউচ্ছ তানিঙই।

লাইনিকী লুপা ২০ পীরম্বহুস্থ মপানা লৌশিনপ্রে। য়োংস্থ খাঙস্থ লৈখিদবা তারি। অমম অঙান শিন্নরকপদা মীশ্মী গাড়ী বায়হুনা মঙ্গীগী নাক্না থুংলুনবা খোঙশালক্লে। উননিঙলিবচু মন্নুবদা লৈরমদে। থুন্নান্দুনা চখোক্লম্মী। অখঙবনা মনিঙ্গী খম্বোংখোয়গী খুন্নিংদা লৈহৌই হায়বদগী থুন্নক লম্বী তুংইন্দুনা খিরক্লে।

মনিঙ তাবা খুঙং মচাসি, নম্বোল খুজাউগী খাদা খুনবী খুপ্পা অমা অনি কান্নগা মপী শোয়োক্না খায়বা ইবোতোম্না লৌতারম্বা মৈতৈ খুন্নেন্দুগী নোংচুপ্তুনি। শোয়োক্লগী নোংচুপ্লোমদা, লোইবী লোইজিং চীংজাউ তানা, খুন্নক লম্বী চাউদবনা থেকচিন খোয়জিন চেল্লি। লম্বীসিগী অৱাংদা লৌয়ায়দা পনথ্রিবা খুঙং মচাসি চীক্না উগনি। খাবাখোয়গী য়ুম্লেংনা খাইদগী তুংওইবনি। মখোয়গী খাদা মতা অশংবীখোয়গী য়ুম্না লম্বীগা তাইননা লৈপ্রে। অৱাংদনা অতৈ কয়া তাপ্রে। মনিঙদা খাবাখোয়গী কৌক্র ওইরপ্পা পামেল তাহরেল উজাউ অমস্থ ঙাম্বোইরি। থুনসিগী অৱাংদা খরা কামরপ্পা 'তুরেল' হায়বমক্তি য়াদবা অপীকপা ঈচেল অমস্থ তম্পাক লমদম খায়হুনা লোক্কাক ঈপীদা তিল্লি। চাউদবা লোক্লমসিনা নক্লবা লৌকমশিংদা অমদি নাকী খুপ্পা কয়াদা কান্নবা কয়া পীরি। খম্বোখোয়গী লমগী মীওইশিংদস্থ মরম কন্নামরুমদা মানা অকবা য়েল্লি।

মনিঙ্গী তাইরেন উখাদা মঙ্গীতু মকমহুগী লৌখোইবা অনিগা ৱারী শাহুনা লৈরম্মী। উনহুনা "থুরাবু পাবনা ঙসিমক

য়োরক্তবা য়াদে হায়রকই," হায়না তমখ্রে। "শোয়বঃ তৌদনা লাক্কনি," থুম্নক্লে। মশামক্না মরোঁ উররগনি হায়বসিস্ত্র য়াবা মতাংদা থুংলরে। খঙহনবা য়াবা খঙহল্লমগা হন্দোরকলে। মনিঙ্ক থোঙ্গদা হাম্না উঞ্রবী থাবানা পঙ্খো মাঙোল নাকচিদা লেপ্লি। খোঙৈলৈরকপদা মাবু অমুকস্ত্র শকটননা য়েংজনবা তৌবনি। মপা য়োরকপদা লাক্লিবনস্ত্র মাবু উখ্রে। অদুবু মিৎয়েংমকস্থু ঈচং খোনদবনা চৌন্দি য়োনা শোম্নখ্রে। লৈহৌ-রিবীত্থস্থ তুংদদি শোয়দনা মৌগী য়ারীদগী খোয়রাঙদবা য়াই।

হন্দোরকপদা মৈতৈ থুম্নক য়োরমদাইদা পাখং অনি ওক্লরে। অমদি মায়ওক্লরগদবনা থাপ্লিচৈদগী মফি ফুরিৎ অত্থু কোক্লোমদা চিংখত্তুনা মমিৎত্থু ফুরিৎ ঙকতা, হুরানবনা শগুল থোঙদা য়েংবগুম, ইবোয়াইমবু হুরাল হুরাল য়েংলকই। অত্থুগা অমত্থুদি ভাওশিন্নরি। অয়ুক্তা মানা লখীহুদা ফুমিদাংগী পুং ১১গী মতম য়োহল্লে। খল্লুবদা নোক্লিংই! য়ুঙাউবা, মীহাৎ মীপুন ঙম্বশিংনা অহিং অহিং লখীশিংগী মপু ওইরি। মসিদগী ঐখোয়গী ওহজবা কয়া মাঙলক্লিবনি। মখোয়বু খঙনবস্ত্র হোৎনজদবদগী শোরোক অত্থমক তন্নক্লে। লাউহৌই ভাউশিন্নবহুনা, "ঐগী খম্মোই লৈকোনগী লৈরাংনাক্তা কনাগুম্বা অমত চঙকরোই! য়াঙ্রবদি নপুন্সি লোমগনি! নমং থিরবা ওইগনি!!" মানা 'খম্মোই লৈকোনগী লৈরাং' হায়রিবসি থাবাবুনি। হুম! মাদি, পোমলিবী লৈশাং তমজ্রিবী শীংঙেল চৌকথৎপা ভোম্নবা তৌজ্ঞগীস্ত্র ভোম্না খগ্নরবনি। মাসি অতৈ নত্তে, খোম্বনি; অমত্থনা নবনি।

মমুম য়েৌরগা চাব-থকপা লোইরগা মরুপ পুন্সিপা লুরবা পুন্সিগী পোকমদা নারী শাবা হৌরে। তরুবীবু মানা য়াম্না পামজদে। মাগী শক-চুবু হন্থনা থনবনা নত্তে। ঈরম কয়া ফাংনা চেনখ্রে মুপী মচা মাগী লুপ্রবা মপোকী ঈচেল। ... ......... মকম, মতম অমম্বং লোয়নরিবা মীশক য়েংদনা মুপীনা হরাউ কুম্মেদা য়েৌনা থরায় য়াওখৎলক্লনা মথৈথংদা শাজং চগোম চগোমলকপসি অরাবান। অদুবু, মাস মুপাশিংনস্থু খোকহনবনি। কত্তবসি পায়রে কয়ানা। অদুগা তরুবীদস্থু থু লরে অসিগুম্বসি। মমিংফাও হোংবা ফরবনি। বীরচন্দ্র কৌবা মাগী মরুপশিংগী মরুপ অমনস্থু তরুবীবু নিত্তবা হৌরে হায়রবসি মা তারে। অদুনস্থুনি মানা নিত্তহন্নরিবসি। অদুগা, হায়রিবী লৈশাবীসিমক্তি শাযু অপাম্বীখোয়গী মতৌ লৈরগদবী ওইনস্থু তৌই। মসিদগীস্থু থাবাবু থাদোক্লোই হায়রবসি পাখং-সিগী বাখল ওইরে। মুংশিনিংঙাইদি ওই তরুবীসি। অদুবু, মরমচৎ থল্লুবদা মথা তানা অক বারৌননিংঙাই লৈতে। মুমি-দাংদস্থু মুপা নহাশিংগদ লোম্নদুনা কুম্মে য়েংবা হৈরক্লে। অদুনা, ইবোয়াইমগী মুংশি মুংওনগী পুক্লিং আতয়াদা অহিং মুংথিল থায়দনা থাবা খোরক্লে। মরুপকী পুক্লিংসি পুন্সিস্থু থত্তলে। অদুবু হংলি।

পুন্সি—অসিগুম্বী জাৎ তোংঙানবীসিবু মহৈ মশিং হায়বদি, লাইরিক কয়া হৈবগে? চনাক খুনবা মরৌ মশিং ময়াম কায়না লৈবা ইমুংগী মচারা? মশক মতৌ কয়া ফজবীনো?

ওন্না থজহনবিয়ু।

ইবো—লাইরিক হৈবীদি ওইত্রে। অহবু, কাবক পাজ-
ইজবা ওল্বীনি। ইনাক কৈরাক থুনবা হায়বহুমকন্ন ওইদে
ইমুংদো। অহবু, মচাজরি ঐখোয়গুম। 'ফজে।' 'ফজে!'
হায়না তায়হনা য়েংনগদবীনু নত্তে। অহবু, ওমখৈ লৈত্তনা
নুংশিবনা মাদবু নিঙত্রে ঐনা। মহৈ উদবা, লল য়েংদবা, শক
থন্দবা অহুগা জাং খিদবা নুংশিবা হায়বহুমক থুংলমাত্রে ঐঙোন্দা,
মরুপ। অহুগা, পূম্নমকসিদি থজুত্রবন্নু লমচৎ হায়বা অসিমদি
থজবা ঐনি।

পুন্সি—অহুদা, থুরাগী মত্তৌসিগদি থাজত্রেদকো।

ইবো—চুম্মি, হায়বিরিবহু লানবা নত্তে। অহুমনদি ওইর-
বদা, মতম্না পাজিগী থখোইবু নৌহরকনি থজরি মচা ঐনা।

মখোয়নিনা অম্মুম্না লৈরিত্তেদা মঙ্গী লাক্‌নুনা চঙলকপদগী
রারী লেপত্রে। লাক্লিববু কৌশিন্দুনা কমহল্লগা মপাদা তাকত্রে।
মখোয়নি থোকত্রবদা মপাগা মঙ্গীগা রারী তৌত্রে।

ইবো—ইবুংঙো, নংগী শেনাসিবু কয়া কুইনা পম্বখিদো-
রিবগে? নংনা লংকৈ চত্রিত্তেদা অশেংবা অমত্তং থজহল্লন্মু।

মঙ্গী—থুরাগা ইনবিখিবদবু কয়া কুইনা থাবিখিবগে?

ইবো—কুমসি লাক্তদৌরিবা পোইচু থাকাও থাখিবনি।

মঙ্গী—অহুদি, থুরা, রাংলিদনা। হৌজিক কালেম্নি।
মসিমা থাম্মোই। ঈঙাদগী হৌরগা চহি মথায় অমা তেম্না
রাখলি। সিগী মহুংদবু মাগী ২০০হু শিংবা ওমত্রবদি নচা

লৈত্ত্ররোই। অদুগা, খুমানা লুংশিখগী লুংশিখিবা, মরকসিদা শিংদোকপিরবসু হায়নিংঙাই লৈতনা পেঙ্গপনি। খুরাগী ভৌবিমল কাউজরোই। অদুগা করিগুম্বা খুদোং চারগদা খা অমা অনিগী মপুংদা নচা হেক্তা থাদোকচরকে। অসিনি নচানা হায়জগদবা হায়রবনু। উপাই লৈত্তবননি, খুরা।

ইবো—হো করে! করে! য়ারিমথৈ ফনবা ভৌরকউ।

মজীগী রাদা মুন্দুনা কেলহৌরে ইবোভোন। নোংঙাল্লগা মজীনা লংথৈ চংখিবা লুমিংতা ইবোয়াইমসু লোমী লমদম লরায় কৌনবদা লাক্লে। মানা ইম্ফাল মযুম থাদোকপদা মমা অমসুং মথাগী অঙাংশিংনা লুংঙাইহৌদে। মপাদি হায়া য়ারম-দবহু "করে! মানা খোকপা পুশিজরকনি। খবক ঙম্বা ইচানি," খন্দুনা হরাউখোকল্লে। অদুবু, পাখং পুস্সি ঙমথৈ লাল্লিবনা অমরোমদদি, খোয়রাংজরি। অম্মুম লৈত্রগা ইবোয়াইমা লরায় থাদোক্লোই খনল্লে। খুজংগী লাইরিক হৈগৎলকপশিংনা মথৈ মপুঙ কারগা মথুজং থাদোকুবা অসিবু ইবোয়াইমনা অকবনি হায়রদে। হায়রিবসি, লৈফম লৈত্রকাওবদা হোংকৎনবশিংবু থাউ-বগীনি। মরমদি, ভারত্তি খুজংনা শাবা লৈবাক্লি। অদুনা খুজংবু কাওখোক্লিবা অদুকী মতিক, ভারতনা রানা নংনা অদুম লৈগনি। লুমিং চুম্না ঈনাম্ব নানবা, চৌকিদা ফম্লগদ হিংনবা মখোই ভৌবা, রাথল লায়খোকপশিংবুসু মানা অরাবা খঙহন-নিংই। অরুবসু অমোৎপসু অমত শূনিংদবশিংবুনা লৈবাকী মেরুবা অচৌবনি হায়রি। মীয়াম থাকপা খুজংগী খবককনবশিংবু

কংথোইনবশিংনা তুকচরিবসিন্থ পেল্লি। অদুবু, লৌমী পুন্সি ফংপ্রবা মাবু থানদবশিংনা রায়ীনৈ, "বি, এ, অমা ডাওরদুনা লৌবুক মায়গৈ পাংগে।" অদুবু, খুন্তাশিংদুদি হয়রাউনবে।

ইবোয়াইমনা খুন্দংদা লৈয়রবদা তোম্বোন কৌবা কতন্দু মপাগী য়ুমদা তোয়না থুংলয়ে। মুপী অতাংশিংনা মাবু 'তোন-দোন্দগী' 'তন্দন' থোল্লে। য়ুমুরেন তাব তাদবগী মথাদা ইবো-য়াইমথোয়স্থ পতরা রায়বনিদা! অদুবু, মপা লৈত্রিতৈদা মমানা তন্দনবু য়োং তৌহল্লি। মতুদা মশাদা হুমাং মরিক উদে।

খুন্দং লমদা অস্থম লৈরক্লবদা ইবোয়াইমদা লৌশিং মতাল হাইকেং কংলবা খুন্তাশিংগী মরক্তগী তোম্বাউ কৌবা অহয়া খুন্দং চাওথংনবা রা হৌরয়ে। মহাক অসি পুথিবী পুম্বগী প্রজা অমা ওইজনিংবা মীদানি ; হংনৈ।

তোম্বাউ—ইবুংতো, খুরানা ওদি লাকপসি লাইরিক হৈরবা নংগী রাতানগে থন্দুনা লাকপনি।

ইবো—ইশ। খুরানা ঐবু থাপংপিরি। নচাদা তাকপি-গদববু করি...... ?

তোন—খুন্দং শেমগংসি, ইবুংতো। মসিদা নংগী নতেং থিরি ঐথোয় খুন্তাশিংনা।

ইবো—ইপাগুম্বা খুরা ইবুংতো, নুরবা পোকমসিদা ঐগুম-বগী তেংবাংনা করি কায়গদগে? হৈজিত কাপ্রিবা কোয়ৌ শকউদবা মরুমদা পানবা হৈয়াতনি ঐদি, খুরা।

তোন—ইচাগী রাসিদা পুক্লিং পেল্লে। নোলনুকপা পাউখুমদা

পুক্লিং থুজুংই; হরাউবনা হকচাং কায়াৎ খুদিংমক হৈনিংবা ঈহৌদা খিঙ খিঙ লাউরক্লে। ইবুংঙো, মসিমু থঙবিয়ু—চুবানবা হৈরাংনা অউববু খোয়রাংহল্লগা থুংদা তীনবুকদি তম্বীবা য়েক্লবগী মচৌনি। অতুগা, লাইবক খীবনা কজবা থুক্লবা উইগনা হৈগী গুণ মাঙদনা তীনজং-কায়জংদবনা চায়বা মরুপকী মওংনি। ইচাদি ঙ্না তানবা য়াগনি।

ইবো—কবি কবিদা লাঙ্গংবা তারবগে, খুরাবু?

তোন—খুঙ্গা খুদিংমকী নোংমগী অয়ুক কমুংদগী মালেম

খোঙদারকপদগী থুমিদাং কময়ংবা কাওবগী মজুংদা লৈরিবা কত্তবা মথৈ শেংসি হায়নিংলি। অতুগা অচৌংগী অমম্বা খোরেম্মা মতমদম্ম লোমী খুদিংমক্লা অকবা মীওই লাচং শাজং তারবা য়াথল লিংনবা লম্বী শেম্মিংই। থুনগী খুম্মুরেনশিংদা মাগী মাগী ইমুং কজনা লিংবা ওয়বা অকবা য়াথলশু পীনিংলি। য়ুমথোঙ অমনা শোথরবদা ময়ামগী অকায়বা ওইগনি। মাবু শৌগৎন-রিত্তৈদা তানপদবা কয়া কংহৌরোই। মতুদগী পুম্মকী চাওথংপা থীনগনি। লমজাউ খোমীশিংনা থবক মকমদা অয়ুক ওয়া থুংবা, ওয়া শিঙ্গারপা হুমিংবা কোকতোল লোমত্রিতৈ শিল্লোইশিনবা; য়ুমগোইবীশিংনা য়ুমগী খোরম পূবা চঙথোয়া পাঙবগা লোয়ননা অঙাংশিংবু লংলবা য়াথল লমজিংদা তমকমদা মহৈ কংহনবা; য়ু অমম্বং জুবার মশক উহন্দবা; হকচাংগী ময়মদম্ম চৌঙাক অমম্বং ঈশিংবু লুনা থনবা; য়ানা কংনরিবা মহৈ মরোং অরেম্বদা মাঙহন্দবা; হয়াউ কুমৈ, ফিজেৎ লৈতেংদা লায়র তান্দবা;

পুকচেল শেংবা ধর্ম্মগী খোৎসশিংবু পাঙমহৌনা চৎলিবা ধর্ম্মবু য়োকপা ; পুক্নিং চকচাংবু ভশেংবা পাজল হায়া কুপৈ কি-য়োংবু দুনা য়োকপা অহুপা কবা ওমদনা লৈহৌরিবা কয়াবুর কহনবা—পূর্ণমকসিদা লৌশিং লৈভবশিংবু নমজিংবিসি, ইবুংঙো।

ইবো—খুরানা করবা ভাক্ত হৌদোকপিয়ে। অহুপা লবী খোংগী রাস্থ য়াওহনসি, খুরা। মভাং অসিদা খুন্নোরবশিংগস্থ ময়ী নিংখিনা লৈনবা ভাবনা রাসি ভরাই ভরাইদে।

ভোন—চুমদ্রে মহুস্থ। অহুবু, ভাংকী 'কযুই' মিংদা নাক্তা ভারিবা খুনসিগী রাদি খোইনা খেনয়োই। খোৎস পূম্বদা পুক্নিং লৌশাং থামিন্নহুনা কজবা পোলোই কংপনি। খুনসিদা লৈরিবা থস্বো কৌবা থাবা হায়বীহুগী মপাসি চাওখং খোৎস খুদিংদা লমজিংবশিংগী মী ওইরিবনি। মাগী মরূপ চাউরেন হায়বা অশংবোগী মপাহুহু মাওম্বনি। মখোয় অসি অরৈবা হুইবু মবূক হরাউদনা হুইপঙ থাংনা লম্বোদা চিংবা উবদা মমায় লৈখোক্তুনা, ভোঙবা জীবহুগী মতৌ য়েংনিংদনা, মপা লাংহোঙবা হোৎনবশিংনি। জীববু অস্তুয়া ওৎ নৈবসি মখোয়না থাদোক্লে। মীবুদি থিংলুদবনা, পামজবশিংনা কোংনা শারেন কংনবা শাহাংপা কনাদগ্র অকায়বা হায়দে। জাৎ ধর্ম্মনা কাংবু কাংবুবু য়েংথিনহনবা নস্তে চায়বসি মখোয়গী রাথলনি। মী ওইবা ঐখোয়না অমবু অমনা মুংশিদবদগী জাৎ ধর্ম্মরোমদস্থ হাইজিন্নকপনি। চপ মায়বা মী কাংবুগী মরক্তস্থ য়ৌনা য়েংথিনবা লৈরিবসিনা জাৎ অমস্থং ধর্ম্মদা ঐখোয়না

য়েক্লবা পূবগী তুঙকম্লি হায়বসিন্নু চুযদে হায়নিংলি মখোয়না। অদুনা মখোয়গী লৈবনা ঐখোয়গী থবক মহৈ য়ানগনি খল্লি থুরাদি। অদুগা, ইবুংঙোগী অমিতবা অতৈদু হায়বিখো।

ইবো—অহোয় হায়জগে, থুরা। পুন্নমকসিগী হৌকম ওইনবা থুন অনিসিগী মরাম্লা মীপুন শঙ অমা হায়া শাখিলি। মদুগা লোয়ননা থুনগী চহিনা লম্ববশিংগী তক্ষম শঙ অমগা থমলি, থুরা। ময়েক চংপা ওয়ন্ত্রবদু, মতম নাইনা, মতাং চানা অহৈবশিংনা! অকবা বারী পাহনা তাইনবদনদু পুক্সিং চুম্লকনি। পুক্সিংনা চুম্লবদা থবক্লা করোইদবগী য়াম্ন লৈরোই।

তোন—মদু অচুম্বনি, ইবুংঙো। ঐ ইতাউ থখোৌদন্নু য়াসি তম্লগে। অদুগা, মাগী মরুপ অদুগা মনাও শাকবা ঈচাউব-দন্নু তমজনগে।

তোম্বাউবু হৌনবা ইত্তুনা থাদোকখ্রে। অসুম্লা লৈবা তাখ্রে ইবোয়াইমা। মরামগী য়া তানকম ওইরে মাগী য়ুম। মা য়াবা লৈত্তে মরামগী ফনবা হোৎনবদা। অদুগা মাবু, খুঙ্গাশিংবু তথিনবা, ওঝাস্নু ওইহনগদৌরি। মদুগীদি মা কৌ কংদৌরি। পুন্নমক হয়াউ ঈথক কানরে। অদুবু ইবোয়াইমদি মমুমগী মীয়ামগী মপু মপানা মীগী শেন্দোনবা ওইরিবসিদা মরক মরক্তা য়াজবা য়োই। অদুগা, অপাম্বা কৌবীদুনা ইবো-য়াইমগী থাবাগা লৈনঞ্জবা মরী থঙলকপদা শামুদা তমদুনা মপাগী মনাকোং য়োহল্লি। ইবোতোম্বা শাউবনা মচাবু মী অতৈতম চৈরি "মসিগী অঙাংসি য়াম্না নাতৈ চারোইদৌরিকো। মসি

শেল য়াম্না তিংনা ঙাওরেনা! মশিবু ঐগী ঈনিকো।" থম্মোই থাবাস্থ মচাগী সুংশি য়াম্নী তারে। অদুবু, মথোয়দি ইবোতোনগুমদে। মরক মরক্তা য়াম্না হুংনাংবদি পোকই। অদুবু, কাংলুপ তিন্নবনা মচাবু তুং কোইনা থম্বিরোইদবগী শরুকপুদি তিন্নদবনা পুক্নি চুম্না থম্বিবনা হেন্না পামজে। মচান্থুপা থানিনবুস্থ মানা পামজবা মমৌ পুশিল্লকপদা তরাম তরাম ওকনি থন্নি।

( ৪ )

কুমসিসি চাক তাংতকস্থ তৌই। থরান থাবুংদি লোইগদৌরে। অদুবু, রানখিনি। অদুনা, মপুরোইবা ফত্তবনস্থ ইবেম্মাইমঃ সুংঙাইবা লৈত্রে। চাউবনা মাগীদি চেবাংথক্তা কলম তাপ্রবনিনা, থোইনা নিংদোল পোমদনা লৈপ্রে। পুক্নিগী মপাবুং তোম্বোইদি থৌবস্থ ওমদ, য়ুমলোন্নবস্থ ওইনা লৈবনা মতোমদ ওম্বোক্লা শাউজরে। রাথল মৈহৌরে, "ওম্বোকপা মী অমদা লুপা চামা পত্তুনা লৈরে। য়েংউ! নোংমদি লাউনবা শোয়রোই।" অস্থুম্না মতোমদ ঙাংবসি নোংম মরক, নিনি মরক্তা হেক হেক তৌই। নোংমদি ইবোতোমস্থ তাথোকজে।

মসিদগী কিরে। অদুবু, মানা করম্না কোক শিংদোকপা ঙমগ-দগে? মানা শূক-নোম্মুবদি মশাগী অচোই অপা লৈবকাও কোয়দে। মাগুবনা মাইবা শাদুনা, অহাঙবা য়ুমকোং-য়ুমশাবগী মতমদা, পৈশা কয়া তানবা ঙমগনি? অহিং চুপ্পা হিদাক কাংবৈ খুগুম থকই, হাউজ্রগা বেরী চিংই। থাউমৈ মুৎপদু তুম্রিহৌদদনি। নিংথমথা খুদিং অহিং অহিং অঙৌংবা কোক্নবা হোৎনবদা অচৌবা পীংপৈ তুথস্ত্র কমিমত য়াবিদে। অসিগুম্বা অহনসিনবু মিরল তোমবদা হৈকাইবা পোক্লমগনি হায়বসি মীনা থাজনরোইদবা য়ানি। অদুবু, মীনা ঙাংবদু তারগা কিদি কিরে। অদুনা থবক কল্লিবা মচাবু শিংত্রিবা শেন শিংদোকপদা মতেং পাংলো হায়না পাউ পীনিংলি।

মুংঙাইনরবা মতৌ অমদি লাক্লে। তোষী পরিক্ষা ঙম্লে। কলেজ তম্নগদবনি। অদুবু, পৈশানিদো মতুস্র। অদুনা, মমাবগী য়াথল চেমবা তোষীনা মথা তমগে হায়দনা থবক থিবদা অথাম্বা খুদং লমদম অমদা লৈবা স্কুল অমগী কেরাণী মচা অমা ওইরে। অদুবু, অদুক হোৎবা হায়দুনি। শেন ককাদি য়ারিবা স্কুলনি। অদুনা ইবোয়াইমদা ওংলি। "তাদা শামুমক থারগে। মানা তোম্রিবা ঐনা পামদবমু অহম অসিনা হায়রবদি তোবা ঙম্লোই। অদুগা, ওসিমক লাক্কবা য়াদে হায়নমু তায়থগে। মচুদগী য়ুমদা লাক্লগা শেনগী য়াসি থগুহনগে। নত্ত্রবদি ঐ কিশিন্নক্লে," মপানা অম্যুম হায়দুনা মচাগী নাক্তা মপনবু থাজ্রে।

মীনা শোয় তংকদোৎবমথৈ য়ানা লৌবুক্তগী কারকপা মতমদা

শামুনা চন্দোন্দি, শল লামচা অমুবনা ঈনংগ্রবা লৈবুঙদা মচী ফেঙবদা মমায়দা লৈনপ তৈভবনা ঈরাউ য়াউবগুম, কোত্তৈ কোত্তৈ তৈরকপনা মমান্নহ চন্দোন থিনবগী কজবা অহুপা অয়েখা পুম্বা য়াওদনা কমহুনা লৈরম্মী।

টবো— এ! টপন্দি করি থবকী ওইবিরবনো?

শামু— নং উনগে লাকপ্নিনে। লৌদি কয়া য়াংলি?

ইবো— শংগুম অমা য়াংলি, টপন।

মপানা খাৱকপা মপন্না টবোয়াইমদা থীনা হায়বা ঙমগদবা নত্তে। মাগুম্বা লমচৎ য়াওদবশিংবু চুমথোকে থন্নম্ব লৈরিবা ইবোয়াইমনা মপন্না ঙাংবদা মপান্দদা তাগনি। মচুংদদি "টপন্না হায়রিবশিংন্থ ঐনা য়াহৈ অমকাও নাদা হান্নোই। মরমদি, চহিদনা মী অমনা অমদা তাকপি-তম্বিবা ঙমদে। টপনগুম্বনা লমচৎ মাঙহনবনা পৃথিবীসিদা মীরমচৎ পাম্বী হৌরমগ্রে। মকম খুদিং লৈকংলা ওইহল্লে। মথা তানা ঙা বিদবা করে," থনগনি শামুনা মাবু ঙসিমক মপাগী মাক্তা লাক্লবদমক হায়রম্নপা হন্নবা তৌগ্রে। মানা অম্মুম থোকথিবদা অপাম্বীবু উননবা হোৎনথি। মুংখিল পুংকমদা মী লৈনক্রিতৈদা, অপাম্বীবু কৌথোকহন্দুনা ইক্কাল কাম্নিরখিনবা শীনথি।

ঙসিসি ইবোয়াইমম্ন মমাতৈঙগী থুংলাই অনিহ লৈরুপে থল্লি। নহামমখৈদি তোঞ্জাউনা পীহুনা শূরকই। অহুবু হৌজিকল্ল হায়লে। অহুম ওইনমক লৈনিংলে। অহুপা, মপানা কৌথৎলিবসিন্থ লেনবী ওইরমগমি হায়বসি অহুম থগুলে। অহুনা মা

কয়া হরাউদে। মথুত্তা লৈবা লুপা ২০/৩০ পুন্থনা চংনবা থোয়রক্লে। ময়ুম য়োৌরবদা মাঙোম্দা তন্দনস্থ মশা লুংঙাইতে হায়না হিপ্তুনা লৈয়মই। মমানা মাবু থবক থবা শূহল্লে হায়বা তারবনা ঙসিদি ইবোয়াইমনা মাবু শাউরত্রে। মথৌ শুবিরগা হেক চানবা, অদুগা শুবিত্রগা হেক লুংশিদবগী বা নত্তে। মপানা মাবু হৌজিক্তু পুক শূথুনা লৈরম্মী হায়। তোঙ্গোনগুম্বা কতন লৈবনা শন্দোরকপা লায়নাস্নীদি পল্প্রবা মাইথনি ইবোতোনসি। অদুনা, কনাগুম্বা মায়বা অনাবা অমনা কৌরবদগী মপাসি চংখিবনি।

মচানা মাগী পোং হায়া লৈহৌরুখিগে হায়না থোরকপদা মমাগা কোহোংদা ঙক্লরে। পুন্জিথোয়গী শেনগী বা তমত্রে। তম্লিংদনা তয়গা "খঙত্রে, ইবুংঙো নপাসিনা তোপদবসি। য়াম মরক মরক্তা চাসি হায়বস্থ য়াদে। চৌলহাউনা খিরিবস্থ লোইরে। ইমানা কি শাবস্থ থোইনা কান্নদবনা অকং অকংবা চায়বনি। মনাওগী থবক্লস্থ শেন মরাং কায়না কংদবনা বাদৌরি, ইবো-য়াইমা!" য়ারোইরকপদা মমাগী থনবদা মচাস্থ অন্না শোয় পাবোং লোয়ে। মথাপা পুক্লিং থঙনয়গা হাইদোমক্লে। লৈশানা থবা কোয়বদি মোজা ফুরিং অমগা ঊক খুদৈ অমগস্থ লৌনিংলি। "মত্তা য়েংবা হায়হুনি" হায়না লাক্লে। মপাগী মতোদা মরুপস্থ তংলরে। ইকাইজহুনা য়ুমথংনয়িবা পুজিবু হংকাও হংলমদে। অদুবু, লুমিং তারকপদা লঙ্গীদা উনয়ে। পুন্জিগী মচেশিং অমা তাক্তদা লৈ হায়না তয়ে। ভাইহাক চঙনিংহুনা চঙলুয়ে।

খোরকপদা মমখোকখ্রে। লোয়নবগা কায়নরগা মাগী লৈপদবা লৈবা চৎখ্রে।

থাংজবগী পোৎকমদা হান্না হাইজিনখ্রে। য়োম্ভি য়াওরমখ্রে। লৈরবা থাংজোহ্নু অদুম থনম্লগা খুদৈ য়োনকমদা অমুক চ'খ্রে। অসুম চত্তুনা য়েংলগা লৈগদবা লৈহনা খোয়রক্লে। মমনদি লুপা ২৭৫ লৌহোই। অদুগী মতুংদা য়োৎ য়োনকমদা অমুক হাইখ্রে। চৎনা চৎনা "করিগুম্বা থাংজম পোৎকম কম্বীহনা কুম্নবা ভারবদি ঐগী থাংহু ওসিদি কংলমোইদো। অদুবু, মতম য়াৎলিনিদা," খল্লি। মানা য়োৎসু লুপা ৫'৫০ দা কংলে। হুন্নক্লে মাগী চম্ভবা কিজেত্তা য়োত্তু পায়হনা। পোৎ য়োনবনা চেদা য়োমশিন্নবা ভোথি। অদুবু য়ারজবনা ইকোক কোয়া পায়রকই। মানা লুপীহুগী মনাক য়োরকপদা মাগী থাংজোহদমক লৈরম্মী। অতৈদি পোথমকমদা থাংজিনখ্রে। লুপীহুসু চৎলগদবদা মাগী থাংহু শণ্ডহনা লৈরম্মি। ইকাইবসু নংলে।

লুপী— ইবুংঙো, নংবু ভাইরম্লিবমি।

ইবো— ইমাবু য়ারোবিম্ন, খয়া কুইজরক্লে।

লুপী— ইমা করিম্নু য়ারোদে। চুরূপ মচৈ অমতংদি থকেবা। চুম্না হায়বনিকো।

ইবো— এ। ইমা, ঐদি শম্নজদবনি, য়াউজক্লে। অদুবু লাক্লগে লেঙখোরসি।

মা ইকাইরে। য়োনকম্নদনী মচৈ মঙ্গা লৈরগা পীথি। মা করিম্নু লৌজিংদে মভাংসিদ্না। অদুবু অশোয়্নদদ্রি লৌকথি—

হরাউহনবা ফুংদা ঈকং কংবা মীচু নত্রে।

১বা—শোস্ন, থয় থরম্নু থওৈব। কনা উবিয়কপা ওইরবনো?

ইবো—হোয়, ঐস্ন অদোমবু থজবনি। অদুদা ঐগী কিবম লিদা কৌবা ওমজত্রে। থোকখিবসি, অম্মুম য়েংবদগী উজরকপনি। ঐগী ইতৌসিবু......... আ, ইকাইজেদা লেপমিন্নগদবা!

২বা—এ! মচু থনবিস্নু। য়াম্না থাগৎচরি অদোমবু।

মথোন্নবা মথা তানা মতোম্দা মাগী শিনকয়চিংবা হংথি। রোটনা শেংনা থওহনখি। অমচু মাবু তশেংনা থওবা ওইরম্মী। স্নুল কারিডৈগী মরূপ অরিবনি। ইবোয়াইমগী য়ারীদা মথোয়স্নু য়াথল য়াংখিত্রে। মথোয়না মথৌ তৌবা চথোরুব্রবদা মাস্নু ময়ুম তম্না হল্লক্লে। য়োৗরে। ওসিদি মাবু মপানা শেলগী মতাংদা খেমজিল্লকই।

মপা—ইবুংঙো, ইপ্পানা শূৎসিনদি অচুক পাংবা ওইবনা ঙীগী, বাঅোনগী, পুপা ১০০ তোল্লিবসি শিংবা রুম্নি থত্রে। করিগুম্বা মংনা নথুম্বা হৌখিক লুপা ৫০দং লৈরবদি, কোয়া ৫০ অমা ইনথংনবা হায়রগা, নপাবুং তোম্বোইবু হরাউহনসি হায়না মংবু কৌবনি। করি হায়রবগে?

মচা—পাজি, ঙচাগী থুত্তস্নু লৈতে। অচুপা, অমং থানি। অচুগী কুমসিদি অরাবা চহিস্ন ওইবনা মীওোম্দস্ন হংগদবা হংগোই। অচুবু, নচা য়েংজবকে। ওসি তরুক তয়েংনিগী মুচুদা থোক্লবা য়াই।

মমা—হৌজিকপু কদাইদগী রেংলকদৌরিবনোনে ?

তোম্বী—তাচৌ, মীগী পৈশালি শিংবা লোইরগা ঐগী অকা অকুমদা তোংনবা একাগাড়ী অমা লৈবিয়ু হায়জনিংই। অদুবু ..........।

ইবেতোন—তাচৌ, ঐগীসু.......... ঐগীসু খুদোপ অমা ..........।

মমা—হৈ। করিনো? নখোঙনা নপাম হয়াউবদৌনা।

মানা লৌ উনা উনা চুমিদাং ওইজবা কংবা ওঝাসু ওইদুনা লৈয়ে হায়বসি তাদুনা হায়জবনি। অদুগা, ইবোয়াইমসু শাউ.দ। মশাগী রেডিও অমগা ঘড়ী অমগসু লৈনিংলিবনি। একাগাড়ীসু অমা পাম্রি। য়ামদ্রে মীওইবগী অপাম্বসি। ময়ামসি মখোয় খুদিংমকী থক্রি। লোইনবি ওমত্রবসু অয়মমদি তম্বিগে নিংলি।

ইবো—ইমা, হায়জদু। ঐনা মখোয়গী করিসু তমদ্রি।

তোম্বী—ঐসু করবসু কত্রবসু কেরাণী বাবু ওইরবনি ইমা। অদুগা অরেম্বদা শেল হন্দোক্কে হায়বা নত্তে। কায়বা পোং থমসি হায়জবনি। অদুগা ইবেতোনগীদি থওদে।

ইবো—ইচলগীসু মাঙবা নত্তেনা। ঐনা লোইনা তৌরক-কনি। থরদি ওইনবা তাই।

মপা—অদুগা, লৌ শীংদি কনত্রা?

ইবো—হাকুমদগীদি কৈ হায়নৈ, পাজি। অদুবু, মীওইবনা থিংবা ওমদবা কত্তবনা করি অমাওবা পুমকদগে হায়বদি থওদ্রি।

মচাগী য়া তানা তানা য়াথল কোমখোক্লিজেদা পাউ

অমহূ লাক্রে। মচা দুপী ইকেৎশিনক মহাক্কা ওইনা মচা দুপা লমা কংবগে হায়বগি শুংলয়ে। মচাদুপা কংবগী হয়াওবৈ। অদুবু দুপাগী মতাংদা মরু থবা তাখি। মাখক্রবদা, দুপা ৫০ মুক্তি থৌরাং ভৌবা তারি। মহুদু পনতাকপা মচাদা তানৌরি। অদুনা নহা ওনগ্রবা, তুংগী পোৎমিৎ উপাঙবা মপা মচুরেনগী মহুৎ শিনগ্রবা ইবোয়াইমা থৌম্মনা দুপা ১০০গী মগু ওইবা তারি। অদুবু, মপানবু রাখল মউ শিংবা মী ওইরক্লবদি মা করিগ্ন থঙোই থরি। থোক্লনা তুংবাংদনা অহিংহ লেনখি।

দুরুং যৌৱপা তোম্যাউনপী দুপা ১০০ ওক্রৌ লৌয়না ৫০।৫০গী শেনকম অমিম্ম কোকখি। তোমহোৈনা মরেপ দুপা ৫০ দং কংবদা লোইনা কংবগুম পেনখি। মচাদুপানদি ইকাইখবনা কোয়া মতিক চানা থেন্দোইঙু হাপখিনি হায়না লৈরি। অদুবু, মপানা ৫০দু ইনথংপগবগু কমক্কে হায়না করি। ওক্লোকপা অহৌবদা ইবোয়োরনরি। অদুগা, মকোপীগী মানা শিংবা অক্কপা, দুপা ২৮০ অমসা ৫০ অমগা, মথোই থাক্না, পূরা, দুপা ৩৩০ থোরি।

---

য়েংকী খুবাংদা পাল্লে। নোকন্নু নোক্নিংই। শাইয়োং মরুহ খুবাংদা থারগা খুৎশানা থংকোন কোনশিনবদা খুচুমমুংদা লৈব্রে। য়াহৈনা থবকপু ভগনা থৗরদি থোক্লে। ঈচাউবা থংথি ; হৌজিক নাবগা লোয়ননা শাউরক্লে। লৈভাল শাইয়োং মরুদা শংত্রিক য়েংলগা মীশক খিনিংলক্লে। থওলে। চেনখ্রে। থোম্বনি। নবদি থাপ্পা উই। য়ুম্নক শাইয়োং কাপ্পা ভক্কুবা মথোয়নি। চৈয়াক পীগদবদা চেনখিবদগী শীংহুনা লৈব্রে।

থা মথায়মূক হৌব্রে। অমূক অস্থম থোক্লরে। পুলিনা ইবোয়াইমগী মনাক্তা লাকই। হনবা মতম য়োয়হুনা মরুম্ খিন্দোয়কই। মরুপকী একাগাড়ীগী থাংমৈ মিংশেল্লা নূং মচা অমমা থারয়ে। কায়রে। ইংখোল লমহাংদগী লাকপা লৈপল উপাল তোংবা উচেক অমথক্তা তয়কপা নূংহুম্নি। থওনয়বা কত্রবা অনিহু নাকী ইংখোল লমহাংদা লৈ। মরু অনি লাক-কদবদা লমদিয়দবনা নবগীদি কৈদোকপ্রবনি। অহুপা নবদি হেক থাবগা নারক্তা লোৎব্রে। লৈরক্তা অনিনা চক্লিতৈদা থোম্বনা মহুংগী লৈপল কাওদোক্তুনা চেনখিবদগী থওলক্তুনা ইবোয়াইমনা ভাজয়ে। লোয়ক য়োব্রে। হাবেংলম্বা ঈচাউবনু উরে। লিয়বা য়াখলনা, মালেম থক্তা তাখিবা অচওবা মরুনা লেপ্পা মাওদনা মভোল চোংথংলকপগুম, খুদক্তা ময়োল চোংলক্লে। থংলে। চেনকম লৈব্রে ওক্তবদো। লোখোং চোংলে। লানবা তমব্রে। মর্যালনা মপোং কাহুনা মবুক্তনু উহৌদবা চৈনা খিনহুনা ঈশিং তংথাই লূপ্পা লৈরাইদা তাহুনা চৈনাখোন থাজহুনা

লৈরে। অনিহনা অমুক অরাবা পীনিংজহনা লেপ্তুনা লৈরে। ঈচাউবনা "লাইনা য়ারকপদগী শিগদবদি মাক্রে। মীনা য়ারক-লম্নবদি নং ওসি মসিদা অমুম লোইরবনিদো।" হায়রকই। মা য়ায়া য়ারে। তোশিন্নবা নত্তে। ইবোয়াইমমা "মসি, তাদা, থাংদি থাংকৎপিরমসি" হায়না হায়রকপদগী কৌদি বোড়া লৌথৎপগুম চিংথৎপিরম্নগা কায়নজিহৈদা ঈচাউবদা বায়ী লৌরম্নগা মক্লপকী নাক্তা হন্নক্লে। বা মরেক শেংনা তম্নবদা পুক্লিন্ন শাউবা তোক্তুনা নোক্না নোক্না হনগ্রে। নবদি ওসাইনা য়ুম্নক য়োঙবনি। মীনা থুনক্তা থওনবা থোদোক্তি ওইথিদে। থোঙবু ইবোয়াইমনা মশক য়ুম্না থওনবনি। মনাও ওইরিবা নবগা তিম্নহনা অরোনবা থবক তৌবম্নু, মাগী কওনবা শীঙ-লিবম্নু, মা লোইনা থওলে হৌজিক্তি।

চেহ্নরক্লে অন্নম অন্নম মতমগী ঈচেল। থ্বাই কৈথেল লম পুম্বগী পূনকম থ্বাইরবম্দা মব থোঙবা থোঙ অনি পানবা শাশিংগী তাইবংদা মখিং চৎলক্লে, মকম চাউরক্লে। ওহোক ওহোকপা কিহনা মকিথেৎম্নু হোংই। মশম অমুক য়োকই, অমুক কোকই। কোকপা মতমদা মকোকী তুবী উবদা তুবীগী জাৎনা কোক্তা লৈনিংদে। অপোম—অতওদা য়েমপং য়েনদেমদা নম্নগুম কোকা চানদবা তুবীনা লুমাংগী শক্লক কুমন্ন য়েংনিংদবা য়োই। তুবী নত্তে মথোয়গীসি 'কোকনপ' হায়বা অহনি। লুরিবদি, মথোয়গী মতৌসি করি করিগুম্দা মীঙাগমগীদমক লিংলিবা শওশিংদা থবক তৌরিবা লাইরিক

হৈরবশিংনস্থ তম্নি। শম লোকরি অহগা ফুকচনববা ফুবী উরগ্রি। কাপি কিক্ষুগী খোঙগ্রাউ পান্না উপবস্থ উরে। মলি থকমোংবা লৈবাকী মপু ওটরিবা লোয়নম্নিরশিংনা থিংথিকম খোকই। মক্সবদি পুম্নি কোম্নরগদবা লমচৎ লাম্নবা পক্ষনা ফাওলবা ভাইরং মপোকপি কাওণীংগুম মাওনরনি।

'টি, বি, কেক্সর'গুবা মখোম্ননিক্সি পোৎলাক পোৎথুমবা য়োমা ওম্নক্কে। খোম্না কৌবসি হায়স্থ পাংকম পোমপম্নি। কি য়োদবা মণাগী শরুকস্থ মিত্তো মাওহনবা মকম্না থম্নি।

ওসিসিস্থ চাম্নববা অম্নিসি ইম্ফাল কৈথেল অচৌবসিদা উনরৈ। খোম্বগী মবুক্তা শোকমিথস্থ করগদবদা অমুক হোপাক্ক- ক্কনা লাম্নকৌরি। মৈওান্দা হৈমক্কবা অহিংগী শা উকেক্ষুম মখোম্ননিনা মী চংনগ্রবা কৈকেলগী লমলেন মচি অমদা ক্কুরাল বারী শারি। মনম দুক্সবা অমোংপনা থম্নবা, মক্সবা অহিংগী উমাংক্ষুংগী লৈথুনগুম ওাম্নবা মকমদা পুম্নি।

খোম্বা—ঐগী হন্দক শোক্লিবসিদি য়াম্না কাম্নথেবো! অরাকপা পোৎ থুক্ষিং পুক্তা য়েক্ষুনা চেক্ষরথনি। হৌজিক্তি কদায়॥

নব—উম, মচু অরাবনি॥

খোম্বা—অহুবু, ওসিদি লাইকক য়েলেনি।

ক্ষুমিদাং পুং ৭ লোম ভাম্নে। অরাম্না কৈথেল কুম্নগ্রে, অমকপনা মতম অমা কনা লৈম-লোমনি। লাম্নবী ইরৈবাকী কৈথেম্নি। উচাল কালী, হন্দোকপা অলোং-অকায় অহুপা

মীয়াম লৈবদা লৈ লৈহুনা, নৈশিন্দুনা, লৈগনবা খৌনাইদবা—ময়ামসিগী মরক্তা পোং কয়া কয়া য়োম্লরি, লৈনরি। তাইহাক হৌরে। তায়োনকমলোমদা "উকাবী লাকরে। তা লাকরে। পৈশান্নু মাওরে॥" লাউনররে। ইকুই কুইদনা মীশক অমা য়েংশিনকম খোকপশিংনা কাহুনা পুররে। খোম্বনি। কৈথেল তাকপশিংনা য়োরে। পোত্তি মখুত্তা উদে। হংলি।

১বা—নং তাস্তু কদা<sup>?</sup>দা খম্মুরে? হায়য়ু।

খোম্বা—ঐ লাকচদে। খঙজদে!!

২বা—নখুত্তু তিংখোরকউ অনিমক।

মখুং অনিহু লীক্লা নীক্লা তিংখোরকই। চোং চোং লাউই। তাহিংস্নু নমই।

৩বা—সিদি করিগী চোংলি? তাহিংস্নু নমই। নস্নু নমহুনা য়েংউ।

নম্লিং নম্লিংদনা নমই। তাহিং নমদবা শাহুনা থুমই।

খোম্বা—ঐগী নাত্তোন্দদি মসি তানম নমদবগুমই। অহুগা... ... ...।

২বা—চৈনমদি নমই।

মনদন্দা চৈহুপা 'ধুপ' থাদে। থংনা নাই।

খোম্বা—তৌবিগমু, অশেংবদা হায়জবনি। চোংলিবসিদি .........আ.........।

৩বা—আ.........তৈথোংকপা মংহৌরে! নত্রা?

১বা—অহুগা মসি মমী লৈনবা রা অমত তাংজেনে, 'তানম

নমদবগুমষ্ট' হায়রি। অদুদি, শানম নম্বা? 'চোংলিবসিনু' হায়বে, 'চোংলিবসিদি' হায়। নংগী 'দি' না 'নু' গী মহুৎ শিন্দুনা মীনম্বা ননাতোনবু শৌগংপগী নং ওসি শোয়নিকো। নবুক মেংকে!

খোম্বা—অা.........ঐদি ঙা লাকচদে .........। অদুগা পুকম্নু পোম্নি; শোকপিনু!!

২বা—নাপী পক্লে হায়না লাউত্রিভৈদা নকোক মাঙ্গবনিদা। করিদি লাকউই? নুপানা কয়াবো?

খোম্বা—ইশ। য়ারোইদৌরিনা!!

অম্বুম্বা মাহং পাউথুম্নরিভৈদা মবুক্তা অ'কোয়বদা, ফুরিং মসুংদা করিগুম্বা অমনা লেঙ লেঙ চত্তুনা খোম্ববু ওংলি। কারিবং শিংনম্নু মন্থ উরে। খাঙমদনা খাঙই খোম্বা। মাগী অনাবমকুদা খোংপগুমষ্ট। গুক্লগদবা মাগী পীগুম অনিমু চীনবু কয়বা হোংনবদা অখাঙ কনবা শান্থুনা অন্থম মরোম্নি। খোম্বনা কয়া লোংলি মাগী মরাল। অদুবু, ফিমুংদা চংলিবমু 'ওানি' হায়বসিদা কারিবা অনিগুবম্নুনা মবুক্তা কোমনা ভাপ পায়রে। অনাবমকমু মেংলমাল্লে।

খোম্বা—এ! অয়ো! অয়ো!! অপোম্বদমু মেংলে! মশোংনমু য়ুরে!! খাদোকপিরো!! লাকউবা পৈশাদুমু সিনি; লৌবিরো!!

ওামু কংলে। শেলমু নুপা ২ লাক্লয়ে। ওাদুদি হঙ্গোইন-ব্লুনা ঈরম্মা মনিঙ তৌনা চংগ্রে। অদুবু মামু শোম্দি শোম্নবনি।

শেন্দু শেনবুদা পীরগা খোম্বদা অমুক ওনশিন্দুনা ঙাংলকই।

২বা—নখোয়সে য়েক্লবগী নোংমৈ মরূপগী হেন্না তমথিবা জাংনি। চৎলো চৎসি।

ক্ষুনা ক্ষুনা ঈন্দুনা পুত্রে। ঙাইহাক্তমক কান্নরি। মথা-রোমদা অমুক য়া য়া লাউনরাক্লে। ময়েক শেংনা তারে। "টেবিল ঘড়ী লাকত্রে!! থৎলো। থৎলো।!" ইনিন নিনত্রে। চৌজিক খোম্বু রাহং কয়ানা অহুগা অচাবা থবক্তা মশক থঙথিবা, অচুম্বঃ তান্দুনা রারকপা হৌখিবা, মকমতুগী নাক মক্তদা নবগী মশক অমুক উংরে। ঘড়ী লাকখিব থিরকপাশিংনা মাবু উংদা লেপই। মথুত্তা ফি মতেক অমনা করিগুম্বা অমা তপয়োম য়োমহুনা পুরি। থচনগনা পুবিবহু হংই। "লাইগী ঈশিংনি। থাপ্লা চত্তুনা লৌজক্লবনি," খুমই। মাবু থঙবা কৈথেল ঙাকপস্ত যাগুরি। অকবদা থঙবিবা নম্ববনা হংজিলকই।

কৈঃ ঙাক—করিনো শোয়া পায়বিরিবহুদি?

মব—লাই খুরুম্ববা ঈরম তরেৎ থিজক্লবনি। অশেংবনি হায়জরিবসি।

কৈঃ ঙাক—অহুদি, হংনিংলে মথা তানা। চুমা খুংবা কৈ। করিনো 'অশেংবনি হায়জরিবসি' হায়বদি? অহুগা, ঈশিংহু মথোজ তাহল্লুদনা; ঙম্মোইত্রা?

নব য়ায়া কিবঙম তৌত্রে। অদুমা কৌরিকৈদা মাগী ঈশিংহু 'ক্রিং ক্রিং' খোংলক্লে। পুম্নমক মিৎ লাঙথোকনহুনা য়েংশিল্লবকই। নবগী ঈশিং অথোংবা মথুত্তগী চৎত্রে; লংথোকত্রে।

মাসু চেনখ্রে। কয়াবু থাপ্পা চেনগদগে? কাখ্রে। পুখ্রে মাবুসু।

মসিগী মতুংদগীদি কৈথেলসি থরা ঈংবগুম তৌরে অদুবু, মমাঙৈগুগী ভোয়াই হায়বদুনা থাগী শেৎচিল্লগা কোক্তা, খোঙদা ফিজেৎকা চানবা উপ-তোং তৌরগা মরাল লৈজদবা রিকশা খোৌবদগী লুপা ২ তান্নুবদগী কান পুমবগী থবক মচাদি অদুম মখোল্লি।

পুক হাপ্পবগী শারবা অন্না লম্বীদা উরুম কংনগদবদি থরা থাপ্পি। চারগা হিংনবনা চানবা লৈনদবগী অন্নাবসি মচু গুনবা কোৗগী লৌবুক উনরকপদা মমায় লৈরগদবা মঙাররে। অদুগা, চৌলহাউ থিবা হৌদোং, মপু মুমশঙ খোদা লূদবা হুই— মখোয়সিসু কংবা য়োৗরে।

ইবোতোনগী ইমুংদা চাবা পেৎপদি মুখুরেন মাদনি। চেংকাও মশক থল্লি; য়ামগী রাদি মতোন্দা য়েক্লবনি। কৌনৌ কংগদবা কন রাংলিঙৈদা পামজবা চেং কংদবনা চাজ্রে। মচাগী মনাকোং য়োৗরে রাসি। মপাগীদমক্ত ভোজাউদগী কৌ শঙবাই থনি ভনবু পুহনা থিল্লকই। অদুবু অদুগুম্বা কৌঙসু লাংবল ভপৌন্দা চৎথিগদবা মাল্লি। মসিসু ইবোয়াইমা তারে। খোল্লগদবা অন্নাবা উহনা মপাগী মকমদা লুপা থরা মবুকী রাবোল কলম চৌরা লীবগা লোয়ননা থারক্লে "ইপা ইবুংতো, মচানা, ঈশ্বরগী মকমদা কৎপিরুমবা থুরা তোম্জোনগী পুক্তা লুপা এদং লোনবুবা চেসিগা পীজখিবনি। কুমসি লাওয়র চহিসিদি

অম্বুম পাঙনবা মকৎলসি। নংলবা ঐখোয়গী ইশাইগোম্দা মৈকয় লিংহনা চেংয়াম হৌবা লেপ্পসি। লাইগুবা নকমদা পাউতাক পীরে থনবিহনা য়ারৌবিরক্রা? মহুম্ব ভৌবিগনু।"

মচানা হায়জবা ভাখিদে। শামুনম্ব ভকশিন্দুনা মচানা খিল্লকপা কোহুপী অয়াম্বদি চেংওন্দুনা ওমাং মাঙব অচৌবদা মী নিকুমোম বার্ণ্ডোন কংহুনা ভপে'ান চাক চাররে। জুমিৎ-সিমক্তদা অরাবা নংবদি হৌরে। চাক্তি মবাং কাম্লরপা ইনশাংদি য়োনা কৌরে। চাক ভাওই চায়দে. মপাং য়াৎপনা মমল য়াম্লবা চেংভৌ চাক্তো তেকম্বুংদা লোংভুনা লৈক্লরে। চক্ফুৎ মহীপা অনৌইবগনা চিংখোক্তুনা মাবু ভকশিলহনখি।

মরক অসিদা, মচানুপী ইবেমপিশকম্ব অরাবা পুক্লিগী ঈয়ায়দা ঈয়াক্লরে। মপুরোইবা কমল ভাইবং মীয়মদগী চৎলে। অহুনা, মচা অশিথক কুমার কৌবত্ন পুহুনা লুক্রা শীংদা চাবী ইবেমপিশক শোয়াভ মতুংদা মপামদা হল্লক্লে। কনা লৈজয়-বদগী মপুরোইবগী য়ুমকম থাদোক্লবীহুগীম্ব মপা ওইবা মানা লেপ্লিবা মপুক্লিদা, য়োক্লু থাকলুক্রবম্ব, অরাং অপাদি শম্বা ভারি। কমলনা থনবা মমল কাদবা ইংখোল মচাক্তম্ব শামুগী থুক্লিন্দগী য়োনবা ভাবে। কীয়োমগী শেল থয়দমক থাক্লগা অতৈভদি ইবেমপিশকী মপাগা মপলগনা কুইনা ভূংদনবা শীনখ্রে। মখোয়গী য়াথল ঈচেল অভাওবনা ইবোয়াইমগী থম্বোই লৈহোওা ভভনা য়াইয়রে।

শোয়মদা, থুঙ্গ লমদা, ইবোয়াইমদি নুমিদাং চাক চারপা অয়ুক্কা তল হেক হেক লাওজরি। করিগুম্বা মতমদা মা চারা অনিমক তল ওাক্কে চাবস্থ লৈ। মসিদা মাবু নোক্নরি। হায়রি, "ইবোয়াইমা হায়বসিদ য়াম্না লৌকইবো। অয়ুকস্থ নুমিদাংস্থ তলদ চায়। শেল পায়গে চায়বসি শেনাথ্র মা।" কনাগুম্বনা থুমই, "ঐখোয়দি তল চাবদি থনক শূবা ওমদেবো। হাউস্থ হাউতেদা!" তাবদা নোক্লিংই। চুমই, চিঞ্জাক হোংবা অরায়বা নত্তে। অঙুবু, হৈনবা তমহুনা চাকহুনা তিংলবা অহুগা মথৌ লেপ্তবা মীবু করিগী মপুন্সি মকহল্লি? থরদি থম্হনবা কৈ! কবোক ওইনরিবা তল অসি নোংমদি মা মাগী ফিরৈদা য়েপ্তুনা পুকওইনরিবা চাক্তগা হেন্না লুনা লাংনরকখিনি। মসি-মকস্থ কংলক্তবা য়ারি হায়বদা মপুঙ ফানা লানবা ওইরোই। অহুগা, তাইবং শেম্বা মানস্থ চানবিহুনা য়াম থোক্নবদ ওইরবস্থ তম্ভনা মীওইবা ঐখোয়দা পীবিরবদি ঐ অসি রাজাউ ওাংবা অমদি রাহৈ হস্চিনগনবা ওইজগে।

ইবোয়াইমদি হৌখিবা চৈংজিন্দা অয়ুক নুমিদাং তলনা লোনখিবা মতমদা কা হেন্না মথৌ শূগদবা নুমিত্তা তল অনি অহুমগা লুমখোক্নবা ঈশিংগা লোয়নৈ। পুন্সি থৌরেম্না মতম মাগী থোঙচং তুংইনবদা লৌরীগী নিঙথিবা পেরুক পাম্না মঙোল্লা পোথাবা পী। কা অমস্থং চুরুপকী য়েরুবা মাবু রখোয়রবু থাবা ওমদবশিংনা "মাদি লাকমন্দুনা তাইবং চিঞ্জাক পুম্বস্থ কক্লে। মপুন্সি মৈরা থুনা মুংলানি!" নোক্নরি। ওয়োকপা

লাকয়ি ! মখোয়সি হকশেল শকখঙদবশিংনি। তমথিবা লায়না শম্মোকপা হঙে ইনরবা মহীমক্তী মতৌ লৈবা মখোয়নি। অঙ্ক-রোমদগ্ন, মখোয়সিনা মাগী মপুন্সিবু কল্পকুনা মাবুস্থ মখোয়গী মীওচ পুন্সি মকচনবা য়ানৌদা পুশিল্লবা ওইরমগনি খল্লি। অচুবু, মখোয়না মপুন্সি মচু শিথতল্লিবা মাদি তম্বা ওমদবা মীওইবগী অশোক অপন মায়ওক্লনবা মথল মখলগী চীদাক-লাংথক শাগোয়র্রি। মীনোক চাউবা মখোয়না খুদোং থীবা নংলগা মানা লায়য়েং অঙানবা পীবিরি। মাবু নিঙবশিংনা মাবু থাদোক্লিংল্লে। মাবু থাগৎ য়ারীনরে।

তোম্বাউ—কৈকো, ইতাউ, ইবোয়াইমা হায়রসি !

থম্বৌ—ইতাউবু, 'কৈ' হায়বসি নত্তুনা অতৈ হায়নিংঙাই লৈতে। মরম থুদিংমক্তা ঐখোয়বু তম্বিরিবা মা আসনা সিদা অস্থম পুন্সি লেপ্লবদি ঐখোয়গী লৌশিং মঙালাস কয়াদা শানগবা !!

তো—অচুম্বনি মন্থ, ইতাউ।

থম্বৌ—হকচাংগী মবমদা হায়বগা লোষ্ণননা অকবা লাই-রিকশিংদগী মীরমচং শেম্বা য়াকম কয়া মচা থায়না খঙহল্লি; মাদি চৌন্দগী থবক্ল হেনবনি। মথুং য়াওদবা পাউতাকপুম্ব পামজবা মা নত্তে।

তো—নত্তে, ইতাউ, নত্তে। অচুপা মাগী মম্মাইত্রবশিংগী মচু.পা মখোয়সিনা অ.নাই বনি—অহিং গুংথিল মশক থম্ভগদবনি। লম্বী লমথাঙদা হকচাং শেংদোকপা। (অমাং-অশোয় তোশনবা)

হৌনদে। হৈ-রাগী মকু মন্না অহুগা লিম্নচিংবা হাংলগা লম্বীদা লংখোক্লুনা ইশা ইশাবু লৈখা তাহনবা হৌনদে। হয়েক্লরোইদবা মতম মাওহন্দুনা, রারেম শূহুনা, লম্বী থম্না কমল্লুনা অচৎপাশিংদা অপনবা পীবস্তু তোকসি। থানবা পৈরিবা নুংবৈদগী নুং ময়েং তাহনবা, চাইনবা থাউ মহাপ হস্তোক্কুনা লোনবা অমম্লুং মাওহনবস্তু হৌনদে। খোংগী পাম্বৈ লোখোকপা অকবা ওই-রোই। সরকারগী পোচ্চে মীয়ামগীনি চায়বস্তু কাউরোইদবনি।

"খোওনা চৎপশিংবুস্ত্র গাড়ীশিংনা ইকাই খুম্নগদবনি। অহুগা, শোরোক চৎপগী খ্বাইদগী খুদোং থীবা য়াবগী মতমদি মীয়াম পুবা নত্রগা পোং পুবা গাড়ী অচৌবশিংনা চংলিবা অতৈবু হম্বুনা থম্নবনা, লৈবাকী লমজাউবু শাম্নবুওওম মিওবনা, মখোয় মশেল লমজেল তাম্নবা নত্রগা মুংশিংকী মাও থাহুনা খৌনবা মতাংহুনি। মখোয়না কনাবুস্ত্র উদবনি। পুম্নমকপু তুমিং কাওগুম থনবনি। মসিদা, তৌববুদি, মখোয়স্তু শোক্তবা নত্তে। অহবু, ঐখোয়না হেম্না চেকশিনকম খোকই।

"কন্তবদা লুপকনবা মীওইবনি। কনা তায়োই চায়না চীম্দা অমোংপা রাহৈ তোংহনকদে। মপুরোইবগা কায়নরিবী কনাওম্বীগী নাক্তা, মুপীগী লমচৎপু " চিংনহন্দনবা, কনাওম্বনা ময়ম লৈতনা চওবা ত্তোরোইদবনি।"

থম্বৌ—মহুনা লমচংকী লূরবা মতাংনি।

তোম্বাউ— অহুগা, ইভাউ, ঐখোয়না য়ানা তাঙবা চিঙ্গাকম্ব মাওহম্নরিবসি লেপ্নবা হায়রি। মীমৈবাক্তগী চেং পুবা, শেল পুবা

তৌরিবসি তোক্লবা ঐখোয়গী পোৎথোক থুদিংমক মাঙহল্লোইদবনি হায়নসু তাক্লি। অদুগা মমাইঙদা, মাবু ঐনা পুক্লিগী অহানবা উনখিবা মতাংদসু মমল নাইত্রবা কয়া তাকলক্কুনা তমজখিবা অদুনি। অদুগা, মসিনা মাগী রাথল ময়োক্সি—মী অমনা অতৈ-দগী ইকাহ-থুম্বা ফাংলবদি মানা। মসিমক হায়না অতৈদা উংকদবনি।

পুম্নমক্সি ইবোয়াইমনা তশেংনা তখিবি। অসুম্না মানা তাকপ তখিবগী মা পোয়ক্নুদা কোবোং ১০ মুক ফংদৌরি। মসিদগী কান্না পোং কয়া লৈগে খল্লি। মনাও অমমসুং মচলগী অপাম্বশিংসু ফংহনগদৌরি। অদুবু মীগী লুপা ৩৩০ তোল্লিব-সিদা মাগী অহল রাথলতু হেম্না হকচিং থ্রে।

মাগী রাথল ঈচেলদা ঈতিনথ্রবা থাবা মাগী রাকমদি কমদৌরি? মীওইবনা খিংজমদবা মহৌশাগী খোদোক্লা ঈপী ওইবা তুরেল কয়া লোৎশিনখিবগুম, নমথবা ওইথোক্লবা মশা মরেং কল্লক্লবা খোয়দাজবা হুন্নাগী উটরবা রাথলনা মচং ওইবা লৈত লায়রববু মতম খরদগী ওইরবসু হেক হেক উহল্লি। অদুদা, মপাগী মতৌসিন, মিজাং নিংতোল মাবু পুশিল্লকপদা মপানা মপুাজগী ইস্থোক্লগনি হায়বা অসিদা মপুক্লিং লৈতোই লম ওইরে।

থাবা ইবোয়াইমগী চ'ম্নরবা পুক্লিদা খোকপা পুম্বা, হীগাৎ-রা পুবী অপাম্বীনা অমত চিংখদনা মপাগী মকমদা য়োৎহল্লি। মাগী পাঙমীদি অরোনবা মপুরোইবা, য়ুমলৈমা মীরায়বা শাদ

শাওইবা শামুনি। মখোয়না মখোয়গুমদবা মীশিংবু মীথানয়ম- খিত্রা? মশাগী য়াথল তংশাই মাঙলবা ইবোতোন শামুগী পাউদম থুদিংদা মচাবু য়েক্লবনি খল্লক্লে। হে কন্তবশা! য়াথল মউ লিংত্রবা নখোয়দা কনানা ফরিবা? কনানা পেংলিবা? নখোয়গী অক্লম্বা পুক্তমদ্রে ইমা মালেম নৈমদি।

ই-বয়াইমনা থুম মোরোক্ত ওইরবস্থ পুক্তম্বা, হিংনবগী লম্বীদা মতেং ওইনবা, মপাল থোক্কুনা মনা মশাং লম্লোনবা চংলগে খল্লি। মচা ইবেতোনস্থ লাইরিক তম্বা তোকপা তারবনা স্নুপিজাগী লমখোক্তবা ফিশা খোদ মচানা শূরবস্থ মাদি চং- থোক্কুনা শূ-নোম্লিংলে। অহবু, মপুরোইবা য়ুম্বুরেম্না তারনদা "হায়, নংবু নৈতবা মপাল থোকতনগঙ্গুদা, ইবেম্বাইমা! করিগী অহুগুম্বত্ত তোক্করুদগে?" ককাত্রে।

অশ্বম্বস্থ চাউখোক পুক্সি লেপ্লে। অতোম্বা মীতাকম অমদা মাম্নদবা স্নুমিৎ শাগী মতান্দা হিংগদবা মীওইশংগী মতুংদা অমা ওইরে ইবোতোন।

নোংজু থাজং লোইশিল্লক্লে। যেরা থাথায় অনিশুবা মখোই লোইরে। চহি মাগী নিপালশুবা তাংকক হাইজিল্লক্লে। লৌবুক মচু লাংলক্লে। থাবা, হৌমিল্লরকপী মতারোই, চাউখি-ল্লরকপী অশংবীগা মখুল্লাগীদি অৱাংদা চীংজুম ঈরমদা লাইজ ইপাল লাংবা থোরক্লে। লৌবী পীরেল খোঙদমলক্লে। ময়াল শুরবা চিংহৌ অফুংপা লোয়নবীনা মাঙ থাকনা পূম্না পুরি। ঈকম য়োগদবা খিঙ্‌ রাংলি। ঈরম লৈরাই নাপী লাল্লকুবী অনিগী মিংয়েংনা ঈরাংমদা থাগাখোয়গী লৌপান্দা শঙ্গাউ লাবা অমা উরে। অশংবীনা লাউগ লৈবাক্কী লোনবী ওইরিবা মৈতৈ-রোন্দা—কনাগী শজনো? লৌ চাগদোরে!!

লেপ্তুনা চংশিল্লকপনা অনিহু ঈপাল নকশিল্লক্লে। অশংবী ইচক ওকচ। লেপকক তৌই। করি তৌরবগে? লৌয়াগী শঙ্গাউহুগী মপাদ ঈয়ায় ওইরপ হোইথহুনা ঈথকহল্লম্মী। কনানা? ইবোয়াইমনা। ... ... ... মীওইবগী অনি পুম খোঙচত্তা শোয়দনা পূল্লগদবা, থাজ থরোগী মতৌশুল্লবা, থাবা ইবোয়াইমনি হায়্লবসি লোয়নবা অশংবীনা লেপ্পা থাজরে। থাবুম তরেৎ নিপালসিগী মচুংদা, খেল্লবা পল্লোম্মা কোয়শিন্দুনা পাম্লরিবা জাৎ অনিগী নুবা পাখং অনিনা পুকাওল্লনা ঙ্গুংশি থাক্লোন কানরকপনা তোল লোম্লগনি অহুগা চাম্ল লমথুং কংল-গনি হায়বসি তংশেংলে। অহুনা, অনিগী লম্বীদা কাম্লগুমবা

খুদি থীবা য়াবা অতুগা খুরৌনবা য়াবা অমত লৈহননিংগ্রি। মসিদগী, লাউখিবত্থু তারগা শোয়ত্রে থম্মা খোঙথাং থাংঙমত্রে। নিঙজরিবীস্তু মাঙ থাবীনা খোঙকাপ থিংত্রে।

অত্তুবু, লৈরম্বিগা মাদি থক্কী মিংলম থিংখিবগী মথক্তা ঈখোয়মস্তু মীখোন ময়েক খঙখিদে। ঈচেম্মা ঈচাউথাগুম নিন্দনা চেল্লবদি লাউখিবগী ময়েকস্তু খঙলমগদবনি। অত্তুগা, হাম্মা থম্মা থকপ্রবা শল অত্তুগী ঙক্কী খৌরা লীশাংতু মপা লাক্কা শনবুনা থুং ওইনা পায়রি। অত্তুগুম্বা খৌরিত্থুস্তু চৌকিক্ক তিংনা মশক উংলকই। অত্তুগা, হাজং পুকওইবা মখোঙ মরি পানবত্থুনস্তু ফৌবাল লাম্বা ঙমদে।

ওংম্বাকপা মীওইগী থঙলুদবা খৌঙং উরকপদা খোইনা কোটজানরবী মতাবু করম্মা অমদি করিনা ঈরম্বুংদা লমজিংবী ওইনা হেক কৌথবিগদগে? তুংইনবীত্থুস্তু রারে মাম্ননা। হেবা! পঙথন থম্বুবা হায়তুনিদা! লৈরম্বিবনা খৌরাংবা পুমকোক কোক্লবা মশল অনিত্থুবু হাম্নগী শনবুনকম তম্মা পুনবা খৌয়াং-লকপদা মখোয়নিবুস্তু থকানবা অরৈ মিংয়েংদা উরক্লে। হনসি হনজমদ, চংশিনসি চংঙমদ তৌরিবী অনিত্থুবু করেম্ম রাচৌত্থুনা ওক্লিংই। অত্তুবু, মিত্তনা মখোয়বু তরাম তরাম তৌত্থুনা মায়খোঙ মোমোম্মরম্নংগা মশল পাবোং পুনবা চংত্রে।

অনিত্থু কুমথরক্লে। তুংথংবীদি তুংওনশ্রববু য়েংজবদা হয়াউ ঈথক কাপ্রবনি। অত্তুবু, সুংশি মশক থঙদবা তোর্ব্বাম্ন উনিংববু উহশ্রবদা হৈনিংদবা হৌত্রে। নিংতোল ওইরিবীশিংত্থু মমুমদগীদি

খোরক্লবনা অহ্নগা খুন্নকপ্ত লৈতবনা কুইথবা য়াবদি নত্ত্রি। অহ্নুনা, ইকুই কুইদনা ঈরুজবা লোইগদৌরে। ইথা থাজদনা অমুক য়ৌরক্লে শল হোইহুনা চৎখিবহ্নপ্ত। অনিহ্ন মখৌ লোইত্ত্রে।

ঈশিং লাম্নক্তি ডৈদা লোম্ননবীনা হাম্ন। উহ্নুনা মরোম্দা খণ্ডহল্লকই, "ইতা, শোমদা হল্লক্লে।" নিংত্তোল খোঙকম লেঙ-দনা লৈহ্নুনা য়েংলকই। অহানবা কল্লপ্পবা মিৎয়েংনা ঈরাম্নক্লিংবু উত্ত্রে। ঈখোম্না খোম্থোক চপ চানা নমহ্নৎপা ঙত্ত্রোইদবা মফমদা ফিজেৎ ফিহোং লোইরবী অনিগী নাক ওইরপ্পা লৈতা মাম্নবা মফমদা কম্না পোত্থারবে। হাহোৎরবে, "অঈং থামক লাক্রবদি ইপাল লাংবগী ঙংঙাইবা থরদি মাঙলনি। অহ্নগা, মতমগী লৌবুক্তা লৌয়োক খোরেল পাঙনরগদবনা অস্প্রম্ন। মতম্নপ্ত ফংল-রোই।" অশংবীনা কোৎলকই, "তাদা ঐখোয়দি হকচাং পোত্থারবপ্ত, থর'স্নদি পোৎলুমদ পুহ্নুনা লৈরেজ! … … … … … … মীগীদি হায়জবা ঙমদেকো।

ইবো—ও, ইবেম্মা, ঐখোয়প্ত পুক্নিংসি পোত্থাকম থঙলক-তবদি স্নুংশাংলক্লেদা!

অশংবীনা মতাদা মপুক্নিংগী ঈহল থঙনিংনা য়েংলি। অনিমক নোকমি নোকমিনরে। নিংত্তোল অনিমক পুরকপা কোনশিংদা য়ুমগী ঈশিং শোকত্ত্রে। অশংবীনা থাংফেঙ নু'পাক মচা অমা থিবদা থাপ্তোকপা হৌত্ত্রে। পাখং লৈশাবী অনিহ্ন নিঙতম ম্নারী মত্তেক হৌত্ত্রে।

ইবো—থাবা, ঐনা ওসি মুজা নংগী নকমদগী নিংহোল রাখল কিরেপ ফংগে থনবনু ... ... ... ।

থাবা—হায়বিয়ু অপাম্বা।

ইবো—শিংজেল নংবু করম্বা থম্মোই লৈকোনগী লৈশক নাইবী লৈরাং ওইগ্রবগে ?

থাবা—হংবিরিবগী পুক্লিং অতিয়াদদি করম্বা লাইবক কবীনা ওাগ্লিবগে ?

ইবো—নংনা ঐবু থাজত্রি। কনাগীদমক হিংলিবগে নংবু ?

থাবা—পাখংদি ... ?

ইবো—লমলানবী কনাগীম্ব নত্রে! নাকী নিংহোল ওইবী নংবু নিঙবা নত্তনা কনাগুম্বীবু ঐগী রাখল লৈকোন্দা পুশিল্লক্তি।

থাবা—তুংইনবী ওইজগে থঞ্জরক্লি। অহুবু, মীপুক থওদবী তাগত্র। হায়না ... ।

ইবো—অমুক হনকংলগন্মু, চিংনগনবী ! মিতাং ওইবী নকমদা ঐগী পুক্লিসিগী রাখল পুম্বা মক্ল হনগ্রহনি। নংনা মন্থ হিংহনবা শোল্লরবদি ঐনা হিংবা অরেম্বনি।

থাবাগী মিং অনিদগী পিরিক থয়া তাখি। "কংলোইত্রা ?" থল্লুগননি। অাংনা মারবা ওইরম্লবদি অহুকম্ব রাখল দুম্রা লৈরম্লোইদবনি। মতাম্ব মথুত্তা খিরকপা নুংপাক পারক্লনা হক্লক্রে। অনিগী ঈশিং খোল্লরপা মাম্ব লৌরক লগী চুইক্লুনা হুনক্রে। থাবানা তুং থংবনা লমদিল্লদবা মাবু, খোওকাপ লৌবা

পোৎপুদবা মাবু, মিক্তনা তাম্না থিল্লুই। মখোয়নিদি থাওবনা হাইজিন্নখ্রে।

নব কৌবদি অন্না শণ্ডদা য়ারকপগী খুম্ময়দা পুন্সি ঈচেল ঊথেরি। খোঙদি হান্না থাদোরক্তুনা খুম্নাশিংগী ময়ক্তা লৈরি। ওাসিগী ঈরম্নুংদা মুংশি য়ারোইনবগুম খোঙ্ঘোক্লব্রে। মসি কনানস্থ তাথিদে। অদুবু, উমং য়ামংদা লৈগদবা খোঙ্মনা, খুনথাদা, মখোয় অহুম্না লৌরক তম্না কাথংনরকপদা থঙনা উঠ্রে। শাদি শানি। থৈদোক্লগা উনরোই, উনক্রগা য়ানরোই। অদুবু, মীনা মী হুইক্রবদি, মখোঙ মরি পানবা ওয়ক্লবদি, থৈদোক থৈজিন তৌবনা খুদোং খীবা কোকপা লৈরোই। অদুনা, খোঙ্মনা, পুক্লিং লথা তিম্নখ্রবা অনিবু, য়াউ মচাবু কৈশালনা ওৎপগুম, ওৎকে থনখ্রে।

থখোখোয়গী লৌখাও লৌশিন হুমিংনি। লৌরৈবা লোইখ্রে। হুমিংস্থ মখৌ লোইহুনা ময়ুম চঙখ্রে। থাবাগা অশংবৌগদি লায়থোকপা য়াদবা য়ুমগী থৌওপশিং লোইশিন্নবা য়ুমদা থাম্নক্রে। মথা হৌরক্রে। লোং খুদিংমক মশক লোংখ্রে।

অহল মথৈ কৌ হোল্লি। লেংপোং পুথস্থ য়াওরি; কোকথোং হোনবস্থ কয়ানি; নমপোং পাম্বনা লেংকোং শমলী থাংহুনা হোয়ল্লি। মসি, বাদি, নমপোং হায়বনি, কোক্তী অমসুং লেংগী মতেংনস্থ পুনবনি। অহনশিংহু মথং মথং থায়ক্লগা লৌকম অমুক তাখ্রে। মী চীকপা অমুক হৌরক্রে। থাংথৈগী মতাম্না মপাম্বদি মাংলোলগী অমথা কোক্রে।

হুমিদাংগী ইমুং রাই শিংচিনগদবগী থাবা থুত্তা য়াংগেন শুমচিং পায়খৎপ্রে। ইখঙ খঙহৌদনা মপান্দা থান্নবা থাংমৈহু অময়া পাম্বা কনাগুম্বনা লৈথরবে। মতুগী হেক তুংদা 'থুঙ তুঙ' খোঙথাংনা অচৌকপহু থুগাইরি। থাবা মত্তা অশংবা কৌগে ভৌই। খম্ভুরগা চৌন খোকখিদে। পায়রিবা শুমজিং কোক তোল ওম্খোক্লগা অপোকপগী হিপ্প কাদা চংপ্রে। মতম-সিমক্তদা মাঙ্গোল ফক্লাং থানবগুম তৌখি। থাপ্পবা কুমওন নোংখোংনা ঈচৌক হুনবা অহিংদা নিনবগুমই। খোরক্লে নিং-ভোল ওইবীদো। খোঙ খংকান কাম্খোক্লুনা ওইদা পায়রকপা অকাপ থাংমৈনা খংঙান ঙালহল্লবে।

থাগী মাঙ্গোল কাচিন্দগী হুরাল শাজংনবা অমনা থুংকী থাংগৈহু মুনগদবগী হোংহল্লকই। উশিংলুদে হুপিজানি খনবনা। অদুবু, লোৎলিবা থুংকী শুমজিং মখোনা খম খেংনা উংলক্লে। থাংমৈনা থকহল্লবা মমিংনা পাঙ্গল মাঙলবনা শুমজিংখোক্লা হুম্না হুম্না মমায়দা কল্লে। মনাতোন লুনৌ শোকপনা হুয়ানখদো মপি তারে, নাহি খোক্লে। চেনপ্রে। পনবু পল্লিংদ্রে মমিং-মকস্থু। অতৈ নত্তে খোম্বনি। থাবাম্থু কৈনিংচিং কিবনা মত্তাখোয়দা চৎপ্রে।

অবাং মায়গৈদগী 'হৈ। হৈ।' খোম্খোক তারকপদা মত্তা-খোয়দগী হল্লক্লে। মত্তাদা খোকখিবসি মচংদমক লৌরম্মী। অশংবী মতু চুংখি। হুমিদাং কমজংনরমদাইদা অহনশিংম্থ তারে। হ্লারক্লবা খোম্ববু শিনরে। অদুবু, মাদি হুমিদাংসিদা থাংমৈ

কয়া থৈহ্রনা, অমম লম্বী থিছ্রনা মকোক খুম্না ইন্ফাল মায়গৈ ভমখ্রে। থানিন কৌবা মৌপরানা "নং হেক থেংনবা মকমদা নপুম্সি য়াহিপ ফংহনগেদো।" হায়বসি শীংখ্রে। অহুবু, ফজুবহুনস্ন লেপখে, "নংগুম্বীনা ঐবু মায়থীবা পীবা। কৈ! নংদদি মাঙনবা শীরগে। নংবু শজুলিবহুবুস্ন থেংনা লাক্লয়গে।"

খোম্বনা অশাউ য়াশক লোবা অপাম্বীনা ভাবদা শায়ুং-বুস্ন হয়াউহন্রি। কায়নংনবা শীনবনা থুগাইনবা হোৎনবা থুদিংমকপু থাগৎকনি। অহুবু, খোম্বা, নংনা কনা হোৎনহুনস্ন সুংশি মীথম্দা কাবদি হন্দকী মপোক্তদি ওইথোক্লরোই।

---

মপাম লমদা পুন্সি পোলোই তান্নু হায়বসি নিংতোল ওইবীশিংগীদি তম্লক্তবগুমই। অদুবু, পাম্নবগী মায়ওক্তা, অদুগা নাইতোম লাক্নুনা। তিল্লবা অমস্মুং নাইতোম হন্নবা তাবনা, মপোক থীবী কয়াদি মতোম মতোমদ মীওই মপোকী পন্থুং তাগ্নি। মখোয়সিগী মস্তুংদা খরনা মপাম লমদমশিংদা হনজিল-লক্নুনা লেপ্লিবা পুন্সি লেম্নরি। মখোয়হুগী মস্তুংদা ইবেমপিশকম্ম অমা ওইরে। মচা অপিশক্তু য়োকপদা লম য়োনা রাজরে। মমা মচাদনি হায়দে; য়ুম্বান পোৎলম য়াংপা য়াদে। মপানা অরাংগী শঙ্গতগ্গা মতম থরগীদমক্ত লৈহাগ্নি। অরাংলোমদা শঙোই অমা শারগা লৈহনগনি হায়না খ'গ্নি।

ইঝোতোনস্থ কনদি হল্লে। মচানা লৌউবদগী কায়কপা কৌদি, হন্দক্তি, মরূ অমফাওবা চোইথোক্লরোট থগ্নি। অদুবু, মীগী লৌশিনবা শিংদোকপদা, মরম কয়াগী শেনকম কয়া শেংদোকপদা অদুগা চিগ্লাক ওইনা পূবগী পীবোক্লবা লাক্লবদা পোৎ তরানিথোট হুমদোট চৎখিদৌরি। পোৎ কুনমুক লৈরি। চাবদি কোম্নবগী য়া লৈতে। মচাগী মকমদা, লৌউকমদা পোৎ তরানিপোইগুম্বগদি লৈরি। অদুবু, পূনশিল্লগম্ম কোম্নকাৎলোট। অদুগা, ইবোয়াইমনা মনাও মচল অনিগী অপাম্বদি মাগী লাঙ-জিৎৈদা তমগে থনগ্রে। অদুনা, মরম লোওনা লাকপা ওবো

ওইবগী পোৎ জরামুক কংবত্থগা মথুংনা উবদগী থরগমচানবা শীন্দুনা একাগাড়ী অরগা থুদোপ অমগা লেপরে।

ইবোভোয়া পোঃইস্থ কৌগা থাদা কারকপা কৌদগী, চাউবগী মঙ্গীনা পুথিবত্থস্থ অহুগা মাগী রাংজিবত্থগা শিংদোকপা কোয়নবা পোৎ ভরা থরা কলপ ভাইগে থরবত্থ "অমুক হজিল-লক্তু বদি ঐদি পুঙমাঙ মাঙলেদো।" থরা মকৌ ভাইবা ভোকরে। অহুনা, চাউবা পৈশা কংগদবা মী মাত্রে। "মকৌ মচেংস্থ থরা কারে হায়বা ভারে। অহুবু, ঐগী শেন্দি কাউর-মাল্লেনে।" চাউবনা অস্থম থরা লৈরকপসি রাকচৌং কোংকা য়াদবা থাবুম হৌরে। ইবোয়াইমদি চাৱবস্থ চাত্রবস্থ হোয়া ফবা মপানা ভোল্লিবা লুপা ৩৩০ সি শিংদোকসি হায়রবনি। অহুবু, য়াবিদবনা ভোল্লিবনি। হৌজিক ভোম্বীগী গাড়ী অরুংবা উবদা চাউবগী চহিনা কুত্তক ভারবা মিৎ অনিহু লং-থংরে। মপাগী মভোনা অহনসি রাবৌরে। মসিদগী কাউ-রেলগী থানিল মমাংদা ইবোভোনগী নাক্তা চাউবা চাননা শাউনা লাক্রে। হংলরে।

চাউবা—নংবু করম ভৌসি হায়বগে? রাহৈ অমত্তস্থ হায়রদে!

ইবো—থঙরে, ভাদা, ভৌরিবসি। কৌস্থ চাবা ওক্লোই-দৌরি। নচা ভোম্বনা থবক ভৌবস্থ মাগী ফুরিংথাউ পৈশা কাঙ কোয়নবা থোক্কে।

চাউ—অদুবু হায়বা, লাক্কুনা, সিগা সিগা অসুম তৌবা হায়বা অমদি তৌরকবা নত্রাউ? ঐবু নখোয়না হিংচাবনি হায়না খল্লব্রাউ? অদুগা, ওসিদি শাউদুনা লাক্লিবনি; অচেৎপা রাকম অমা পামই। ঐ মীওমদবনিকো। কায়নওমসি।

ইবো—এ! ভাদা, করিগী কায়নবা! অদু, অসুম তৌবিয়ো— য়াউশং মমাংদা শোয়ব্রে খনবিরোদনা, কমদৌবগে?

চাউ—নকপা লাপ্পগী রা লৈতে, শোয়বু শোয়ব্রবদি।

ইবো—এ! শোয়জররোই, শোয়জররোই! মঙ্গীনসু ঈশিং-তুংগী লৈতুমওম লৈখিবসিদা তৌকম লৈত্রবননি, ভাদা।

চাউ—খঙদে, খঙদে, কায়নওমসি। নংনা শীনবনি। অদুনা', য়াউশংদুদি নংহল্লোকো! নংগী ৮০ দুগী রাসু অদুম য়াওরবনি।

ইবো—ভাদা, করিমত য়াদবা, রেৎপা তৌজররোই।

চাউ—কবে, কবে। ঐ য়ৌরগে।

ইবো—কগনি, ভাদা য়ৌবিয়ো।

চাউবগী হেক জুংদা ময়াম্বা শামু থুংলরে। হোবে হোবে লাক্লগা কারব্রবা রাকম অমা হৌদোক্লরে।

শামু—ঈয়াম্বনা ননাক্তা লাক্লিবসি অদু অমগী নত্তে, মমাংগী রাকমদুগীনি। পাওখোক্লসি হায়রবনি।

ইবো—ভাকপিয়ু, ভাদা।

শামু—পোইজু লোইরে; জকবী পুশিল্লসি। অমুক অদুম পম্বরবদি মীগী ওইগ্রনি। ঐখোয়গী ভাচৌ ওলাপকী মকপ

অমগী মচাশিং অমগী হায়রৈ হায়না তারে। নং কিরম্ব, শেনগী মরমদা চিংনরম্ব। করি খল্লি?

ইবো—অফবা ভাকপিরবনি ইম্বাম্বনা। অদুদা, মীগী হায়গীম্ব লোইত্রিবসিদা মুপা থোকপদি ওমত্রে। অদুগা, নচা অনিগী লায়মিং লোবগী থোরমস্থু লৈরিদো, তাদা।

শামু—পুকচেল পিক্লম্ব, ইনাও। ফোম্ব মরৈরেদনা! লুপা ৬০০।৭০০ তং পুথোকই। ঐনা অন্নাংপা তৌনি। নত্রবদি মুপামচাসিনা ঐথোয়গী ইমায় খুহনগদোরিকো!

ইবো—ননাউবু ন্নারৌবিম্ব; অমুক্ত খঙ্গরকখিগে। মতম-সিগী লুহোংবদি হন্নাগাড়ীগা মীগা মশীং মান্নদবা ন্নাদবসিদদম্ব লুপ্রে, তাদা। অদুগা, ইচা মানা মপা ঐথোয়গী মিংচৎ মাওহনবম্ব চুম্রোইদা!

শামু—হো, ফরে ফরে। খনথো', অদুগা ভপ্তবদি কৈকো। ঐ চৎলে।

ইবো—হনবিরো, ননাও লৈজহৌরগে!

ইন্ফাল মায়গৈরোমদা তৌরি লংলিবা॥ মীওইবগী খুৎশেম মকম অসিদম্ব থাগৎনিংঙাই ওইরে। কয়া থাপ্তনা চীংদোল অমদগী মান্নগৈ অশোমদা, মশক চুমলবা অমম্বা অহিংদা, ম্নেংখরক্লবদি অরংবা কয়া উগনি। অহিংম্ব ফুংখিলগুমে। অদুবু, মহোশা লাইরেম্বীগী মায়ওক্তা মীওইবনা লেপ্তনা লান্দাবনা লানফম কয়াদি ওম্রবম্ব, ঐথোয় ইশেলনা থাজ-ফুংশি ঈচেলদি নৈহনবনা মক্রে ন্নীওইবগী মিংচৎ। হে পৈশা॥ নংদনম্ব

মীবু মীওইহন্ত্রেদকো। লংলে য়ুম-কৈ। কোক্লে অহিংগী অমম্বা। অচুমদি ওইরবদা, মোংলে ওম্বোক্লা ঐখোয়গী থম্মোই মিংশেলদি। ভান্দবা য়োৗরে পুক্লিংসি!! হায়নবদাই—মহৈদি, লাইরিক লাইশুদি, লৌশিংগী থাউমৈনি। ... ... ... ...মসি ওইদ্রে। ইপুক্লিংগী অমম্বা কোক্লবা ইহৈ ভমলুবা, ওইরে হেন্না মমহনবা! কদাইদা চৎখ্রে অচুম্বা লাইরিক? কদোমদা হাইখ্রে অয়াংবা পরিক্ষা? হে ইমা লৈকোয়বুঙ। নকম থুদিং লালহৌ মৈকম ভাক!! কয়ম্না থাঙলি পুককবি? লোলগী য়াখোক, লমগী য়াহৌ, জাংকী লাম্লাউ, অকনবনা অচুম্বা শকপা, লাউবা কনবনা লুচিংবা—কয়ম্না য়েংছনা লৈসিগে!!

কদাইদা চৎখ্রবগে য়াখল অচুম্বা?
লম্বী মমথ্রে। হিংনিংদ্রেদা!! হিংকরিব্রা?

× × × × ×

মীহাৎ মীপুন মনিং ভম্বা,
অচুম অয়ান শকলেপ্তবা।
নোক্লরে ঐখোয়বু শানা!
হিংনিংদ্রে ভাইবং মীওইনা!!
য়োনা য়োনা থাপ্ল' থাদি,
ভাকপ্রে মীওইব' মিজুংশি!!
মীহাৎ খুৎলাইদি খোইরবা
নায়া শায়পোংকুম চাইবা!!

মায়খোঙদি খোয়লাউ মৈশালাং,
কপ্লিদকো মালেম নৈমা !!
য়ায়েল মৈজ্জাউদি অচৌবা
ফৌরো চাক্লবা অরানবা ॥
য়ায়রো ঐবুস্থ নহাক্না ;
ওইর'দি ঐস্থ পাপচেনবা ॥

ইবোয়াইমা থুঙং লমদা লৌমীগী থবক অমত থাবা লৈতে। মৈকোক থামক ওইবক্লে। চীংমায় ইরৌ কোক্লবা মতমনি। মাস্থ থবকসিদা শিন্থারি। মীনা হায়নবা "লাইরিক হৈবশিংদি লৌমক উরবস্থ লৈখোম লৈনাং তৈদবা য়াই। শেলনা তাল্লকপা মহৈগা পুল্লপ পূল্লগা মথোয়গী শুজি লংনা হিংহল্লি। অদুবু, থবক হৈতবশিংদি অমোৎপরক্তা অল্লাবদ নংনরি। অদুগা, লাইরিকপু হৈরবদি করিগী লৈখোমলক্তা লৈগদগে ?" অসি ইবোয়াইমস্থ থঙই অমস্থং থল্লি। অদুবু, মানা থঙদুনা অদুগা থদ্দুমা করি তৌগনি ? অমরোমদস্থ, মাদি মাঙ তুংগী শানানবা কতনশিংবু থবক্তা থাজিল্লিংবনস্থ শোমদা থবক অসি পায়রবনি। মানা শেল লৈবা অমদি ইনাক কৈরাক থুনবা মীগী মচা ওইরল্লবস্থ মাগী য়াথলসিবু লৌরল্লবদি অশুম মরেল্লগনি।

মহাক অসি হল্লক্তি নিঙবা কায়রে। কায়নরে কাল্লন-রোইদবীগা। তুংশি লদ্বী লময়ায় য়ায়শিরঞ্জবনি। অদুবু, চুমাল্লদবা জাং কৌবা লৈরাংগী য়াথলদা, শাবী শানৌ অনিগী

মঙ্গুংগী ঈচেল খঙলদুনা নিংঙোল পোকপশিংনা মীনোক চঙ্‌-ত্রিঙৈদা কায়ননবা শীনগে খনপ্রে। ঐ হৈ শিংই হায়দুনা মীয়ায়া কোইনবশিংবু হেক শম্বা য়াদে। মসিদগী থম্মৌ রাখল মনিঙ ডমপ্রে। অদুনা, মচাবু লময়ায়দা থামগ্রবনি। অদুদগী, মজাংকী চৎনবা মতুংইন্না খুঙ্গাশিংগী হরাউবমক থোকঙমদবমখৈ থাবাগী থম্মোই থামপ্লে। অনিগী খনবদা লোয়নবী মতামক্তী থরায় নাখি।

অদুবু, মচাগী নিঙবা কায়বগী মম্বা নোংনা থল্লবা মায়-থোঙ উবদা মমা মপা অনিগী পুক্নিং পোত্থাবা কংপ্রে। "করি তৌরগরনো।" থম্মরক্তুনা মচাবু নিঙজ লম্বীদা অমুক থাদো-ক্লগে লেপপ্রে। থাবা কৌবী রাখল লায়নাদগী কনপ্রে। চান্ন-লমদিন্নরম্বীনা চৈরাক কোকপসি পাথং নাকোং য়ৌত্রি। মুপা মাগী থম্মোইস্থ মৈতাল ঙনপ্রবনি। হকচাং রায়প্রবনি। থঙ-হৌদবা অহিং মৈজাউনা রায়শিল্লক্লবা চোংথোককম লৈতবা য়ুমগী মঙ্গুংদা ঙাওচেন্নরবা মীগী মতৌদা লৈরি।

মতাংসিমক্তদা মপানা মপলগা তানরগা পুন্সিবু তরুবীগী পাউ পুহল্লকই। লাক্লিবা মরুপ্তুস্থ মুংগুক মুংজানৈ। করি-দগীনো? তরুবী মমিংদ তরুবী ওইরে। থাথায়মুকসিগী মঙ্গুংদা মাগী লমচৎ তুক্তচনা ওল্লক্লে। মাগী রাখলদি হোংলকপা কুইরম্নপনি। কুম্মৈ কিয়োংদা থেংনা থরায় য়াওথৎলক্লে। তিন্নগদবা মীশক খনখিপ্রে। মুপা মুপী খিদনা, মফম মতম য়েংদনা পঙচৎ চৎখিরৈ, পঙলোয় লোয়রৈ। মমা নুপ্পাবীনা লাকপা

ভমজ্রে। অদুগা, লাক্লরোইদ্রি থন্নমাল্লে। মচানা মুমদগী খোক-লমদাই অমস্থং"মুমদা হজিল্লকপা খুদিংদা হয়াউ বাঙাং ভাংবনা মচাবু চানবা উৎপনা মমা মচাগী শঙ্ক নিল্লি। মতৌসিদা লৈকাইনা মখোয়বু ইম্ফোক্লগে থন্নরে।

অদুবু, মীমাঙ্গবা শামু অদুগা মানা থাপৎ-থাদ শীজিল্ল-রিবা ইবোঙোনখোয়নদি ভাদে, উদে। মম্লং মপাল থঙলবা পুক্লিনা কয়ম্না মিংশেলগুম লমচৎ লংবা ইবোয়াইমদা ভম্লিংদবা ভম্লুগদগে থনবনা মায়খোঙ লৈচিল থাংবনি। "লোম্বোক্তবা গাড়ীশলনা পোৎলুম চিংবা। মেৎঙমদবা ঐনা থাবা য়াদবা থম্মোই পোৎচাঙ অক্লপা পুবা। ... ... ... হুম।মরুপ্রম্নু য়ায়য়োইদবনা অশেংবা মরোলদি ভয়রোই। লাক্লবা, কায়ক্ল-বদমক হায়য়গা হম্লকপা, ... ... ... ... মসিনা অচুম্বা ওইগনি।", মশাগী য়ারেপ লোনা লোনা লাকপদো য়োয়ক্লে। লৈরমলিবনম্নু হায়া ঈরাং থঙবনা পুক্তি খোইনা য়াখিজ্রে। মাগী নিঙবা থুংলে। চুয়া নোংমা নিনিগী মজুংদা কায়জবা য়াদে হায়বা কাওবা ফোঙদবা য়ারে। অদুবু মরুমক্তি শোয়কদে থঙহল্লয়গা খোঙলৈজে।

অহিং মুংখিল অনিদা মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীবু লুনা লাংলিবা লয়ায় লমদমশোমগী লমজাউদা অমুক হাইরসি। নোংমখোল ঙানবা কোকভোল লম্বী লমথৈবা মতমনি। লোক-তাক ঈপী নকপনা শোমগী খুজংশিংমু অমুক চুয়া থাজংকী লৈচিল কিথুয়ি। উনলেন উনা উনা উনিংবা থাংথৈরেন

উত্তমদ্রে। চক্লাখোক লমপাকলক্তা লংথোক্লরম্না লৌউ শাবুক ওইনবা চক্ল ফুদংশিংনা মমল কানরক্তুনা ইকুঁ শক্তম লৌহুনা লৌমীশিংবু ওাইরিবত্থ উনাদ্র।

মতম কৌবা মায়ওন্দবনা অস্নুম খোঙস্নায়শিল্লকপদা ওসিস্থ মঙাল মপুবু উনরে। তুম্পক তুম্পক পৈরিবা লৌকম চক্ল ইকুরক শমহুনা ন্থুপা অমা থম্বোখোয়গী থুনস্না ভস্লক্লি। নক-শিল্লক্লে। কীক্তেং য়েংপা ইকাল থুংলাই পায়রক্লি। ইবো-স্নাইমনি। লোইবী চৌংশাং লম্বী তারক্লে। মাগী নাকোংদা থাবাগী অনৌবা পুন্সি য়াওলগী বাবী য়ৌদ্রে। ওরাং নহানগী স্নাকম নম্তে। অহুবু, কিক্ত-চুংগোইক্তবনা মপাল খোক্লুদ্রে। ওসিদি নিংতোল পোকপশিংস্থু ইম্ফাল কাখিবনা মখোয়গী থুনস্নামক্তদা তারিবা লম্বীদা চংপা ওস্বগী পাস্নল কংলে।

কুমগী চংনবী কুম্মৈ অচৌবা 'হরাউবা' কাওবদা মশক উংপা ওমদবমখৈ রাথসনা শোল্লুবী অত্থ পাস্নলবা মানা শকউংলবা লৈত্রবদা ইকাই মৈশা লাংনা রারোরি। কুম্মৈহুগীদি খোইনা থস্নিংঙাই লৈতে। অমরোমদা খোকহৌদবনা হেস্না কদ্রে। থুন্নোম্নবা ঙাওশিমরগা লেমজনশিংনা মীগী মথুন্দা লাক্লগা চংনবী খৌরম থুগাইখি। ইকাইনংঙাইনি! মীবুদি নোক্লগা মখোয়গী চিঞ্জাকপুদি ফংনবা তাস্নবদা মীগী হরাউপূং লানফম ওইহনবা, ঐখোয়গী ইমায় খূহনবা, মী কম্না ঐখোয়গী ইরক্তা লৈরে। থম্বোখোয়গী থুন হরাউনদস্থ থংন-চৈনবগী খোদোক মতেক অমা য়াওখ। লোম্নবা থুনশিংদগী লাকপা মৈক্তে মচা

খবনা খোকহনখিবনি। থাবা হায়রিবা অসি খেংনখিদে। লাইবক কথনি।

ঐখোয়গী য়াউশং! নংস্থ নশাগী ওইরবস্থ ওইত্রবস্থ অমকপা খবদি থারোদা! মুনবা, তৈনবা, মফম মতম খন্দনা পঙচোং চোংনা—পূম্নমকসি লোথোক্লসিনে।

থাবা লোয়্নবীগা অৱাং শঙজাদা ফৌ শুরি। থানিনস্থ লৈতে। ইফম য়োৌগদবতু থবকস্থ য়াংশিল্লক্লবনা শুসিদি অনিগী নাক্তা কোইরপ্পা চংলক্লে। অনিনা মাবু উবদা মায় নোংচুপ ওনত্রে। অশংবীনা কিদা থাই। ফৌশু খোদো পল্লি।

মরক অসিদা কোকথুম্বী অমা ইবোয়াইমবু লুম্নকপগুম থাবাখোয়গী মনিঙলোমদা লোংলুই। হৌজিক শা যেল চংদনবা খোঙলোল্লিগা য়ুমজাউ মাঙ্গোলদা শং কাখত্তুনা লুম্নরে। তাররে পাউদাবীদো।

অশং—জাদা, শোমদা ··· ··· · । কুইরেদা উদব।।

ইবো—কুইরে, ইবেম্মা। থবক কম্নত্রেদা।

থাবা—থবক্তনি কনবা, কম্মে থম্মোইদি।

ইবো—ও, লাল্লে! লাল্লে। ঐনা লাল্লে।

থাবা—চঙদবা কৈ কিরবদি! হন্দবা তাই চঙলবদি।

ইবো—কাউরো হৌথবা পূম্বা। ঐগীদস্থ নত্তেনে।

অনিবু অশংবীনা থেমজিল্লকই।

অশং—তেন য়াহৈ ফোঙনরো; লৈরাং খোইমু চান্নরো! য়াল্লোপগনবা ফুংশিননি; য়াকংফম লৈতরনি মাপ্তি হাংথোকনৌ

য়াখোকহল্লিবহ্নদা নঙনা। ইবুংগী য়াখল লুপনি; ইভাগীম্ন লায়রোই। অহুবু, পুক্লিংনা পুক্লিংবু খঙনা চাননা চান্নরবাদি অপুনবা মুংশি পম্মুং ভানবদা শিবদনা থিংলগদবা মঙায়রে!

মখোয়নিগী ময়ীদা য়াহৈনা নিল্লিদৈদা মশাকী মায়খোঙনা থাবাগী পুক্লিং হায়দগী হেন্না কন্না পুনম্রে। পাখং চেংলৌ হুরান্নবী কোইরাউনবী অনিদো হাইদোকপা নংহৌরবী শেংগ্রবী মাগী মায়খোঙদা মপু মাগীনা ভুংইল্লক্তুনা কাম্রে। মখোয় মন্নিনা কন্না লাঙবনা মিকুপ থরদি চৌকম্রে।

ওয়োক্লা ভনগ্রবা মতৌ অমা খোক্লরে! চূনদবা করি ওইরিগবা! ... ... ... মপুরোইবা নিঙদবী অশাম্বীনি। মানি ঙসাইগীদো। ঙসাইমখৈ মাঙোল মচিদা মপুক্লিং চোইখোক্লনা অশংবীগী মীওক য়াহৈদগী হৌনা ভায়থী ওইরে। অদুগা, মায়রবা অনিগী অরায় অথুম মিৎয়েংসু হুরাল হুরাল য়েংখোক-প্রবনি। ইবোয়াইমনা হেক লৈখোরকপদা অফ য়াখল মরু ভাউহনবীহুগা কোক মায়ঙক্লরে। "ইশ! করম্বা মিকুপ্তা মকম-সিদা মীরমচৎ মাঙহনবী নংনা ... ... ...!" নিঙবা কান্ননা লৈশিনম্রে।

অশংবীবু মানা কৌখোকই। মরমচৎ থীবীদো অফ শাহুনা চংনিংদবঙুম ভৌরি। কুইনা পায়হুনা লৈরকপনা মশা ফুকথরবা ভরা চপ্লী অমগা শিকি ময়েক অমগা নন্থী পীশিল-লকই। কংলিবীনা কংলিবহ্নু য়েংনবা মতম কংদে। অনীদা মতুং ঙরা লেপ্লগা মথুং অনি হাইরগা "অনি অসিবু করম

থোক্লগদৌরিবগে? মিং নায়েদা!!" কৌতকখদা লৈরিবা অনিবু ভুকচবা উংতুমা মচীন পেথোকই। অনিগুম্ব মাবু থওটরুবদি লৈত্রে। অদুবু, চীনদি থোক্লদে। মাগী অয়োনবা মতৌ মথোয়নিস্থ রাখল মিংনা উওমই। "ঐ ইম্ফাল কাগ-দবনি। থেওলে," হায়রম্লগা হাইদোকখ্রে।

মহাক্না অশংবীগী মরম্রাই ভুংজবা শেন্দগী লুপা ১০ পোইম্বু থাজিন্দগা পুখি। অদুবু, মথায় অমা কাওবা কাদনা হায়রম্লগা চৎখ্রে। অশংবীদি মসি থাজরুদে। মা মিপুংশি থওদবী শেনবু নত্তে। অদুগা, শেন্দোই জানগে তৌখিবসু নত্তে। মতৌদুদা থনবনি।

রেল ঈচাউ কংখ্রে। থাবাস্থ কন্ত পাউজেনবী অপাম্বীবু থওলকপা কুইরে। অদুগ, মানা ওসিগীস্থ রাখোই হাপকৎ-তুনা ওয়ুপনি হায়বাস খম্নরে। অদুবু, ইবোয়াইমনা পুক্নিং লোওদনা, অমত্তগী মপু ওইদুনা থাবাদবু পুজিগী থম্নুবা মীরমলেনাসিদা হিংলগে থনখ্রে। অদুগা, মাদি মাবু ঈভুধদগী য়োক্লক-থাক্লকপশিংবু নিওদবা নহারা? ... ... ... ... নত্তে! মা নত্তে! পুমা হিংমিন্নবা [ লৈমম্রবা ] পাম্বা রাখল-দগী হৌরকপা মাগী অসিগুম্বা মিপুংশি উপালনি।

ইবোয়াইমনা ভারিবা শুকপী পায়থংতুনা পাখং কৌও তমগে জৌরকপদা চান্নবীনা থামথি। হায়জরকই, "থুংপায়কম শেংদোকচখিগে।" কিদেক অমা ঈশিং লুমা পুশিন্নক্নে। তকথোক নাম্বোক কংস্থ কংহন্নে। লানশিল্লকপা ওক্তুনা

'দীক। দীক।' লৃম্না থাদরকপদা কৌ ওইবা জান্তুনা য়াকং-
য়ুকই, "হা থাবা টবেম্মা! ঐখোয় তুংগী পাখংসগী মথুম্বো।
শিগো মাবু থীদনা।"

য়ায়োৎবনা হেন্না হেন্না পাজলহনবা সুংশিবনা অনিবু হায়-
দগী হেম্না কাজিনখ্রে। শরী পন্দোল লোয়খ্রে, "খোইমু
পাংথকপা পাথং ঐনা লৈরাং ওইবী কনাগুম্বীবু খোয়দারক্তুনা,
ওসিগী য়াশক পরৈ হন্না মায়ৈরবা, সুজা নংবু হেক থাদোকে
থরবা ... ... ... মিকুপ অহুমক্তদা ঐগী পুন্সি লোইসয়।"
"নিংঙোল ওইবীগী মহুথক কংজগে।" অনি লৈহোরে; অমা
খোরক্লে।

টকম, চীংথায় ইরৌ, তম্নকপদা থম্মোইদুদা তানশ্রবী
মাগী হৌনলমচংকীদমক্ত চাউখোকচৈ। অতুপা, সুমিংসিগী
সুমিদাং অহিং পুংজা মকোক্তা সুপী-চাসিগী মপুঙ ওইবা
মমুংগী লমচংদু তোঞ্জাউদগী থঙজখি। হৌজিক্ত থিগৎলকপা
নত্তে। অহল অনিনা মাবু, থাবাগী নহা পুন্সিগী অকুপ্পা মরোল
থঙলবনা, সুংশিরবনসু থঙহনবনি।

তোঞ্জাউ—হৌন থঙবী শানানবী মমাগী মচা থাবাসি
লৌবুক ককইরক্তা খোঙমজরবনু মশাদি চম্মোংনবী নত্তে।
শীংজেল লৈরাং লৈনম চেনবী কোকথাউপা চায়বী সাপোন
অমসুং য়ায়রেক হাংপী 'পাউডর' শীজিনবীদু ওইদে। ঈচম্না
সাপোন শিজংগা লোয়মনা মফি মরোল তক তকহনবীমি।
অংগোমকপা মপানসু শিংবনা মুশতদা চঙদবী মানি। মখোয়গী

ইমুংনা মু শমজ্রবনা মুকম লিংত্রে। থামগুমদবা থিংগুমদবা হংখি থনবা, লোক থূবা, হাকাম চনবদা মচীন থুম্মা মাখরু-ক্রবীনি। চারি থক্লিক্লৈগদস্মু চীন থুম্মা থূমদবা য়াদবা থুশীনি। মীপা লমজাম্ন লেংথৈনবদা মকি কিক্ষি কিনা খোমজিনবীনি। ঈশূববা অমদি ঈক্তূমবা মখাংগী কিকোবম থগুবী মহাকসিনা নোংলেল্লবা চীন-খা নৌহনবদস্মু মচি মরুম লিবী ওই। গ্রেনা ভ'মুবসিনা লোইবা নত্তে। থম্না অচুক পনবদনি। পূম্নমক অসি, তৌবদি, মপা ইভাউ থম্বোনা পামজনা তাকদি তম্বিবনা হৈনরবনি। অদুগা, অকাউ লমধাং লাক্লবস্মু হায়াম্নবদি ওই-রবোই থম্নি। ইবুংঙো, নংনা মাবু নপুক্কিগী লোয়নবী ওইনা থম্লগে লেপ্পবরা?

ইবো—অহোয়, খুড়াবু; য়াথল অচুগী লম্বীদা খোঙদাজরে। অদুগা, মতুং তাবদি পূম্নমক শেন্বা মাগী খুত্তদা লৈবনা হায়-গুমজত্রে।

তোন—ইবুংঙো, খোইনশিনবদি গুমদে; থাগৎনিংঙাইদি ওইরে নংগী য়াথল। করে, কবা ওইসমু। পোখাক্লরো।

ইবোয়াইমা তোজাউ অনিমক নিংথিবা অহিং য়াহিপ কংখি।



লূজ-লেমজদবীনা কৌশুখোঙদা উথিবহ্ রাহাপ রাহৈ কয়াগা লূম্না যপা ওইবগী মনাকোং য়্রোইহনখ্রে ! মত্তুদগী, "কৌথংলু মাবু হৌজিকমক ! ঐদি মীগী মুমত্তুঙ ঙসি হয়েং-সিদা লোইদৌরিবনি। মাগা উনজুনা ঙাংব-শক্রবা য়াদবা মতাংস্থ ওইবনা হন্জিল্লক্রোই। নংনা কনবা শীল্লু, ইবে-য়াইম্না ! নত্রবদি, নংনা চংখিত্রা নত্রগা ঐনা চঙলক্কত্রা, অমদি মশানা তারে। অন্নগা, মাবুনা মপোকসিমগী ইম্পোকভুনা ইপা ইচা মন্নী কংহনবা তারবনি ! ঐগী রাসি রাচম নঙ্গে রাশক্কি ! রাশক !!" মমা ওইগীদা মাঙোন য়ুময়াম্বদা লেপ্লাউ লাউবম্লগা খবক শূকমদা চংখ্রে।

কুমঙন থাওন থা, অঙৈংবদগী অশাবা ঙমমদাইসিদা লাইজাউ লায়না য়োরক্লে। পু'সাংখোয়গী ইমুংদা লৈবা অঙাং পুম্বা চিংখদনা লায়নাসিদগী অরাবা নংলে। মপাবুং তোম্বোই অমম্বুং মমাগদমক নাম্বোক্লে। পুজিস্থ থম্বা থোক্লে। ইবো-তোন্দা লুপা ৫০ লৈরিবহ্ লৈত্তবা মতাং থোক্কুনা অরাবা কোক্কবা তোম্বোইনা হায়রবদা মীরোন লোন্দবনা শাঙনা মচাজুগী অতোম্বীগী মবুংনা লাঙবিবা খুদোঙ্চু লংশিলজুই। লো হায়বা য়াখিত্রে। হৌনবী খঙবী মমানা লুপা ৫০ চুগী মখোইস্থ হাপ্লবা অহন্বেমগী অহল্লা চত্তুনা লুপা ৬০ গীদমক

খুদোপ্তু থমলুই। পুন্সিংখাম্বনা মথোক্তদি লৌখিদে। অহুবু, ইবোতোম্বা তোম্বো'ইবু থাগৎপগী মহুত্তা হান্নদগী হেম্না হুংশিখিজ্রে। মচাশিং নাব্বদসু চঙলুজ্রে। চঙনি'লুবস্তু, মাগী ইংখোলমুংদগী কাওবা হংখিজ্রে। করিনোনে অসিবু!! মাগী ইমুংগী অতৈবুসু মানা চঙহন্দবনা ইনক নক্না থাম্নরে। মানা মীবুদি মাগী তৌবিমল থানদনা য়েক্কংগুম থন্দুনা খুদোং থীবা তাব্বদসু হন্দোক্লগা ঈশ্বরবুদি ফংগে তাম্নি। মচা ওইববু লাম্নখোক্লগা করম্না মপাবু নিঙহনা ফংগদগে? ওইখোক্কে॥

ইবেয়াইমনা মপুরোইবগী ছুংদা, তোম্নিবা পৈশা শিংথ্রবা মছুংদা নারিবশিংনা থক্কবা পোৎ লৈহনা থিম্লুই। রাম্নী শাহনা কম্নকই। তোম্বোইনা মপুরোইববু পেলহোদে। ইকাই থঙবী ওইবনা ইকাইবা নংলকই।

মচানুপীগী খুদোপ্তি মবুং অহন্দা অমুঁক তক্কমগা হন্দোকপা তারি। রাকম অসিমক্তি মপানা য়োনা শাউখিবা থঙজ্রিবা ইবোম্নাইমনা তাজ্রি। অন্নুগা মমা ওইবীগী মেঙলবা মিম্নুংশি লাইজনা চোম্নবা থম্মোইদি মচাগী মীখোনবা নৌরবা পামেলনা মপাগী মৈজাউ মীচৈ মৈশা লাংলকপদা থুইথরকদবন্থু থম্নুবদা থক থক নিকখ্রে। অহুগা মপাগী রা টনবা তাবনা, মিপাইনা, মচাবু মশা কম্লক্নবা মরুপপু থাহনা কারক্নবা থঙহল্লুরে। হন্দক্তি ইবোম্নাইমা চপ চানা মমাগী অব্বাবা মমি লাংলে। নহালমুকী পাউদি মানা ঙমহনা চৎখিদবনি। হুংনাংবা ওইখিদে।

তক্নবীগী রাদদা অনিরক শুরে পুন্সিনা ইবোম্নাইমগী নাক

য়ৌরকপসি। হন্দক লাকপদদি মচুংগী য়াকম শেংনা তম্লরে। ইবোয়াইমম্ তু মশা মুংঙাক্লকাম্তনা লৈরম্মী। লোক মাল্লি।

ইবো—ঐনা পুক্লিং খঙজবনা নহালমুক লাকখিবা অদুদম্তু তমজরমদে। অদুবু, ঙসিদি তম্লিংদবসি তমদবা য়ারোইদৌরি, মরুপ। থুঙ্গী অশাউ মৈনা চুরম্বনা ইন্দোন্দি হকচাং ইতাউ তাউনা মৈকোলগুম লৈহৌরে। তরুবীবু খুরানদি পাম্না খঙবা অদু অতম লৈরিমাল্লে।

তারিবনা কয়া নাচুংদবা য়ারীনি। য়া থৈনিংই। অদুগা, ইবোয়াইমনা মরুপকী মশক উবদগী ঙমলুত্রে হায়বসি খঙদুনা লৈখি। মাগী পাউদম অহানবা লোইরবদা, ঙমদবগী য়াকম য়ৌরকুনা লোইনা তমদুনা খঙহল্লে। পুন্সিনা মশামক অদুগা মাগী ইমুংগী অঙাংশিংস্তু তমথীবা লাম্বনানা নাকই হায়বসি তাবদা করিমত্ত পাংবা খোংপা ঙমখিদে খন্না মুংঙাইজখিদে। ঙাইহাক মুংঙাইতবা উংলুবগা থুম্নকই।

ইবো—মানি, মরুপ। হায়দগী অহনশিংনা য়াচকুনা খন্নবা মীওইনি। মখোয়গী মতৌদগী হান্না খঙলবনি। অদুবু, ঐদি অদোমদগী লৈখোকত্রবনি। অদুগা, লম্বহেনবা তারবস্তু চানবা চৈয়াক অদুম কংজগে খঙ্গরি; মরুপ্না ইমাগী পুক্লিংদদি হৌজিকমকী য়াখলসিনা লায়থুং পীদনবা শীনুবিয়ু। ... ... ... ... অদুবু, মসি ওইখোকনি খল্লে। ঐ ঙন্নিমক খন্না খেংলপ য়ৌজরকে।

পুন্সি—করে, ইন্দোন্না শক্তদি উংপিরো।

হেক কায়নবগী তুংদা কানবগী শেম শাবা হৌরে। লমদা পাগী থাবুম তম্লক্লিবী থাজনা নোংচুপ চীংদোল লানগ্রবা কোয়ৌ চনবগা মায়ঙক্কবদা মায়পুজবা ঙমদনা চুমান্নবা লৈচিল-লক্কা লোংলিঙৈদা থোরক্লে। তাশংবা লোক খুলাই লাইহৌনা মশাঙ্গু মুংঙাইরে। হিদাকসু লোয়নরি। য়ারিবমথৈদি চাখিরোই থল্লি। অহুনু চংনা চংনা কোক্লা কয়া চীক্লকপনা চাংবগে থনরে। ঈশিং ইংগদবা হিদাক ওইবনা থগ্গানরে। মা ইন্দ্রাল মায়গৈ হেক ওয়া চত্তে। নোংচুপলোমদা লৈরকলে। উম, ভাল্লিঙৈদা ময়ুম চঙনিংদবনি। থঙলে মাগী য়াখল। মশক উবদা পাথং পুক্লনা থাবাগা মরী লৈনরে হায়বসিদা মাবু নোক্লগদবা মীশিংবু থৈদোক্লগা হোৎনরিবনি। পাউতাক পাম-জবা মীওইবা! অচুখা তাখিবা তাইবংপাল। য়েক্লবগী য়েক্লগা ঙাক্ত॥

থাবানা পাথং মাবু পোকপনী মচা ওইবা মাবু চৈবদি তাত্রপসু শামুনা কাঙলুপ অতৈবু হঙ্গোইনা "মাগী মচাসি চোঙলম চাদবা য়োবেসে! মসি জাং ওনগ্রবদি কবু করনিদা! মপা মমা চেয়নবা পোক্লকপা হায়বক্তু ওইরে!" হায়বসিদি পাউথাং ওইনা তারে। পোমশাংনবী লৈরাংবু মালেমথকতা কেলহনবা তমথীবা তীলগুম্বা শামুগী য়াঙাংনি। চীকগ্রে চাননা চায়বী থাবাগী থম্মোই। ঙসি নত্রগা হয়েংদি ইন্দ্রাল শেংয়-দনা য়ৌনিসু থঙজরে। মপুক্লিং হুংশিজে! থন্দ থনজিল্লুয়গা মিৎলু পিরাং ঈংথোরে। অহুগা, ঙসি কাংদৌরিবা মাবু মাগী

ইস্কাল কিজেংতা শকউরকপদা "কনাগুম্বী অমম্থ রারকচেংপা অহনশিংনা শোয়দনবা হায়ন-শীংনহুনা থমম্রে!" হায়বসিদা মিকুপ খরদা পুন্সি থমগদৌবগুমই।

ওসি কৌবা ভুমিংসিম্থ থাবা পোকপশিংদি কংলৌ লোই-শিনবা চৎখি। পুম্নমক ওানবগী মতাল তাক্লকবা নোংপোক মায়ওকবা লোইবী চৌংগায় ওামতাম্বদা চৌংলৌ শূরি। মুম-লোম্নবী নৈশাবী অনিহুম্থ খাংকি শানবা মচাক লাওলি। চৎকদবনা নকশিন্নক্তুনা মথোম্নগী মনাক মৌরক্লবদা শোইে ম্রাজরবীনা, "ওসি চৎখিদৌরবারেনে! হুন্নক্তবদি ইতা ঐদি ... ... ... ...।" ভুপিজা মশেল নৌনা পিহৌনরে। পাথং অহু মুমিদাংরাইগী লংলবা মতমদা মপুক্লিং অহিংগুম মম্না লেপ্পরে। রামাও রান্নকই।

ইবো—থক্লবা ঈশিং খিজ পীম্নবা!

খোম্নোক অহুদা হম্ন হম্না য়েংবদা মশা ভুংতাইম্রে হায়-বসি খওলে।

থাবা—ওমদবা মাংলি! অহুগা ঈশিং অঈংবা ... ...।

অশং—হোয়নে, অঈংবদি ... ... ...।

ইবো—পীরকউ, পুখোরকউ। অশাবদি কাম্নদে।

তকশিন্নকপদা চওম্রে মতাগী নাক্তগী। পুখোম্নক্লে লংলবা চাইশেল। নৌনা হম্না নাম্নোক্তুনা পুশিনম্রে। ঈম্নোক খৌবুবা তেকচাউ শানানবদগী হৈরপা শানৌ খুদোল লুপ্তনা ম্রেৎকী থুবাংদা হাপ্লগা ওইনা পান্দা হাইবা কাহুনা পুখোম্নক্লে।

হায়া মানমা মাঙ্গোলদা কোটৈ ঈশিং থৌনা হৈথছুনা চাউশেল মকম শেল্লগা থমজরে। "কাল্লমরল্লকে। !" ল্লাথমদা মখিৎ মল্লে।

লাক্লিবনা পুমকপা ছিদাক চাবগা ঈশিংছ মপূত কানা থক্লে। অরেম্বা হৈদোকে ভোরকপদা কেন্দু কাথ্রে। অপংবীনা মত্তাগী মিং অনিগী ঈবা উরকপদা মমায় লৈথোকখ্রে। ফুজা পাখং অনিমক থোম্বোকতবা পিল্লম কয়ানা ল্লাহৈ থয়া কোক্ত-নরে। থুংশিল্লরবা কোন্দুমকল্ল অনিগী বাবা উতমখিত্রে। মপোপ কাররবা ল্লাহৈনা মথা মথং মথংলেম ওইবদগী থোরক্লে।

ইবে—বাবা, নংগী মিংলোন পিরাং উরগা ঐগী থম্মোই মচেং মচেং তারে। খামত্ত নংগী পিছু। চৎলুবিগে। কুই-রক্লোই ॥

লৈথোকখ্রে ভারিবী। থাল্লগা হেন্না থোল্লরাংহৈ।

থাবা—য়াম্না চিংনৈ, ঐদি। থম্মোই ঐগী পোম্লংদা ফুংশি য়োঙ্লিং চন্দুন্না থমজনিংবনি পুল্লি চেক্লা নংবু। অছুবু, থঙ্গবদ মত্তায়রে। থরায়গা থরাল্লগা শিন্নরবনি। অছুপা, পাখং নশাইগোন য়ৌরগা নোঙ্গ ইখিন কংছুনা, ইকাই মায়য়োং পাম-ছুনা সমাজ পনদুংদগী লাহোয়েক্কু বদি নিংতোল ওইবীদি কয়া হিংগনি ॥

হৈক! হৈক! মীকপথোঙনা জাহেত! মমুং মপাল ল্লাইদবী মাগী মশক য়েংবা ঙমখ্রে। হে ফুংশি তেনবান কংলবা

পুন্সিগী অয়ুক্তা তাইবং খোঙচৎ ইন্সিবশা। লাংজ্রিবরা মখোয়-নিগী অসিগুম্বা মৈশাসি ?

থৃত্তগী কোন থমগ্নে। লমঙানবীমক ওইজ্রবম্ন লেপকা ঙানগা চূনবী য়েংনিংবা মাগী শাঙংনি। তাগনি মিপাইদবী ঈচীন থাগী নাপী থক্কা তাউজবী, তবোপ তবোপ লৈশাং তমজবী লৈবাক লৈরীক থাংবী লৈরাং কবোক্লেগুম্বীন। মাগী হকচাং কান্নাংশিংসি ঈহৌ থাগী লৈখোম লৈরীক পক্কবী, ঈকং উফুন চেক্কবী, য়াবা মোংপা নংদবী লাইরক কবাঁশিং-নম্ন কম্নকপদি ওইবা য়াই। অচ্চবু. কুইরোই। নোক্ন বারীনা খস্তোকপিগনি—হেরা ! মাগুম্বী করুইরক্তা চাউবীনা ঐখোয়দগী করি হেনগদগে ? য়াম্নবা কাওবা য়ানা খোকনি !! ... ... ... ... ... চুমই ; মাগী থুনিঙ, খোঙশা, থুজেং, থুংচাশিংদি কেনাত, থুজি থুদোপ শেমহুনদ লৈতে। পাম্বোম ফাবীনা মাগী পাম্বোম ফাজিন্দে। ঙক নাদম্ন সনানা শঙহুনদ লৈতে। থবক কনবী পুক্সিদা, চমদ চম্বা মতাংদা, মখৌ শূরিচৈ পুং-জাদা, মাবু মপোক্কী মশিন্দা হয়াং ঈরীক কাদবী শিন্থা খোয়জংদবা সনা লুপাদবু য়ৌনা চাজবশিংনা উবদা পেখোক্সগনি। ফিজেৎ লৈতেংদা তাউরিবশা। নখোয়গী অকে অমোগী কংবা লৈত্রবা, থম্বা নাইত্রবা নাপল ঈচাউদা ঈরাক্সিবহ্ন য়াজত্রা ?

ওসিদি, মাগী নাখোঙগী শমলক্কা হবাং মরীক উথিত্রে। লৌকুম থাদা য়ুমিং থুদিং চুবা শমলকী অরাবা ঈভূমশিংনা ঈপূম্নগা ঈরী নাইনা য়ুজা নিংথৈ তম্বহ্ন ওসি উত্রে। অহুগুম্বা

ঈরীহুনা নিংডোল হকচাং তিংখংলকপদা তত্তাংবী খজাই তম-লক্তুনা হাইধরকপদা থুনম্না মাওহল্লি। অহুগুম্বা হমাংহু ওসি অসিদদি পিনা শিনখ্রে। মানা কৌক্লিদা ততুনা শ্হাইক্লিল্লি। ওাইওমত্রপা মালেম থক্তা লোংখি। পাখং ওইবনা পীরমগদবা পীহুনা পাওমেল্লকই।

টবো—শে। অসি লৌহৌ!

লুপা তরাগী চেনি। য়াউশং থাগী থুদোলনি। মজাং মচৌশা ওইত্রবস্থ কনা কনাগুম্বী থুম্মোন-লৈরোম্রবীশিংনা-হয়াউ ঈচৌদা তিন্নবৈ হায়বসি খওহুনা লাম্রারবনি। সিদগী হেনবস্থ ভৌকবনি। অহুবু. অনিম্নী মন্না অসিদি থুদোল পোংলাম্দা তোংবা নত্তে। অহুনা, হেক্কোক্লে।

থাবা—অমুক হনবিরকপা শোয়রোই হায়বসি ঐগী অথেনবা য়াথল ওইগনি! মহু লৌবা ইতিক লৈজদে!

টবো—ঐগী রা মীনম্বা ওইরবদি লমশেন তুশেনবনা ঐবু লমথাওদা মাওহনবা ওইসনু! ... ... ... পেস্ত্রিবরা?

চিংনবদি কোক্লে। মিংনা মায়থোও শেন্নরা থুংনা পীরিবদা! ওম্বোক্লা রানা লৌব্রে! লোক্লনরিবীনা অনিবু উনিংত্রহুনা য়েনথারোমদা হাইদোকখ্রে।

. . মতাদস্থ তাক্লম্নপা চংকদবা চংখ্রে। ঈরুম্নবা মিংশিংনা মরেক লানা লৌশিম্নখ্রবা কায়ন শককমদা হোয়শাংনরে ঈহৌবা! তুংহন য়েংনা চংখিবা লেওদবীনা নিওতম্বা পুক্লিং লম্বীদা থিন-দোকলুই। অকুং অতোও লৈমায়গী অথেক অথোয় লমশাংদা

চংলে। হাক্কী হৌনবী মচু, মপুও শাহেপ তান্নিরা কোবৌ মৈশ্না খাঙজুমদবা উবাগী কাওমুপা, খুমমক শকহোংহনবা খাহি মৈশুম, চাকখ্রে অনিগী থরক। কংখ্রে থম্মোক হানৌ শাবা। নাচোংথা। পাক্কী ল্যাইরেম্বী কিজং হোংবা থা। নিঙখিরে নংগী খুংশেম। নাহন হানবা নাপুঙলে। মুংদা হনবা য়াক-চন্নে। পাখেল কিওইবী উনাবুক্তা হিংজবা চেক্লাশিংনা নাকেল থা। চংখ্রবলা নাপুঙলক্কবা উখ্যাখকা তোংহনা মনিক তম্না হয়াউ শৈশক্লি। অহুবু, লম্বীগী পাখং অমদি মুমগী লৈশাবী অনি-ন্নিদদি খোম্মোক অসি ওননা খোক্লে। মাগী মাখগৈদা মাখ-ওন্দুনা কুইরেমখৈ লেপখুৎখ্রা ওনশিন্নকুনা মক্নাগা কাম্মলে।

উবোয়াইমা নম্বোলদা মমথি। মানা ইম্ফাল কাককপা হুমিন্নাং অসিদা অখেওবা লম্বীদা, অচৌকপা লমদাংদা হুপা অমগা হুপী অমগম্র ইম্ফাল তক্লকই। মখোয়নি পাখংশিংনা কৈশামপাং গাড়ী থাকমদগী মখোও খালেকপা অহুরাইদগী নম্বোলদগী ইম্ফাল পাংলকপনি। মখোওনা লমশাং কাক্লি। মঙ্গিংবা মীশক ওইদে মখোয়নিসি। শামু অপাম্বী কাউনখ্রিদনা। অনিহুনি অনিদি। তোলতৌদি, অপাম্বীগী মুমশঙ হুইওবা মপুরোইবদি, ওয়াং নহান্দগী মমাবোক লায়কল্লবা চংথি। ওদি অহন্দু লৈজে। তাজা যেংহনা, অসিওবা মতম্নি কংহনা, নম্বোল কারক্লগা মশাহু খাওইবা শামুগা উনহনা লাকমিনবি। ঙংলৌ য়ৌরমদাই লমহাংদা মখোয়গী অপুন বায়ীনা কারক খোদোকী কীবমরোইদবা মুক্কম থোনখ্রে।

শাস্ত্র—মংলা ঐবু নপুম্বিগী লোয়নবি হায়বনিকো, অপাবী ? শোয়দ শোয়ক্রবয়া ?

অপাখী—কয়াবক খুমখোগে শোয়ত্রে হায়না ?

শা—অহুদি, য়েৎলোমগী লমহাং লমথাইসিদা হাইথক্রসিদনা ?

অপা—কদাইদা ? কিরক্লত্রা ?

শা—কিবা হায়হু !!

অপা—হায়দবা য়াদে। শাজৌবীবু কিয়ক্লত্রা হায়বনি।

শা—মনো তোলতৌ খাদোকপদি ওয়েপা ঐনদি করিগী শাজৌবীবু হল্লোকপা তৌরোই ? ময়ম পীয়ু।

অপা—ইবু হেক্ত পুশিল্লুদনা !

মতাং অসিদা তুংদা একাগাড়ীদগী হুপা অমা থংহুম হুমথরে। মখোওনা লৈমায় হেক শোকপগা খুংকী থাংমৈ অকাম্মীনা মখোয়বু লুকথহনখি। পায়রকপা কোকনাইবা লৌচৈনা মৈতাম্বা মখোয়গিবু থানা থানা য়েংহুনা হুং হুং লৈনা লৈখি। উর্বানিংদবী থাজবু লৈচিল্লা থনখি।

হুপা—কদাইদা চৎলিবনো তাইবং মী মিংচং থীহনবা অনি ? শাদি মীনা তেজল্লপা তাইবং মীওইবশিংগী কায়বা কল্লা তৌই। মখোয়বুদি কনানা লাক্লপনি ? মখোয়গুবশিদি অচৎ চত্ত পূর্ননা পোজনবা য়োৌরবনি। থুমশানা মপু ওইল্লিজববনি ! অচাপ মীবায় মাইদবা উপালনা মখোওদা চেহাল্লিজববনি। তুমিং থাওনমু মখোয়গী ই হলোইরবনি। লমলজী থানা মখোয়গী শতমদা লমথৈদয়বনি। ঐবু কমি ওইনা তাই ?

নহালমথৈ মীনোক খাঙলুই। ওইরুই শল অতৌবা। অদুবু, ওসিগুম ঐনা লাক্লরোই নখোয়বু। অদুবা লমচৎনা থরায় ওইরুশিংনা নখোয়গী লায়থুং পকপা লমচৎকী বারীসি তাবদা অথাক অরাউ তাবগুম নাকোং মেন্দুনা খাঙনগনি। ওসি ঐগী অরাবা কোকপা হুমিৎনি। অয়োনবা মত্নী লৈনরম্বা নখোয়নিবু উরুবগী ঐসু পাপ চেন্নবনি। অদুগা, অহিং ঈচৌক হুন্নরুবা মিকুপসিদা লমহাং লমপাক অশিদা কুন্দো পরেংদি য়াওব্রবসু লুহোংবিরমগে। অদুগা, মসি অমুক অমুক্তংগা ... ... ...।

মথুংকী লৌচৈ কোকপানবদু হাইথব্রে নাঙল লুকাউশিংতমা। শোর লেপকক লেপকক মায় হাইগৎনদ্রিবৈদা মায়রৈনবা তৌনা হায়রকই।

তোল—কয়ে। লৈহৌবে। হুংঙাইনা পান্নু!!

চৎব্রে। মাগী থম্মোইদু লুমথব্রে। পৃথিবীগী মকম অতৈদসু অসিগুম্বসি থোক্তবা নত্তে। মসিগুম্বসিদগী মপা মচা হুংশিনহন্দবা, মমা মচা কায়নহনবা ... ... ... কয়া কয়া!! ... ... ... হায়বমক পাপ ওইগনি। মপাবু মচানা হুরে। মচাবু মপানা হাৎলে!! ... ... ... ... য়ায়া থোকব্রে। য়ায়া লৈব্রে!! অসিবু চৎনবীরা? বারবনা মচাবু নিঙবা অশেংবা মপাগী মতৌ লৈখি। অদুনা মচা হুগায়ুনসু লান্দবা মপা কংজখিবনি। বাবরগুম্বা অদুগা সীতাগুম্বী হৌজিকসু লৈতবা নত্তে। অদুবু, অয়ানবনা চিংদুনা পুথিবনা চাদা মরিকুতরা মতা ওইরে। মখোয়না লাম্না হুরায়া হুনবা মরূপগী

মীওইরকপশিংনা মিংগোৎদা মপা ওইবশিংবু য়েক্লবগুম খনবদি, অদুগা ময়ামদা মচা পোকপশিংবু সুংশিদবদি, মশানা তারবা নত্রা? মতাং অসিদা মমাদনা মপা মশক খঙই হায়নহু নিঙ-শিংবা য়াই। লমচং শাঙ্গং চুম্নবা পলেম পহৌ ওইবশিং কাওনা মপারি মমোম তানবদা পুক্নিং শয়া মকৈ অমকাওবা থেম্নহৈদবনি। কাংগুমবা হেক থেম্নখিবদা মরক্তুদগী মীওইরক-তুনা তাইবং মীরক্তা তিল্লবহুনা মমা মপা ওইবা অনিগী মকমদা উৎলবা সুংশিবহু শোয়দনা থেম্নগনি। মসি কাওবা নৈবনি।

অদুগা সুপা ওইবনা সুপীবু হম্বনা খনবনা, খরনা অমত্তগী মপু ওইনদনা অনি নত্রগা মসিদগী হেনবা মশাংগী মপু ওই-নরি। মসিমক্লম্ন মীওইবগী মরক্তা লানকম কয়া কয়া লৈহল্লে। অমত্তগী মচাশিংমকম্ন লাক্লবা ওয়ত্রিবনি। অদুগা, মচাশিংবু লাক্লবা, য়ারক হাতেমববু ওম্লবদি অনি অহমগী মপু ওইনরবম্ন ওইজসহু হায়না খম্নবম্ন অচুম্বা ওইরোই। মসিদা, অসুমনা নিঙনবা অসিদা ঐখোয়গী লৈখা তানবগী মচাক্তি অহুম মরৈরে। অদুগা, পুক্সিগী মচা কৌবহু শুককং কংত্রিবা অদুগুম্বহুনদি অনি শুবী অমা পুশিঞ্জরকপদা কৈ হায়না খম্নবদি মফরি। মচা উত্রবা ফাওবদা "লাইবক্তা তম্নকপনি!" খন্দোক্তুনা পুক্সিসি হাঙনা অসুম লেনবনা কৈ নিঙনবা য়াওরিবনি। কয়াধ লুপ্লবা মখোয়গী য়াখল্লে।

অহুদগী, খরনা মচা মগু মরাং কায়না ফংলবশিং না লল

লৈথংলকপা অমন্থং তৌরিবা থবক চাওথংলকপগা লোয়ননা লোয়নবী মশীং হেনকংনবা শীনবসি তৌয়না থেংনরে। কয়াদা লেমজখিত্রবা মথোয়গী মতৌনো। অশোয়বা নত্রবদি মথোয়গী মচাক মরলছ শীজিন্নবা য়াত্রবরা?

অথেত্তবা জুমিদাংগী লম্বীদা ইবেয়াইমনা মশা হৈনিংত্রবা মচায়ু ওক্নবা পুস্তিবু চংহনখি। শঙ্খেম্বোং নাকা থেংনরে। লাক্লিবগী মশা ওসাইদগী হেন্না জুংতাইত্রে হায়বসি মরুপা থওলে। অদুবু, তাংবা-শকপদি অপনবা লৈতে। মমাইকগী থাবা মমা মচাগী পোশাকমচুগী মপাদা চংমিন্নরি। জুংলোয়-দগী পাড়ী তোংবা অহুম মরিথক্না মথোয়বু হেনকংনবা তৌরকই। ওমতক তৌবা লমদাংনি। মম্বিলা য়াওদবা পাড়ীনা মথোয়-নিদা হইনা হুই কৌবগুম লমজায়নবা থওজনকই, "হইত! হইত!" অদুদগী, অমুক "তাব! তাক!" মথা তারকই। অস্নয়া হইনা অদুগা তাকসি শোনবগী থোম্বোকুবনা মীবু থৈদোকহনগে থজিবা পাড়ীদা মশিলা পান্দবশিংসিবু কনানা য়ারকপিগনদগে? করে, মম্বিলা য়াওদবছ মীওইবগী শোয়বা হৌনঙা য়াওত্রগছু! "খিত চংচগে, লম্বী থরা পীবিয়ু!" হায়ব-সিমবৈদি হায়কনাত্রে থজি। হায়কদত্রা? মশিমকমু হায়জিংত্রবদি মথোয়সিদি মীহাৎমলক্তা মথোওনা কাওবা চথোকপা কত্রে। সিত্তবসিদ্দা মথৌচিনবা লম্বী চংপশিংবুন্ন অপনবা পীখিবনি। ময়ামগী শোয়েক মথোয়গী লেপকম কয়কখি। মশা মশাদা তোংনবা পাড়ী লনয়ায়দা কৈপাক কৈশা থবা চত্বা য়াওরিবনি।

ওন্থোক্না পেম্নত্রে মখোয়বু ! হৌগৎলক্লিবা অশুাংশা, তমগন্নুকো মখোয়গী মতৌ !!

ইবোয়াইমনা মশাগা লুংঙাইকাওবনে, মখোয়গী হৌন খঙদবা শারোলগুম্বা থোম্থোক্কুদা থোইনা খওইরুদে। অদুগা, তপনা থৈঙ্গনম্ন হেনকৎখি। মিৎনা মতৌ অমম্ন তুংদা লাকপা পাড়ৌগী মৈঙালদা উহৌরে। গাড়ী তোংবশিংদুগী মরক্তা লুপী অমা য়াওরি। মতোম্দা নক্না চৎমিন্নরিবা অমনা মনমদা য়েং থংবা খুৎনা নানখি। মরুপ অনিমক উহৌই।

ইবো—কনা কনানোনে মখোয়সিবু !! চাওখৎলেদকো, মরুপ !

পুন্জি—ঐদি খঙই ; ঙসাই ফীজং কুম্মৈ য়েংবা চৎমিন্নখিবনি। বীরচন্দ্রগা অদুগা ... ... ... ।

ইবো—ও ! ও। ... ... ... মথাদি তাবিদবনা করে। অহল লোয়নরবম্ন হক্তোইনরগদবীনি !

লুপীদু তরুবীনি। ইবোয়াইমনা, মপলনা মাগুম্বীবু খন্নিব-সিদা য়াথল লাম্বা কংখিদে। মরুপকী মমাংদা ইকাইরপম্ন তৌখি। অদুদগী, চৎনা কিথন কুম্মৈগী মরমগা মরী লৈনত্রে মখোয়গী য়ারী।

পুন্জি—মখোয় অসি 'সিনেমা' দা শিরগে খন্নবা তাকনি।

ইবো—শিম্ন শিরখিনি, মরুপ। মখোয়না অনংথা অহদি চাকতাঙ থা খঙবা লৈমরোই। অদুগা, মখোয়সিগুম্বা মচল মবুংশিংসিনা পরিক্ষাগী মতমদম্ন কওবা মথৈদ থোকহন্নিবনি।

য়াখল মউ কংহল্লে। লমচৎ মতৌ য়ালকল্লে। মতৌ লাইরেম্বীগী লৌবুক্তা লৌরোক থাবুং লাকপদা মখোয়না সুংশি সুংজোলগী লম্বী শেম্মরে।

পুক্সি—চৎনবী ওইরে, মতু, চাম্বা। কুম্মৈ য়েংলুরবস্থু অকুপমথৈদি কাউনরে। কন্তুবমথৈদ লৌশিন্নহুনা শান্দোরকলে মৌরিবা অভাংশিংগী মরক্তস্থু। মহুগী ফলনা কিগী মথৌ মপুঙ ফানা কাম্নহনল্লে। কিরিকপা, কিগৌবা, কিগক শেৎপী অহুপা কিদেক লিংপী য়াম্না থোরক্লে। স্কুল কাবদস্থু কুম্মৈ য়েংবা চৎনবগুমলে। করম থোক্লগনা !!

ইবো—লোইরবনি চাওখৎপনা। যুমগী মৌ ওইবীশিংগী মরক্তস্থু থাবাক কোম্না কিজেক্তবগী চৎনবা অমস্থু লাক্কদৌরমাল্লে। সুপাগা সুপীগা খেম্নবা লৈরবোই হায়বসি শেরাম্নবা লৌনরে। মপু মানা শেম্নকপদা খেম্নহল্লকপনা মরম কয়াদা খেম্নবা লৈনা হিংবা ভাই। নত্রবদি, য়াগী খুৎশেম কনানা ককলুগনি? ... ... ... লমচৎনা লৈথা ভারবদা ঐখোয়না করিদা কাদৌরিবা !!

মখোয়্নিগী য়াদা য়াদবা ভমদে রাগনবা ঐখোয়স্থু। সুপানা সুপীদবু হন্দুনা "সুপাবু সুপীনা মাঙহল্লি।" হায়বা অহুপা সুপীনস্থু সুপাদবু খাদহুনা "সুপীবু সুপানা ওৎ'লি।" খন্নবসিনা অকবা থোকহল্লোই। অমনা অমবু উশিন্তবা হৌনদে। অহুগা, তৌবদি, সুপা ওইবাশিংনা সুপীবু তক্তনা তুহৎলি হায়বসমদি য়ানিরবা য়াকম্নি। অহুগা, তৌজিকী 'সিনেমা' গী

অমোংপা কয়ানা ঐখোয়গী পুক্নিং নোংম নোংমগী মকহক্লে।
মীরোনচংপু, ঈশিং ঙুংশিং তোংঙানবা লৈপাক্নী হৌন-চংনবীবু,
পাম্না তম্লে।

হয়াউ ঈহৌ খোঙ্'ক্তি—'English' কী মহুৎ 'Hindi' সি।
অঙ্গবুনে, খোঙ্মদাননা তাম্লে 'Twist, Kissing' মীরোনচংপুদি।
খনবদা ওইরে খংঙোইসি থাঙমদবা পোংলুম অচৌবা!
হিংলোইরো 'cinema' ভারতকী থাবদা চংনরোল তোপতোপ্না?
মকহক্লে লমচং মিংশেল সীতা, সাবিত্রী, শাক্ন্'রীবু!
মাঙলগনি শাজং ঐখোয়গী লম্ভনবনা লাংকদবা মখোয়বু।
মীরম চংনবী 'Twist, Kissing' বু য়েংনরি 'পামই' 'পামদে।'
লাদোকসিদা চুনদবসি খন্না 'খঙ্-রাইদবা খম্নফদে।'
মীগী ফিজেৎ চংলবী চহি মশা' শিদবী
পাম্নবা খল্লবা তোদনা য়াংবা লৈত্রে রাখলসি!
ঈয়াংদা চংনদবা চংনবীনা ইরোনচং লৈখা তাহনবা,
ওইরোই তানবা অকনা নঙনা ফজবা পুরকপা॥

মখোয়নিনা কোঙ্গুং মমাং য়োরকপদা ঙুপা অমনা ইরো-
য়াইমগী মপাল শুনাপপু গাভীদা হাপ্পুনা পুখি। অঙ্গগা, "ঐগী
ইনাও শামুসনা তোগদবসি লুংগ্রম! মচানা গুসি তৌরিবসি
মপা মাগী অশোয়বননিদো!" হায়না মপম্না মুপাঙ্গদা তমখিব-
শুনই। করি খোদোক অনৌবা ওইরিগবা। মব হায়বতু থা-
দোকপ্রবনি। খোকঅবা অমদি তৌরম্লনি। ইংখোল চঙগনবা

শল লুকোকপী। য়াখোক য়াহৌগনবা নব।

মচাগী মবুক চপ চানা থওনবগীদমক্ত মরূপপু ওকহন-খিবনি। মখোয়নিনা লময়থাই য়ৌরক্লবদা পুন্সিনা তকশিল্লকপনা, অরেম্বা পাউখুম পাম্বনা, ইবোয়াইমনা চপ চাবা থওহনখ্রে, "মাবু, তাম্মা লৈহৌরিবী মাবু, থাদোকপা তারবদি থরায়স্থ থাদোকপা তাই!" হাইজিনখ্রে'। ইবোত্তোন ওসিস্থ ময়ুমদা হল্লক্কে। মশা হৈনিংদবা মচা অহনবু মমানা চাম্না ওকচখি। মনাও অমস্থং মচম্নস্থ মপানা চানবিথ্রবা মাবু উবদা হেম্না য়াজখি। হায়ধী অয়াবা ঈচাউ ঈকাখি। থেওলবা হুমিদাংগী পুংফমদা লাওতক্লবনা পম্রেপকম থওথ্রবী মমানা খুদক্তা চত্তুনা পুন্সিগী মফমদগী থওনিঙবা থওলুরে। কোক ভাওনা হল্লক্লে। মখোও মথুং শেংদোক্লবা ইবোয়াইমনা করিস্থ চাবা থকপা তৌদনা ফমুঃ চওনবা তৌখ্রে। মমানা মচাগী ওক্তা উরিক লুকুন উবা ফংবদা থম্নদি চাউথোকচবা পোকই। মাম্ন ওসিদি মথা ভাবা য়াহৈ অমত্ত হংবা-খোৎপা তৌদনা কমজংখ্রে। মচে ইবেমপিশক্লা মচা ওষদগী মৌপয়াগী মখোল তাহনা লাওতক্লনা হৌগৎলকই। অহুবু, মশাহ্ হৈনিংদষনা পোম্বানিওলে থওবনা অহুম হিপথহনখ্রে। মপানা মীয়ায়বিরবা মাগী থনবদা হৈনিং-থ্রবী মচেস্থ হজিন্দুনা ভুমকমদা হিপখ্রে।

লোইনা য়াতানখ্রে।

পূম্নমক হিপ্পথ্রবা মতমসিদা নহা ফুপা অনিথক ইবো-য়াইমবু খিয়কই। বার্ত্তোন তৌরবনি। হেলিম লুহোংগদৌরে।

মৌং হেক্ক ঙানবগা ঙারি। "তৌসিন্না, তৌগুমসিন্না।" রাখল অকা অকুপ্পক্নবগা থারকপনি। ইবোতোনগী থবক শূক্কম অত্থু-রাইদম্ব অনিসি অতৈগী তৌবদা য়োক্লরে। মচাবুস্থ মাম্নদবা, ক্বাওবু তিমদবা, মরূপকী লুহোংবদা লাকচল্লিংঙই হায়রবসি মপা ওইবনা খঙহৌরে। মাপী অশাউ মৈচাক্কা থাউ হৈখ্রে। "মসিবু কদোমদা তিনখিদৌরিবনো।"

লাক্লিবা অনিসি অমনা শৈলিমগী মরী খোকপা জলিননি; অমনা চৌলিক ডাক্তর মচা অমা ওইহনা থবক তৌরিবা, মরূপ মরীদা তিম্নরকপা, চন্দ্রকুমারনি। মখোয়নিসি লম্বাম লমদমস্থ য়োক্লরে। কাপ্রে হায়রবদগী ডাম্মরক্লুনা পীরম্লে। মশা জুংঙাইতে হায়বস্থ খঙব্রে। মমাদিশু খঙহল্লগা ইবোয়াইমা তূম্বা চঙ্খ্রে। মমাগী রাখলদি করিশু লূমখিদে।

ঙসাই, পুং অমূক্তা মতমদগী থম্না হেল্লপ্রা চখংলগা, ইবো-য়াইম্না হন্নাদগী কুম্লমদাই অহুরাইদা, কৈথেল মপীদা নমজা নমথেক্লবা, হাংপা তুম্না ঙর্থাশিংনা লালহৌ অমা খোকহনখি। চিদাই ওইরপ ডাবা ফিরোনকম অমদনি। মকমসিদা মীকত্ত অনিখক খঙহৌদনা খোঙদারে। ফিয়োল্লিবা মীরম মচা অনিনা ঙসিগী খোয়োই খোঙখিংবা খেঙবোকখ্রে। খঙন চায়দবা চঙ্-লাক্লিবা অনিহুগা লমজিংবহুনা চাননা হংলরে। জুংইনবনা জুংদা ডাবমমক তৌরি। মীরৈবাক মচা অনিহু কত্তবা থম্বা তৌখ্রি। নৈবাকপোকপনি মুমিংসি। অহুমক ওইরবস্থ মতম্না খোঙ লোখি।

লমজিংবা—নখোয়গী অসিদা য়াম্না কবা কি, ফুরিৎ খো-ঙগ্রাউ তূবা য়াবা লৈত্রা? মচুদি ইয়া য়াগনি।

১বা কিয়োনবা—লৈ; কাবক কবনি।

লম—করে, ঐখোয়নিগী উপ্পবা লিৎনবা অনি অনি ওক্সবা পীরো। খীল্লু খেঙলে। লমন্থ লাপ্পি।

মখোয়নিমক শরুক মরিগী অহুম খিংগ্রবা খোঙলোমদা কিরুপ কিরুপ তুংহমন্থ য়েংলি। মপু অমত্তুনা মথং পোৎশিং কনবা কিপোন খরা হরাউ হরাউ পুখোয়কই। মখোয়নিনা পাম্বা ঙাক্তুনি।

২বা কি—মখোয়'স য়েংবিয়ু। অত্তুগা, অপাম পামদ ... ।

লম—এ! হেক্ত ককউ। মথা ভাদবা করে। মমলদি অখোকপত্তুদ হায়য়ু। চোপকদবা নত্তে।

১বা কি—অহুবু, পোৎসি যুম্না য়েংবিয়গা, মমল ঙাংনবন-চিংবা তৌরগা লৌবিনিঙবা ... ... ।

তুংইনবা—অহুবু হায়বা, করুবা তৌরো; থল্লগুমসি। অমদগী কোক কক্লো! অত্তুগা, অভাবত্তু হায়যু!

লম—তৌরো, তৌরো!

য়োম্লিবনা চিংনরপ তৌনা অনিগী অনিঙবা থুংহনখ্রে। মমলগী মতাংদা মফমত্তু লানফম ওইখ্রে। মাঙ থারকপা অত্তুনা অককপা কিত্তু থংপায় পায়শিল্লগা কিপ্পুংদগী মোংখৈ মচা অমা পুখোয়ক্কুনা কীবুশিংত্তুবু কিতল্লক্লে। তুংথংলকপত্তুসু শাগোমবা থাঙ মচা লৌখোক্লগা মকোকী মতেং পাংখ্রে।

মুন্দুনা কংলিবা ফিহুগী অতুমনস্থ তাল্লক্লে। মমুংগী মতৌসি মপান্দা থঙনখ্রি। কিবা য়ৌরে য়োল্লিবশিংছু। হিংবু হিংহৌ-রবদি খন্দুনা লুপা ৫০ অমস্থ লাম্থোরক্লে। তৌঙবশিংহুনা লাক্লপা মায়রৈদনা তুংহন খোঙচত্তা খোঙ তম্মরি। পাম্নরিবা খুৎলাইশিংহু হাম্নদগী হেম্না মমিৎ শিংনা শেম্নখ্রে। তাইবংদা মঙলাক্লরবা কিয়োনবশিংহুনা "লাকচমনবদি থোক্লেকো!" খম্না 'তাপ' পায়হুনা 'গ্রোং' লংশিনবা ম্নাবা পোৎ, হাইকেৎ হাই-কেৎ য়েংনহুনা, খিনিংলকপা উবদা থঙহল্লকই।

লম—নপন্বায় খুংশিজরবদি লেঙপস্থু খোঙকম। হোংপস্থু খুৎকম!! নত্রবদি, নখোয়গী মোংকম অসিদা!!

তুং—নচীন নরৈ কাজিল্লু! শোম্নকাও মপুঙ কাহনপস্থু!!
লোকচাউদা কৈজাউ ওক্লবগুম্বা অনিহু লক্লিদা লৈরে।

অহুবু, মখোয়গী মায়খোঙদা মপুক্লিংগী হয়াউ মমি তারব-গুমই। করম্না? মখোয়াননা কত্তবা থবকী গুন্দবা লম্বীদা, থকী থাংমৈ মঙান্দা হৈনবা হুরাল লমস্থ মাঙখ্রবনা, মুক্লকপ-শিংস্থু পায়হুনা মা মাহুনা হন্দোরকপদা মমুং মপাল খেংনকম খোঙজিন্দা মখুৎ মথুত্তগী খুৎলাইশিংহু থম্বখ্রে। মমুংগী মপাঙ্গল শোল্লবা অনিহুস্থু লেঙবা তৌখিদে। কত্রবা অনিনা থংবা, ফিবা য়োৌনা লৈশোকে তৌবদা, মীচম ফিজেৎনদবা, মপান্দুগী মপাঙ্গল করবা হুপা তরামুক চংলক্লুনা মখোয়নিগী মখুৎ কায়গা ফিনা মমায় মমায় কুপশিল্লরে! মমিৎ মখৌ তৌহন্দনা লাকলুবশিংহু পীহল্লম্নগা থাহুনা লৈরিবা গাড়ীদা হাপুনা পুনবা

তৌত্রে। নোংমৈ পায়বা নবনি ; বাঙ পাববা খোঙনি। তাঞ্জিবা খুংলাকশিংস্থগা লোয়ননা মখোয়নিবু কৈবেল শঙবঞ্জিনা ওয়ংশিন্দুনা, ঈনবগা চিংবগা, খুদোল লৈতাহন্দ্রবমখৈ পুখোরকলে। লুশম কুয়োল হুরে! খুজেং মৈকম ওরে! রাথেং পায়দবা পোংয়োনবা অমিহুনা খোক্তবিবা অচুম্বদমক খিগংলবাশিংদা তমখি। মখোয়নিনা অনিঙবু কজনা রায়কলুনি থত্তবনা অতেবা রাকং "কিসিদি কিবুমদগী ককত্রবনি। মসিমক লৈবা লাকত্রবদি মাঙলগনি।" হায়বা—আসনচিংবসি পামখিত্রে। মখোয়নিগা ময়ামহুগা কায়নরে।

চৌক্লক্লে লমদা থাগী কিজেং লৈতেংগী পোংকমশিংমু। মপানগী অথেঙবা নহাক্লী পুক্লিংবুদি লাঙচাক্ল থাবুম তান্নবী থাজগী মঙালনা! কুমগী ঈয়াং ঈহোনা ঈংহত্রে মখোয়গী থম্মোই। অহুগা, ফজবা মশক থঙদবশিংগী চুমদবা খোদোকনা মতমসিদা ময়াল লৈতবা মী থয়বুম্ব লাক্লি। টম্বোয়াইমনা হেলিমগী বার্তোন কংহুনা কমুং হয়া চঙহুনা ফুমত্রবা ফুংদা ফুপা অমথক্লা অমুক মমাবু হোদোক্লে। টকিং কিহ্লে। অহুগা, মা হৌনা হোদোকপদি পায়দবগুমই।

ফুপা—টবেয়াটমা! টবেয়াটমা!!

হোদোকপা রাদে। রাথমা মথঙ মহা টচোই চোইনা তুহনা অনিগুবদা খুম্নকই। খোনকাও থঙবগুমই।

টবে—ও, কনানো? টতৈবা?

ফুপা—মালি, ঐনি। খোয়কউ। নখোন্দি খোকখিহু।

থোরক্লে। তপ্পা হংলকই মরম। থরা কল্লপ ঙাংনরক-ফাওবদা কনাগুম্ব তাররোইদবা মতাংনি। মুপাসি গুলাপনি। ইবোম্ভোনবু খিরকপনি। মপা শ'মুম্ব লৈতবনি। নববু ফাহনা পুখিবা অদু মপল অসিনা উহৌই। ওসাই মানা মুপা অমগী একাগাড়ীদা তোংহনা ঙাংখিবত্তু নিঙাশিংলক্লে। য়ারবদি, মন্নুংগী মরম পুখা থওনবা মমা শাজোবীনা মতৈ অহনবু ইবোম্ভোন কৌহল্লবনি। লৈতে। হনবা তারে।

গুলাপ—থত্ত্রে, ইবেম্মা। ঐগী ইনা অসিদা মসিগু-মখিদ থোক্কনবা কয়া কয়া হায়ত্রবনি। হৌজিক করম তৌ-দৌরিবা।

ইবে—থত্তে হায়রত্থনি, ইতৈ। কত্তবা তাত্রগা য়েত্রবা, অফবা খুদগা পীথোক্লদবা হায়বসি অওইবা ওইরগম্বু মীনা ফত্তবদি ফগদবনি। নত্তবনিনা, লাপ্পা অদুম য়াহৌবদা তারে, ইতৈ। মপা লৈরবদি অদুম চংশা তাবনি। ইতৈ, ঐদি তশেংনা হায়গনি—ইচেনা পোকপা ওইরগম্বু মুংশিবা মরীক অমত্তম্বু মশাদা পক্লে! ইতৈনদি য়ারৌবিরব্রা?

গুলা—ও, ইবেম্মা মত্থগী য়াদি হায়রম্থ! কারত্রে, হয়রগে। মপা লাক্লগা থোক্লবা তৌজবা হায়বত্থনি। ঐ চংলে।

ইবে—হনবিয়ো, ইতৈ।

নববু কনানম্বু তারকবা তৌত্রে। অশোমদা য়াথল লম-কাংবা তোক্কনা ইবেম্বাইমা মচাগী ওইবদা থম্মা অমুক হিপ-কমদা চংখ্রে। থোম্বগীদি য়াবিনবা লৈতবনা অহগী অক্ষ মঙায়রে।

নোং ঙান্নে। ইবোয়াইমগী হকচাংহ মরুপকী লুহোংবা য়াওনিংবগী য়াখলদনা ফনা য়ায়া কহনদ্রে। অয়ুক্কী হৌনবা হকচাং শেংদোক-খোঙ্ঘোকপগী থবক হৌদ্রে। ইংখোল কোয়না চত্তুনা মতমগী মনা মশাংস্থ শ্লৈংলি। মানা হুনবা থাবগুম ফম্ভে। ফদিগোম, পাখোল, তীলহৌদি মমানা মখোঙ তরু তরু হৌহল্লি। মপাগী মপাল তাংহুনা হুনবা হয়াঈ মঙল অহুগা অমুবীগী পাম্বীশিংদি মচা ওইবগী মশক উবদা উৎচ-নিংদ্রে মতৌ। কোবী পাম্বী তয়ামতা তরুক্কুম্বা হৌবা মনিঙগী লমচেৎ য়ৌরক্লে। ওম্থোকপা হায়বা অহুনি। পাম্বী মঙা ফুকল্লে! "থেকখি লেনখিবা ওইরবদি করিস্থ থন্দবা য়াবনি! ফৎখিদ্রবা অঙাংশিংনা অসিগুম্বা ফত্তবসি তৌরম্বনি!" থম্মা লৈপল শম্বল য়েংলক্লে। মাগী মতুংদা, মানা য়োকচরকপা তাইরেন পাম্বী পুংককপা অমগা শিলৈমা অচৌবা অমগা মপানা য়াম্থক্তুনা শাং ওইনরম্মে। মুংঙাইক্রে। মাঙববুদি নম্ভে। অহুদা, অহল য়াখল য়াংলি হায়বনি।

অহুদগী, মপু লৈতবা ইংখোলগা মখোয়গীগা মরক্তা লৈবা খোংবাল লুনা তৌথোক্তুনা মখোয়গী ইংখোলমুংগী অকুংপা ফুমরম্মে। তোম্থোইস্থ মসি, লমহাংসিদনা থনবনা, থঙাখ। শেনগী মতাংদগী মবুক শেংনা থঙপ্রবা মানা মতমহুদা থনখি,

"তাদা ইবোতোনসি অশি অনাগী পোদোকশিংদি চাউনা হৌদ্রুনা কংলি। অদুগা, মীগীদি ফনবা ইয়েং য়েংদবা মীদানিকো। মাগা মথাগী মীওইশিংগা খেন্নবসি অহিংগা মুংথিনগা খেন্নব-গুমই।"

ঙসিসি মশান্না চপ চানা মুংঙাইরবা অদুগা থবক শংলবদি, মখোঙ লৈবাক য়াংলবা য়াপল মচাদু মখোঙ শেম্নমগদবনি। অদুবু, থনবদ মঙায়দৌরমাগে। · কৌক্রু চুথেক য়োয়কপদা কোবী মনা তায়স্মী। থিংরবা শঙ্কল ফাওজিন্দুনা ইচম-চমদবা অঙাংশিংনা কোয়খিবনি। কোয়না চংলবা তুংদা, মরাইবক খীরবী মচেগী নাকুা চঙদুনা মমাক পিশক্কু পয়গা কপমিন্নদুনা য়ারী শাখি।

অয়ুকী মপৌ লোইদুনা হাঙলবা মাগী পুক্তা লায়না তুম্বা য়াবা কবোক থরা হান্না তাহন্নগা ঙরাংগী হিদাকতু অমূক চাগে। ঈশিংনচিংবা অঈংবা মহী-মনাই য়ান্না মরাং কায়না থক্লগা ঙন্নপ্পা লুহোংকমদা থুংলুনবা খোরাং তৌগে। চাক্কি মুমিদাং খিন্নং চারবা য়াই থনবনা মমাদা মরোল থঙ-হন্নমগা চংগে। মচাবু মানা, ঙসিসি করিগুম্বা মশা মপুঙ ফানা মুংঙাইরবদি, অথেঙবা অহিংগী মীখোন থোরক্রবা মতাংদা ফোঙবা য়াবা য়াঙাংদা মতুং ঈচেল চপ চানা মশামক্তা থঙলগে থন্না য়েংদুনা লৈহৌরে। মপাম্ব লাকনি খল্লি। মাদি মুমি-দাংবাইরম থুংলবা য়াই।

মচে ইবেমপিশক্কম্বু ইবোয়াইনবু হায়দগী হেন্না নিঙগে।

অসুম মওইরে হায়নিংঙাই লৈতে মীওইবা! অকে অয়েী রাখল থাগ্রে য়চেসি। অকা অপুন নংগ্রে। অদুবু, মপা য়ুমুরেম্না মাবু লৈশাবীগী পুক্লিদগী হেন্না য়াংনা লেপ্পবা তঙনা হায়রি। ফিয়োন খুদিংদা থন্না থন্না কংজবা অত্তু ভুংহনগে হায়রদে। লোইনা তুমহল্লি। অদুবু, মপাগী রাদা মপুক্লিং চঙদবা হৌরে মান্নু। অদুগা, লোয়নবা কন্তবা কাংহুনা কনাগুম্বীনা য়ুম্বাল পুক্লিবু থীবা উবদা মাদি মপামদা মপুক্লি লোয়্রগে থরে।

হেলিমগী য়ুম য়েৌত্রিঙৈদা লম্বীদা ইবোয়াইমনা "হোরেলসি লীক অমতাগা লৈখিবা তারি। হয়েংসি পীক্লগে মখুত্তা। মীপ্প পায়া শিনৈ। তৌববুদি, অরৈবনি হায়না নোক্লবস্তু লৈগনি। অদুবু, কুমগী কুমৈ নংহনবা তারবদি মসিগুম্বা মী-নোকসি তাশিন উশিন্নদবা হায়হুনি," থল্লি। মরুপকী য়ুমদা থুংলে। থোক্লপদবা থৌরম পরেং ঙাইহনা লৈগ্রে।

মুংখিল মমৈ ওইরুকপদা অকম্বেমগী চাউবা ইবোতোম্বী মতুংদা ময়ুমদা লাক্লে। শোয়গত্রা হাম্বনা লাকপনি। ওসি হয়েংসিগী মমুংসিদা লুপা ২৮০হু, মথোইদি থাবু থায়রোই, কংকম থোক্লবনি। হংচিং ঈরাইসি মৈথাবা লুমিৎনি। লুপা মশাস্থ উমদবনা শাউবমা রা রাম্না ঙাংলমদে। "ঐ লাক্লম্বী হায়বু," থওহল্লমগা ইশুক তরা হনগ্রে।

ইকোম কোম্বদনা ইবোতোনম্ব থুংলরে। মখুত্তা লুপা ১০০ মুক্তি পায়রকই। অরাম খোরাংবা ফাওত্রি থওবনা চাউবগী রা তাহল্লে। "কৌ থন্না লৈরিবসি তাইরগা শিংদোকখিবা তারে।

হৌজিক কোং কাবা ভারি। পোং ৬। ৭ ডাক্টরগা পুরক্লিবা অসিগা পূন্নগা শিংবা হেন্দোক্লা কোম্নগনি। অদুবু, লাক্লিবা কালেনগী পানথংলকপা অসিদা ইচা অনিগী লায়মিং লৌবগী খৌরম অমম্তু লৈরি। অদুনা, পুরক্লিবসিদগী শরদি থাইদোক-তুনা থম্বা হৌবনা ফরবনি। ... ... ... ঙাইথো, মাবু ঙরাং লাকপগী মতৌ মাল্লি। লাকপ্রা?"

ইবে—লাকই। মশাদি হৈনিংখিদে।

ইবো—কদাইদা চংশ্রিম্বা তৌজক্লা?

ইবে—লুতোংবা অম্মা চংখি।

ইবো—উম, ঐ লোইনা থঙলে। অদুগা, করি কন্নম্বা থঙলবগে মঙোন্দগী?

ইবেম্চাইমা শোর মপী হোল্লি। য়ুমগী অঙাংশিংদি অমত্ত লৈতে। অম্বাবা খোম্থোক্লা কিনা ভমজরকই।

ইবে—মক্লপকী মচান্দগী পাউনদি মপুক্লিং হোংলোই হায়বাসি থহল্লি। অদুবু, তাংদাংবা ওইবদি ইশানক্লা থঙগে থাল্লি। ঙসি মুমদাংসি ফংনবা লাক্লরগে।

ইবো—উম! উম! তৌ! তৌ! করিগুম্বা ঐবু মপুঙ ফানা শাউহল্লবদি ইমুংসি মথক মথা ওনগনিকো! মথল মথল তৌদোরিকো! চেকশিন্নু! চেকশিন্নু! ... ... ... মঙী হায়বা অদুমনা শিথ্রবা জাংলা? লুংঙাইফম লৈতেদা!!

মখোয়নিমক কৌ থাইনবা তৌংগ্রে। জুমিং তাগ্রিঙৈদা লোইনবা হোংনদুনা পোং তরেংলোম থাইগ্রে।

য়াচঙবদা, মিংচৎ থীবনা হায়া ঙুংথিলদগী ময়বা শাজৌ-বীথোয়গী ইমুংদা শামুনা তরাংগী অপাম্বী পুহনা চৎথিবগী পাউহ থুংলবদা পুম্মক্কী পুক্সিং পুংমম ময়ঞ্জে। অহুগা, তরুবীনা ইবোয়াইমবু মা মশামক্তা য়াহৌহনা মপুক্সিং চিংশিনবা পাম্মি। হৌজিক শামুনা ওইরিবা মঙৎ অসিদা তরুবী মশা য়ামা ভেক্লে। অহুদগী, নব থোম্বথোয়নশু লুপা ৫০০ | ৫০০ কোংবগী মথক্তা থাবুম ৬ | ৬ কী কৈত্তম শঙ পুন্সি কংবা তারি।

লুহোংকমদগী কৈথেল অচৌবরোমদা চাইঞ্জে ইবোয়াইমা। মথক থোংবা মৈতৈ মচা কয়াগা চাবা থকপা য়াবা চারক থক্লকপনা মা থোইদোক্না চোকথবা তৌদে। লুপা তরামঙা পীহনা মতমগী কুম্মৈ কৈথেলদগী লীক অমা লৈরগা ময়ুম মায়দৈগ পাংলক্লে। ময়ুমগী মীশিংনা উদনবা চেকশিন্না য়োম-জরে। লম্বীদা "অহিং অসিদংদি নং লোৎলুকো!" শোঞ্জহনা চৎপা হৌরে অমুক।

কৈথেল মচান্দা মীকি লাইকিদবী তরুবী থেংনরে। ঙকই। থৈনবা হোংনবদা হোৎচিন্নকই। মুমিদাংনা মাবু মথৌনা হাম্মিঞে।

তরুবী—এ! তামো, হনবিরব্রা?

ইবো—করিগীনো, মেম্মা?

তরুবী—কি অমত্ত লৈবা য়াওবিরম্মু, তামো। কনাম্বু য়াওরক্তে। অহুনা, য়ুম য়ৌনবন্মু থিনবিরম্মু।

ইবো—ইহে। মেম্মা, ইবুংদি হকচাংসু ঙমদেনে। নং শ্যাউম্নুকো। মী অতৈ থিরো।

তম্বী—নচলনা ঙায়বা ভাবিদ্রে, ভামো? খঙলে। কনা নত্তে হায়জবনি! ইকাইবা পীবিদবা কবনিকো।

ইবো—হয়। মা মথা তারম্নু ইবেম্মা। অহুম লৈবী-হৌরো। অহুগা, অহুম হনবিরক্লো।

তম্বী—মুপীমচা ইভোমদ হনবম্নু কিজৈ হায়জবনি! য়াবিদ্রে?

ইবো—ইচলনা কনাবু কিরিবগে? ঐবু থাম্বিরম্নু।

চৎখ্রে। য়ারৌরে! থানা য়েংহুনা লৈহৌরে! মা কি লৈপদবম্নু লৈভবনি। মভোমদ হনবম্নু কিবী নত্তে। ভৌগম্বী ওইবনা মাবু কাগে থৌরাংবনি। অহুবু, নিঙবা কায়রে! কমক মৈশা লাংলকপীদো ইকাই মৈরক্কা ভারে। লমন খুমগে খনখ্রে। "কৈ। কৈ! নংগী মুংঙাইবা অমত পীরোই! নংনা কনাঙম্বীগা পূনশ্রবম্নু নংগা মাগা কায়নহনগনি! অহুগা, নভোমদ পুক্তি লেনবম্নু ঐনা লৈরিবমথৈদি ওইথোক্লোই!" নিঙবা কায়রবীহুনা অতৈদা হাইদোকপম্নু ভৌদনা, হন্না থাকমদা থৈজিন্দুনা লৈখ্রে।

ইবেয়াইমনা মপাগী চাকওন লাওহুনা পীজখ্রে। মপা ঙম্না কমুং চওখ্রবনি। মচাম্নু চথোক্নবা হজিল্লক্লে। মা চাক্তি চাত্র-বম্নু য়ারবনি। অহুবু, মমানা মনাও অমম্নুং মচে মচলশিংগা লোয়ননা খন্না চানবা ভকশিন্নকপনা চাবা ভারে। অহুনা,

মকি হোংলগা মাগী চাককমদা কমখ্রে। হাপলগা চাক লোইদনা তোকখ্রে। হয়েং তাইনবা থমলিবা কৌহ্ন উবদা হংলকই। মমানা লোইনা লৌহনা থগুহল্লে। মাগীস্তু রাম্রী মখেদা হয়েং চৎকনি হায়রবসি তমখ্রে।

মপাগী মতুংদা মাস্তু কমুংদা চঙনিঙলে। মশাঙ্গচাক চথোম থরা চাশিল্লুবদগী, হাম্নগী থুংঙাইরবত্থ মাঙখিবগুম তোরে। কম্ররগা হিপথখ্রে। মানা তুমথবা হোরকপদা ইমুংগী মী অতৈস্তু স্থমিদাং কমজংলমদাইগী থবক পুথা লোইনরে। লোইনা অহিংগী থোঁদা ইনখ্রে। মমা ওইবীদি হংনিংবা রাকমদা থন্দুনা হিপ্নে।

পুম্নমক্ক মপুঙ কাবা য়াঙা কংনজবদা মচা নিপা অহনগী কাদা মমানা শোৎ-পেক থোক্তবা থোঙথাংদা চঙলক্লে। মানা মচাগী কম্মাং য়োবমক্তদা অস্নুমা তাথি, "ইশ! অয়ো! অয়ো!" মা হল্লিন্দুনা ঙমজ্রবগুমই। সুতাং পুম্নমকস্ত পুমচিক চীকপগুম তোরে। লাঙতক্লনা হংখে।

মমা—ইবুংঙো, নংবু অমুক ঙমজ্রবরা?

মচা—ইমা, থরা অমুক থুংঙাইত্রে। থোইদোকপদি তোরোই থল্লি।

মমা—ওস্থোকপনিদা। চাক্ত ঐনা চেক নমহুনা পীজক্লই। করম থোক্লগবা! নংবু, ইমাদা, তশেংনা ঙমজ্রবদি হায়য়ুনে।

মচা—ইমা, ঐহাক করিস্তু তোরোই। লোক্লনি।

মমানা মবুক্লিং থঙদবা য়াদে থম্না লেপ্পি। হংগোক্টৈজে। অহুপা, মচাগী পাউখুম খাজদবনা মচুবা অমম্থুং ময়াইবক পাম্নহনা য়েংলকই। 'শাম্নেদা!' হায়বদি খোক্কে। মখোঙ খুদোলম্থু হোইদে। মুংশা খীনিঙঙাক্ট লৈতে। হন্দোক্কুনা কমদ্রে। অথেম য়াহৈদা য়াকোক নাইবা য়াহং হৌদ্রে।

মমা—ইমাগী য়াখল পূম্নক্কী তুংনকম ওইরিবা! নংবু ইমাগী চাইখোক্লবা, পুক্লিংগী পোরম মাঙলবা পোশিংসি পূনশিন্নুবা অমুক্ত। নপাগী মীচৈদা মীওইনিংদ্রে ইমা।

মচা—ইমা, চুমথোকপিয়ু নচাবু! থঙহনবিয়ু ইপাগী অপাম্বা।

মমা—নংবু নপানা শাউবা পম্থুং য়ৌদ্রিবসি থঙদ্রিবরা?

মচা—ইমা, পাবদা ঐ লানথ্রে। ইমাদম্থু কায়খ্রে। নচাবু ঙাকপিয়ু! তাবিরোইদ্রা, ইমা?

মমা—হো। অহুনিদনা! ইচাগী পুক্লিং ওক্লেদনা। ঈচেল লেপলুরবী, নমা ওইবী ঐগী য়াখল ঈরমসি ঈহৌরে ইচাগী হোংলবা পুক্লিং খোঙচম্বা। পেলে!! তুজুং পিহৌরে!

মচা—ইমা, শোয়রে য়াম্থু! য়ারৌবা তোকপিরো। লেপনাইদনা তাম্না চেম্থপ্রবা নচাগী নিঙজবা অসিদি হৌরকপদা হৌনবা নত্তবনা, পলেম নকমদা তাকচরমদ্রে! পম্থৌ মকাদা থঙহজরমদ্রে। নচানা কায়খিবা পূম্বা ঙাকপিগনি থৈজ্রে।

মমা—ইশ। অহুদি নংবু চঙহন্দবা তারবা নপানা। ইবোয়াইমা কপ্পিং খোম্থাংদা হৌরপ খুন্নকই।

মচা—চঙজরক্লোই, ইমা! (কপ্পি)।

মমা—ইবোম্মাইমা !! ( মপি খাৎ্না গুমথিদ্রে ) মহুগুম্বহু হম্না হায়গনু !

ময়েক কায়রবা মমাগী খাইহ্ থম্নসিদা মচাম্বু হেম্না নৌরে মবুক। মাম্নবা খোম্থোক্না থুম্রকই অমুক।

মচা—ঐনা ইপাগী য়ুমসি মকহনবা পামদবদগী পনবনি ইমা !

মমা—অস্তুদি, নংদি ঐখোয়বু হদ্দোক্লগে খল্লেনেকো ?

মচা—মহুদি অনিরক গুনা তাহনবিগম্নু, ইমা ! নচা ঐনা লম্বীগী উথাদা লৈরগা মাপেম লৈশা ফক্ত্রনা চারবস্থু লাই-গুইবা নখোয়গী সেবাদি ফংজগে খল্লি। অহুগা, হৌজিকমক ঐবু ইস্থোকপিবা তারবস্নু চৎচগ্রগে, ইমা। অহুগা, ইনাও ইচল অনিগী মক্ল মক্ল গুইবা খৌদোকশিংদদি পাউদ গুইরনম্নু তাজগে। মসিম্নু ইপানা কক্তগ্রদরা ?

মমা—অহুবু হায়বা হৌনত্রা ? নপাম্থু মীনি ! খনগনু মহুগুম্বহু !

মমাগী নমগী ফিদোন পিনা লুপলে ! মচাগী মেন-থুমম্নু অহু মস্তায়রে !!

মচা—ইমা ! ঐগী ইপাদি অইত্তবু তাখিবা অহাম্ন। নচানা থাজবা গুমজদে ইমাগী খাহু ; খারৌবিম্নু !

মমানা মচাগী খাসি তারগা "চুমদি চুম্মিসে !" খনখি। অহুনা খাজবা য়োরে। অহুবু, "সিদগী হেম্না খাবস্নু নংনৈদনা !!"

খংহল্লনা অল্লাবা খল্লা কোক্লবদা নিংখিনা হিল্লবা হাল্লরল্লগা মকাদা চত্তরে।

নোংল্লাই চবুক হেল্লকপদা ইবোয়াইমগী মশা থাঙ্গ শেংনা সুংঙাইরে। তোম্বীনা মিকপ থোক্লকপদা ময়াম্বগী য়াওন না-হেখোন তারে। হংলরে।

তোম্বী—তাচৌ, অমুক শুমত্রবরা ?

ইবো—ইবুংঙো, ইয়াম্বগী হকচাংসি ওরাংদগী হেল্লা সুংঙাই-তবগুম তৌই। খত্তদে তৌরিবসি।

তোম্বী—লোক খুল্লাই ওইগত্রা খঙ্গে ননাওদি। তাচৌগীদা চাবা য়াবা হিদাক লৈত্রবরা ?

ইবো—লৈ। অত্তদা, হংগোইরেনে চাগদবা। হায়রিবা লায়নাহুননি হায়বদি চুল্লে। অহুবু, নোং ঙাল্লগা ফগদবা য়েংবা তারে।

ইমুংগী মী পূল্লক মথৌল্লনিগী থোম্হোক্লা তুমকমদগী থোক্লরক্লে। পীক্লিবা কুমাল্লমক তুম্বা য়াত্রে। ঈল্লাঙ লাঙত্রে। অহুবু, মপুবোক ইগোতোল্দি তানা তানা তুমশিন্নহুনা লৈরে। তুমদবা মাগী মবুক্লা রাথল অসি পোকল্লে, "মরুপ চাল্লবগী লুহোংফমদা পঙচা ঢারকপদগী তৌরিবনিদা!" ফুংশিবিদবা থেংলে। মা, অওইবদি, মল্লামদগী করিস্থু হেল্লা চারক্লে। লৈবাক্লা ফংনখিবা অত্তদনি মাগী অচা অথকস্থু। মপানা মবুক পেল্লবদগী পঙথন খজবা হাল্লহুনি।

অহিং পুংকম লোইশিল্লক্লে। নোংপোক মায়গৈদা অঙান-বনা অময়া ভানবা হৌরক্লে। মথং মথং ঙাল্লক্লে। পূমঙান ঙাল্লে। ইবোয়াইমা অনাবা হায়বা অহুমক ওইরে। চন্দ্রকুমার হায়বহুমক কৌহুনা য়েংহনবা য়াবনি। অহুবু, মপাবু কিজবনা ওক্লোইদৌরি। মাদি কায়দবা মীমু নত্তে। অহুম ওইনমক, মনিঙ ভৌবা ঙমদে। অহুগা, মা য়ামত্রবদা মরি মঙানিদি হিল্লা ভারি।

অমুক্তী অচীকপা পুক্নি মপান্দা মমানা মচাশী মবুকথোক্তু মপাদা ভমপ্রে। যুম্নুরেনগী মচীন্দা ভোংপ্রে বাহৈশিংসি, "ইবে-য়াইমা! নংগী নচাসে, ইমুংসিদা চঙহল্লমু। শল অনিহুমু লৌখৎলুরনি। লৌহুমু য়োল্লগা লমলাইরোমদা মহুৎ থিবা ভারে। মাগী মায়গৈরোমদা ইরৌ ইশীংকাও থল্লরোই। অহুগা শল অনিহুমু লৈগে হায়বা লাক্লবদি য়োনগনি। ৬০০/৭০০ তি শিংকনি। অহুনা নহা অনি অমুক লাঙনবা ভৌগনি। ঐনা অসুমা শূরগা মী অমা থমহুনা লৌ উহনগনি। মানা খোকপা ভৌরসনু মামু! অমা ওনগে ওল্লসনু, অমদা চঙগে চঙল্লসনু! ঈশ্বরনা থঙপ্রনি! চঙহল্লোইদবনি!!" চৈ চৈহুনা শুমাং য়োরক্লে। ভাবদা নাকোং মেন্দুনা খাঙনগদবা বাহৈশিংহু ভাবদা মমা ওইবীদি কোকথকী কোরৌহনবনা নৈয়বী ভনৌবী শীংজেল লৈবাকলৈঙমলে। মচে, মনাও অমসুং মচল লোইনমক অময়া অমগা মক্লবা শককমদা উনরে। মাদি ইমুংদা লৈবনা ভাখিদে।

মপানা গুস্তানা চন্তুনা ঙাংনক্লবা শল গাড়ী পুরক্তুনা

ঙরাংগী কৌশিংহু হাপকত্তুনা লমলোঙ কৈথেল কৌদাইকথদা পুনবা শীনখ্রে। মথাবুস্থ মতুং ইলহল্লি। হল্লক্লগা মচাগী লৌউকমদগী মশল পাবোত্তু, লৌথংলু:দৌরিবনি। ... ... ... ময়াম্বা শামুগী রাধি হন্দক্তি ইবোত্তোম্মা মাগী ইমুংদা পুশিল্লক্তে। মচা নবগী রাস্থ কয়া রাওইদবগুম তৌখ্রে। মানা করি তৌরুনি ?

ইবোয়াইম্মা ঙরাংগী লৌক অহু য়েংলগা "থ্রৈনা হায়রম্বা তৌরম্বা পূম্বা মানা 'থাদোক্রুমদাইগী থাক্তহল্লম্বা মতৌ ঙাক্তনি,' থল্লম্লনিদকো।" থম্মা নৈখ্রে। চিংনবগী য়াংলবা থাক য়ৌখ্রে থাবা "পাথং মাগী পিরাংশিম্লবা কায়ন রাহৈ লশিং মকোল-লক্তা থাক্লম্নে নমথাক শৌ।" য়ুখ্রে উনৌ থাদা থাজদবা তিংথংনা। মাবু চাজবশিংনস্থ মাগীদমক্ত মুংনাংনয়ে।

কৌদাইবা চৎখিবা অনিহু হল্লক্রে। লুপা ২৮০ য়োম পুরক্লে। ইবেয়াইমদা মুপীনি হায়হুনা লুপা ৮০ গুথদমক পায়হনখি। অহুগা, অয়াম্বা অহুনা মুপা ওক্তবা মানা লৌ-শিনখি। অরাধনি। ইবোত্তোনগী মথুং চনখিবা শেনয়ামহু তাহৌত্রা, শৎহৌত্রা অমা তৌরে। কংত্রে। চেৎনা হাপখি-দবদগীনি হায়বসি থঙলক্লে। হৌজিক করম তৌবা তারি। "শল অনিহু য়োল্লগা মীগী শেনসি শিংলগত্রা ?" মমায় অরাং ওম্মা মচুবা মেত্তুনা অশাবগুম কমলি। মাগী মথাগী মী পূম-বম্থ অয়ুকী চাক চানখিত্রে। মথোয়না অহন মাগী চগোম

চপোম্বা মতৌদগী মাওহৌবা পৈশানি ছায়বসি খঙহুনসু চীন খোক্লখিদে। ইবোয়াইমদি চাননা কপখি।

মুংখিল ওইরে। ইবোতোন মশল লৌখৎপা চৎরে। যৌহুনা পুরক্লে লীপক্লহুনা। য়েংনহৌই ওক্লা। মচাগী মুম-খংনবশিংদকাও খঙইল্লমদে। ইম্ফাল শঙ্কোলদা পুশিল্লক্লে শল লাবা অনিহু। কোথৈ ফত্তবা শঙ্গোলনি। কোম্বোং কল্লবা শনশঙনি। মচামা হায়রে, "পাব,, শঙ্গোলসি খরা শেমজিল্লগা পুনবিরবদি কগনি। অদুবু ওসিদি মুমিৎসু ফত্রবনা, শগোলশেন ওইবনা, মাসু মানবা হাত্রে। হয়েংদা তারমাক্লে।" মরা লৌবিত্রে। কন কবা ওইরবসু তারবোই খনক্লে। অদুনা, তুংকাও শন্দু অহুম পুনবদা তাক্লে। ইবোয়াইমনা হুবিখিনি খনবদগী মশা ওমদ ওমদনা মপান্দা লেকপা তাক্লে। মহুদসু মপানা মুংশিবিদে।

মাদি মীগী মুম শাবা অমুক চৎপা তারি। অদুবু, মাঙশংদি মাওখিবা তারি। তোক্লাউনা চিংহুনা খুজা অনি অহুম ইবোয়াইমগী নাক য়োরকই। মপাগী চান্দবা মতৌ উখদা কুইনা কক্লমদনা হনখি। থাবাদি ইবোয়াইমগী মশল পুখৎ-খিবগী পাউদা অতাওবীগী মওংদা লৈক্লে। হক্লকপগী মাথল মমঙদকাও মাঙক্লে। মরৌসু মশানা মাঙশং মহুংদা কোয়চেন চেন্দুনা য়োয়বা লাঙক্লে। মচাগী মশা হেক্সিল্লা ওমদবদি তৌক্লে। মশানা খঙজবা হিদাক-লাংখক্লনা মখায় পৈহনগদৌরে লায়মাহু। অদুবু, চাক মপুঙ কানা চাহুনা হায়তুব কমথা হোৎনবদা

মুমিং ৬ | ৭ মিদি চঙবা তারি। অতুগা, মমাগী রাখলনা অসিনি—মা মঙা তরুক্লিদংগা লৈবদা শোয়দনা মবুক ওলকল্লি। লৌশ্ন শলশ্ন অনিমক পীব্রবনিমা হান্নগী লৌকমদা চংখিদবা তাইদা !!

অঙবু, ইবোয়াইমদি মশল অতুগা মরৌ কায়নবদা খোইনা রাক্লি। মানা রাবাদ, মাবু নিডম্ববীনা মাবু 'লৌনষ্বনি !' খল-লমগনি হায়বসিদনি। থনষু খল্লিবনি। হোয়, মাষু মীনি। মবুক তোংলকপষু রারি। থঙ্ত্র। কুমনিঙগী কুম্মে অচৌবগী মতুং নোংমা নিনি কোম্বরগা পরী কম্বকপা। মরৌহ্ লীশীং ১৫ দমক শিতুনা য়োন্‌ল্লে। চাউবগী পৈশাহ্ হৌজিক মথোই চপ চানা হাপ্লিংল্লে। "মতুংদদি শুংনু পুবিল্লোই !" খন্না খিত্তমক হাপ্তুনা শিংল্লে। শেনবুগী মবুক মুংঙাইখিদে। মনুং লেল্লগা তৌবিমল কাউরবনি। লুপা লীশিং ১৩ রোম চঙনা, লমলাইরোমদা, শামুগীগা থংনবা শঙম অহুম লৌখায়রোম চাউবা লৌকম অমা অহুক লৌরে। অরেম্বনা ইবেমপিশকী মুম মচা অমা শাবদা অঙুগা তাইংখোকল্লিবা ঙৌ রানশিনবদা চংপা তারে। মচাগী মুমষু মানা শংবা মতমদা শাবা তারি। অঙবু, মপোং-মচৈদি লাঙশিনবা য়াবনি। মহুষু হেক তৌদে।

মানা শীনগদবা মথৈ শীনল্লে। মৌমঃ লৈরুবা লৌ অঙুন মলীগী মনাঙ মায়মুনা উবা তারে। মন্নাহা খোকপগীগা থংনবনষু ওখোঙ্গা পেজরে। মাদি মীগী মমুম শারিবনিদা

চৎকদৌরে। কালেনগী পানথংলকপা হুয়ি পানবজি লৈপাক-পোকপা ওইবনা পাঙ্গ্রবস্তু, মতুং নোংমা নিনি কোম্হৃরগা শোয়দনা তৌবা তারিবা মচা অনিগী লায়মিং লৌবগী থৌরমসি নংনবদ হন্নকদবা মত্তায়রে। মা মরক্তুদি লাক্লরোই।

লমদা খাশিরমদাই ওইয়ক্লে। শামুখোয়দি? মীরক্তা অপাম্বীবু কনানা কৌশিন্দুনা লৈমিয়গনি? অহুগা, শামুবুনা কয়ম্বা মীনা সুংশিবিগনি? লৈত্তে মখোয়গী লৈকম পাক্লবা তাইবং মীয়মসিদা। শাজ্জৌবীনা মচা ননবু চুমখোক্লবা তোংনরি। মমৌ ক নিংলে। মনেম্মস্তু, শামু পোকপানস্তু, নবগী মমাবু থাদোক্লোই। মচাম্মপানা পুন্সিগী অপাম্বীগা পুন্দুনা লৈগ্রবস্তু শাজ্জৌবীবুদি নোংমকাওবা মপাম য়ারেকহল্লোই থাল্লে।

কয়া কুইনা কদাইদা করয়া লৈক্লপদগে? শামু অপাম্বী থাথায় অমমকস্তু কাগ্রিত্তৈদা কায়নরে। তুমকম চাকম থওদনা মীচেন ওইক্লরগা হৌরককম ময়ুম মমুমদা হল্লিমল্লে। অনিমক নহাগী লমগী চেক্লা পুন্সি থমথিবা কুইয়বনি। পুনগ্রবনা পোনগী পোম্বী পুন্সি থৌরীনা, কদাইদনো মখোয়না হাই-দোকদবা? অহুবু, মমা মপাস্তু লৈত্রবী অপাম্বীদি মপামদা হল্লক্লুনা লৈরিবী মচেগী নাক্তা লেম্লিবা মপুন্সি লোইবা তারে। লৈমি-য়ল্লে। শামুনা হুয়াল লমথৈহুনা মনিংথোংলোমদা চঙহুনা মূপী অঙাংশিংদা মীনাইওম নোঙ্খি। মচাগী পাউনা লললক্তগী ভাওহল্লক্লবা মাবু মমানস্তু চৈবনা হায়কম থওত্রে। হন্দকী থৌদোকশিংসিদা অহন্দু চৈন চৈন কম্নি। মচৌম্মা, "এপ

লৌশিনবিরোগবা হে ভাইবং শেষা। মপু নংগী থুম্না থাদা ননাইবু ইকম পীবিরোগবা।" শামুম্নু, মরিল চুমদবগী মখোন্দি থোক্ক্‌পম্নু, মমাপী মতৌদা অয়োনবা পিহুম কয়া তাগ্রে।

অরাংপুরেন শামুনা অমুক অম্নুম শীল্লক্লে—মরূপ অমগী মচা নিংতৌপ প্রভা কৌবী অমা ইবোতোনগী মমৌ ওইবা তারে। হন্দক্তি য়েংনিংদবনা, ইবোয়াইমদা মপলনা প্রভাবু হায়রোই। মাগী ওইগ্রবম্নু মনাওগীদি শোয়গ্রে। প্রভাসি থরা কেথোক মৌথোকপী ওইরবম্নু লমচত্তি য়াওদবা নত্তে। অদুবু, ইবোয়াইমনদি হয়া য়েংলদবা তারিব্রা।

থাবানা মুপা ওইবপী মকমদা পাউজেলনিংলক্লে। অদুবু, অসিগুম্বসিবু কনানা তৌবা হৌনবগে? ইকাইখৈ। তোল্লিদা মুপাগী মপোক। অদুবুনে, মাগী পুক্নিং য়ারোল, তামথ্রবা মতৌন্দা থানিঙলিবহুদি, থাবা ওইথোক্ত বম্নু চেথাংদা লোংহনা থম্লগে থনগ্রে। য়ারৌ চাউবা মুংশিবগী তেনবান ফংলবীনা পেম্নবা পম্বেংলহনা থম্মোইমুংগী কোওনিঙবা অয়োনবহ্ন কলমদা থৌদাহনা পুথোকহল্লক্লে অম্নুমা:—

নিঙজবা তানবদা নিঙবা কাযরবীনা মাঙ হাম্লনা য়াহৌজবা, য়ারৌবিমু। তমজগে নিংতোল তেংথারোল, থোঙদেনবী মুজাবু থাদোক্কনা তাম-থ্রবা ইথংলেন নকাদা—লৈকোয় শেম্বা মাপী তাইবং লৈকোন্দা চিদাই তাবী লৈপাখোগী, নাপাখাদা

নাপুড়দবী, খ্বাইগী থাওইবা উরোংদা তোয়া লৈশাং তমজবী, শীংজেল পুজি কংজবী ঐনা রাখল পরিং থাদনা মিজাং পাথং ওইবা নংবু খম্মোইগী থুগ্রবা কোঞ্জিন্দা লাংচক্কবসিবু মীপুক খঙদবী তাবক্রাউ? খনবা নত্তে লোইবী চৌংজাউনস্থু! বৎপা লৈত্তে লাইজ হৈরেমস্থু। অহুবু, তাপ্রবনা খোঙথাং খুদিং অকা অপুন নংবীগী মপোক, চৎনিংবা থিংবা লৈতবা, য়ৌনিংবা পনবা নাইদবা পাজনবা নফমদা খোঙদারবদি হাতক ওইজদবদগা, পিরাং কন্দবনা কোরৌ খুদিং রারৌনরে মকুম খুদিং শকওরে হায়না। পুক্রবরা চৈরাক থৌরৌনা পলেম পন্থোগী? নত্রগা, পুক-লেপ্তবা নহৌশা, শামাম্রবী নখোয়নৌ কনাগী তুংশি ঈচেন্দা তাউরবরা? খঙলে! মত্ম হুলচৌত্রে মহৈগী লৌবুক্তস্থ হঙ্গবী জাংকী নিংতোল ওইবীদি! লিংহৌত্রে মপাল লনগী ইংখোলদস্থু। খাদোকপিরে মিৎ খুদিংমকপু পেলহনবা তথা কজবনস্থু। কাউফিং-রোট করম্মা খম্মোইদ রাংজবী ঐবুদি। কাঙলুপ খেম্রবনা তু.শিববু কোংদনা কিনা নিঙজবী ঐদি ইশাবী নংগী ইন্ফাল নয়ুম খোঙচৎলমদাইগী পিরোইমখা শককমহু লাক্চরি খম্মোইহুংদা মতম নাইদনা। তুবা থরায় ওইবা! হত্তোক্লগে খনবিরক্রা রাশংক পরৈ থম্খিবা তুরা পাথং মারওক? খাদোকপিরবদি

পুক্নিং হকচাং মপু ওইবনা, হকচাং পোম্না মালেম
পৈশাদা তিনবকাও হিংজরগে ত্তোন্নগী ঐদি নাইত্তোম
পুজিদা। অদুগা, পিয়াং ঈরী শিদ্দমা পুকচেলজবগী
য়াংয়োইশিদা নিঙ্গিরি মকাদগী পীনবিবা লাইবক
থোৌনা। অসিমত্তংদি—থবায় হকচাং পুক্নিংদা উজগে
পাখং চেংলৌ শককমদংদি মিকুপ অমত্তংদ ওইরবসু
অয়োইবা ওইনা পুজিগী!

ঙুংশি ঈরায়দা
নাইত্তোম তাহৌরবী।

কলম মাগী মথৌ লোইখ্রে। অইবস্থু পামজবা চেথুপ্তা
থুপচিল্লে। চেংনা থমজিনখ্রে। করিবু কান্নদোৌরিবা। অদুবু,
অচৌকপা মত্তমদা হেক হেক পুথোক্‌না পাইজে। মরেক কয়াদি
পিনা মশক শোংহল্লে। অশুম্বা লেপবনা কুমলোই থাশি ঙুমিং
থুংলরে। ইবোয়াইমা মশা মপুত্ত কানা ঙংঙাইরে। কুমওন
থাগোক্কদি মাগী মশাদা ঙংঙাইত্তবা অমত্ত লৈরম্রোই থল্লি।
অদুগা, মাগী মপুক্নিং হোংদে। মমানা মাগী থবকী লমদমগী
“মানা থোকপা শুক্নগদবা মীদানি,” হায়দুনা লৈখ্রে। তিমনা
লৈমিরম্বা থুম্নাশিংগী লৈকমদা লাক্লে। মীত্তোন্দগী “লৌসু শলসু
শান্দুনা লৌমী ওইগনি” হায়দুনা লাক্লমনি। মাবু পোকপশিংবুসু
থাদোকে থম্রবা মানি। অদুগা, অনি চৎমিন্নগদবা পুন্সি
লমদাংদা, লমজৌন্বা থেংনরুবা মাপা পুক্নিং তিমরুবনা, হুপিবা

ওইবী মাবুম্সু থাবরোই থনজববনি। অহুনা, মা হায়রগুম ইঙ্গিং ঙ্গিংনা খুজং লমদা, পুগদবা পুহনা, লাক্লবনি। হায়রগুম লৈরে। হয়া ওইবা হৈনিংলমদবীদো।

মযুমদা লৈকোবা মীশিংনসু ইবোয়াইমবু মমাইহৈগুম অহুম নিঙনহোই। ঢুংগী ওইবা য়াথলদি ইয়াং য়াংনজ্রপন্সু মপা মাগী মতৌহুমক্তি লৈনদে। ময়াম্বনা চৎলমদাইদা তোম্বীদা শজোল কম্ভবদা পুম্নিবা শঞাউ অনিহু কয়া শেন্নবা হায়রম্মী। অহুগা, মবুং অতোম্বদগী হেয়া মপুও কাজিয়ক্লবী ইবেতোনবুন্সু মকম মতম চাদনা পগুখা থাদোক্তনবা লৈহৌরিবশিংদা থঙ্হলম্মী। অমরোম্বদসু, মচল অসি তরুবীবু তাম্নরম্বা বীরচন্দ্র হায়বহুনা অমুক লুক্লকপগুম তৌরে। মচল ওইবীনসু পামজবগুম তৌরে।

লৈথিবা লাক পরেং অহু শজিবুগী নিনি পানবা গাইহুনা লৈরম্বা ওইরে। তাঞ্জানা য়াথিদবনা মুমিং অসিদদা মপু ওই-গদবীদা থুংখি। অহুবু, মহুবু কয়া কোক শিহনা চায় থুদোল কংবগী হয়াউ ইপোম মপুও কানা লাংগদ্রগে? লোজ্‌না থমরে। নহানগী ময়োল পুবা চেহুগা ওসিগী লৈফেংসিদা মকম পুনরে।

হম্নি পানবগী সুংবিলদা ইন্দ্রালদগী পাউ অমা থুংলয়ে। ইবোয়াইমা মাগী নিন্দবা ইমুংদা চগহুনা কপরে। করি তৌরবগে? মশল পাবোৎ অহু হুরে। মপা ওইবনা পাউসি কংবদা মচাগী মাগুগী বাহু নিঙশিংহুনা ইকাইবা কনা হুং-গাইরে। হৌজিক কয়া মরৌ উহল্পৌরি? যাদি অশ্মোমবসু

কুমওন থাগোক শজিবু থা অসিদা', থুদং অনিগী মরক্তা মীত্তিন শঙ অমা শাগে। ওসি শহসি শজাবা হুমিৎনি। হুমিদাং ওমাং লীলা অমস্থ ইন্দোরি। ভোজাউ, থম্বৌ অহুগা টবো-য়াইমা মথোর অহুম্না শীন্দুনা মচু তানা লোটপ্রবা শজাঃ চাক অহুগী মতুংদা মহারোল শাকবা কয়ানা মথল মথলগী প'ক্কল চঙবা শান থৌরম করাস্থ টবোয়াইমনা শীন্দুনা উৎপ্রে। মী পুন্নমক হয়াউনা য়েংনখি। মমশিন্নক্তুনা য়াংলিবা কুম্মৈ মকমদা মীয়াম তিনবা হৌরে। হৌগদবা কুটপ্রে। ওসিদি নহানগী মায়শোনবী লীক অহু লোংকমদগী থোরক্তুনা লীলা য়েংবা চংনবগী লাঙবা য়াওরয়ে। মপু ওইবীগী ভক্তা ভানপ্রে। থাগোটনা মচাশিংবু শেরহুনা সুপীরক্তা তিন্নয়ে। কুম্মৈ হৌপ্রে। টবোয়াইমনা নিপাগী মীয়োন কয়াগী ভুংদা উনিংববু হুয়াল হুয়াল য়েংলম্নগা লীলা তংথাই চন্নকপদা মকমসিদগী হাইদোকখি। উখিপ্রে। ওমা হৌবলা ওমা লোইগদবা লীলাহু লোইকাও য়েংলগা থীন্নলা থাগোইথোরস্থ হমপ্রে। ওাইহাকী ভুংদা মরাম তিন্নবা মকমহু চেক-য়োক লাউখিপ্রে। মতুংইন্না থুদং থুদিং মীথোন থোরকখিপ্রে।

থম্বোগী ইমুংদা থাবা নত্তনা অতৈদি তুমখুন হমপ্রে। নিংতোল মাদি অমবদা তম্না হৌগত্তুনা কোয়না মান্নুনা থবক কয়া পায়খৎলি। মতোম্দা পুংকমসি পুন্সিগী থাইন-তিন্নবগী মতম মাগী অপুনবা ভাংকক ওইনা থোকখে। হুংশাশোর মাগী

তহা তহারে! তনিক তনিরে মশাগী। ওইওইবা খুৎনা ময়োম মচা অমা পায়হুনা খোঙজাউ তম্লরে। খোঙনা নামা তপ্পা হাইদোরে। মতোমদ খোৎরে। অহাংগী য়েনখাদা মনিঙ খোঙ মপাদা লেপ্লরে। মখুত্তা পাররকপা মৈখেৎনা মঙাল অমা উৎখি। মহূপী হেক তুংদা কৌক্র চুখেক্তা শাহৌ মপূং ফানা পাথেল শীংদা চল্লিবা তাইরেন উংখোংদা ফিনা মঙাল মপাঙ্গল হাৎলবা থাংবৈগী মৈঙাল অময়ুক উবদা শোক্সরে, "চানবিয়ুকো, পুম্মকপু শোন্ববা!" শোয় শাংনা হোন্দুনা মায়ওনথে নোংপোক-লোমদা। মখুকউ লৈতাখ্রে। খুৎকী পোৎয়োমসু লৈমায়দা থয়ে। মখুৎ অনি লোয়খে। করিবু, কনাবু নিঙহুনা মতৌ অসিদা লৈরিবা! কনানা তথিহুনা থঙবনো? মবুক্তসু থম্ব অপ্পয়া, "পলেম পম্বৌ অনিমক। নমোসু মুংদদি ইম্বোকপি-পবুকো! শিংজয়মম্রে খোমলাং মনস্থ। পম্বৌ পাজলদ মাঙ-হনবীসু ওইরেদো। লোনচৎ লৌচৎ খেন্নরবসু, অমতনি থঙ্কবনা পাজরুমগে পুকথায়বা মাপা লোয়ননা। নপারি নমোম অমমমত তয়ক তয়কচবনি। অহুদপী, ওসি ইহুংসিদগী নমোমসু চৎলয়োজ ইনবা তাবদা ইপায় থাদোকচরে! থাদোকপিয়ো চিংনদনা!" মকোকসু নোয়গা কপথে।

তিংখৎলকপদা ফিজিনা মপি নাম্বোক নাম্বোক্লা খৌপরাদা অমুক শাঙওয়েল য়াহৈ থারম্মী, "ইচেগী ইবুংঙো! য়াথম্বগী পাজলনা খোইরিবা! নংনা লাইগুবা অনিবু য়োকহৌ-থাক-হোরো। অহুগা, পুম্মকী য়াইকবা তানয়দা অহুপা পুন্সিগী

মাঙলবা মরক্তগা চঙখিবসে, মবা ওইবীদি মরক মথক্তা হাবং চৎলবা চৎখ্রে।

ইবোয়াইমা পোকপী শোরগী পাউসি কংবদা মিপাইবে। মপা খঙজিরৈদা "ইচাবু অরাবা তাগনি।" নিঙলা পাইরক্রে। ভোঙাউনা মাবু ভেববুদি ভেহল্লে। অদুবা, অমুক "ঐনা মরাবদা করম্না ছিংদোরিবা।" খল্লে। মপাবু কিজবনা মুংশিজরবা মচাগী মনাক্তা চঙলমদনা হনখ্রে। মামা থু‌‌ংলবদা ইমুংগী অঙাং অতৈসু মাবুথোঙ মকা লাবুখিদে। মপাদবু কিজবনদি।

শামুনা রাসি ভাবদা "মসিগী অঙাংসি, খঙগনিবো। ঐথোরবু মাথৌহনবা। কৈ মতম লাকপদা অনিরক লাকগে!" চেৎনা নিঙখ্রে। অপাম্বী কৌবীহুদি করা তমদহনা লৈরে হায়নরে। হিংলরোই হায়নসু ঙাঙৈ। ভোন্দোন কৌবদু কৌমিক্তি মাগী অতন লায়নাহ কোক্রে। লখোগী নুং থুগাইদুনা শেল ভানখ্রে। শামুনা ইবোভোনগী নাক্তা মচাগী রা তমুই। থারনা পেত্রে মাসু। মায়মুবু লৌহু পরী অমসু শারগা অনিলগী খিভমক ভানা উহল্লসি হায়রে। য়ারে। মসিগীদি করিসু কায়বা লৈতে। অহুদগী, প্রভাবু থুনা মযৌ ওইনবা রাস্থ অমুক হায়রক্রে। মচা নবগীদি লাইনা তম্রকপদা তারবনি। রারী করা শানরবা মতুংদা মনাও ওইববু চৈরাউবদি লাকবা য়াদে খঙহল্লমগা হল্লক্রে।

হেলিমগা পুন্সিগসু ইবোয়াইমগী মনাক য়োকরে।

মুপাগী ইমুংগী রারী ভাবদা অনিনা থুগুনা লৈরিবা

ইমুংগী মীশিংনা মখোয়নিবু ওন্থোক্লা চায়া তৌরে। মখোয়গী মীচানবা মতৌনা অনিবু হায়নিংঙাই লৈতনা পেলহল্লি। অদুগা, য়ুমথংনবশিংসু মাংবা শেংবগী য়া হৌদোক্লদনা চংখোক চংশিন তৌদুনা পাংবা য়াবা পাংলি। মকমসিদা য়ুমিং হুয়িদং পল্লগা তোঙ্গাউগীদা চংল্রে। অহন্দুনা মখোয়নিবু জাংকী চংনবী ভুং-ইমা তিয়-তোংনবা য়ানবা খবক পায়খৎনবা মনাক্তা থমখিবনি। মখোয়নিগী মতুংদা, লৈরিবৈঙদা খঙনখিবা হায়রগী মকমদুগী মী-শিংনা হায়নখি "আনন্দবু করম্না হিংলিগবা। কায়নগনি হায়বদি খন্দেদকে। !"

তোঙ্গাউনা শীন্দুনা আনন্দবু পুশিন্নক্লে ঐখোয়গী ইরক্তা। অহিং খুদিং অদুগা মখোয়নিদমক ঙায়বা মতমদা মাপীদা তিন্নবী থাবাবু মপুরোইবনা চংন য়ুগাল্লোন পূখা তাক্লি অমম্লুং তম্বিরি। মানা মখুম থাদোক্লমদাঙদা ঐখোয় পূম্বগী মপু ওইবা মঙোন্দা অদুগা মাবু পোকপশিংদা নোঙময়ম্বগী মতৌদুত্ত মমুমদা লৈরিবৈদেগী মাবু অদুম তাকপিখিবদগী খঙজখিবনি। য়েং-ওই খঙহল্লি খঙজ্রিবী মাবু। নোংমগী অময় অঙান শিমবা অমুক্তা পুংকমদগী তত্তনা কমখোকপী থাবাদা য়াইশিং লমশিংপদা তুমজিং মতোল ফানা কাচিন–কোয়া য়োনবা, মতমদুদা কোয়া কমত্তমলকপনা উদনবা পায়রিব। অত্তু লোৎনবা, য়াইতৈ-লমদৈ অরুবা, হিংনবদা চিঙাকী লমজং ওইরিবা নোংলেল্লবা চৌনবু মচি মরুমদা নোংমগী অনৌবা ওইকন্নগা। ফুলসীবুং লৈকোয় মকোয় মায়মা তৈনবা, কোনকং কোঙাযদা চত্রিং চনাং অদুগা

অচু-অয়াক কোক্লা ক্ষেংদোক চামথোক্লবা, মাঙোল দায়ী মচীন্দা অয়্রবা পাত্রদা ঈশিং চোয়া শোক্লগা মথক্কী মীওইশিংগী অয়ুকী পয়া মশীং শুনা পুথোক্কনা ঈচোয়বা কোন্দুগী থক্তা কৈনা থম্লবা, অয়ুক্তা ঈরুয়গা ইবুংঙো মাবু নিঙথৌনা লৈ-শুগা কোয়না ধূপ থাবা, মচি মরুমদা ঈরু-মায়থজরগা ঈতুমকি অহুগা লূদ-লেমদবা ফিক্কম্বনচিংবা মীমাঙদা ক্ষৌদনবা, অতৈগা চামিন থকয়িময়রগা হায়া তোক্কনবা, চায়িরৈদা মীঙোম্মা ওনশিন্দুনা বা ঙাঙদনবা, চাক তোক্লগ অতা-অতু থুনবা শেংনবা, চাকয় তৈবা লূনবা, কৌশু চে শু কজনবা, য়াচঙবদা নোংমগী পোৎশী পোৎলোইবা লোইরগা, লোইনমকপু কোয়োক কোনখিনবিরবা মাবু অমুক নিঙথৌনা হৌনবী কৎপা, মুমিদাংগী থবক অতৈ য়েংশিল্লবা ফুংদা চাকথুম কীজোল হোংথনা চাকথুম চঙনবা, চফু উয়ান, চফু মথুম, থাবৈ তরু তরু শীজিল্লনবা, লৈমায়দা উফুল্লক্তা অচা অথক্লচিংবা থমদনবা, থোংনবা চফু উয়ান নায়া থম্লবা, নোং ঙাল্লগা শেংগদবা কোল পূথা শেংনা চামথোক্কনা থনম্লবা, মুমিদাং কমজংবদা কমপোনবী ওইনবা, য়ুমদা লাকপা মীবু তরাম তরাম ওক্কনা ফিদাদা কয়হনবা, য়ুম্রোন-কৈরোয়-বশিংগা পুকচেল থোয়জেল তিম্লনা লৈমিল্লনবা, মীচঙ মীথোক ফবী ওইনবা—পূম্নমকসি লৈঙোহ লৈরীক লৈরীকী মতোংগুম কুপ্পা লৈপ্রবা ঐথোয়গী য়ুম্বাল লম তখিবদা মপুঙ ওইনা ঙম্বনা য়াওহল্লি।

মতম মতমগী মতুংইন্না ঙাকপি তখিগদবা কয়া কয়ানু

চৈরিদো। অতৈ মৌনদি পামদনা! থাদোক হন্দোক্নবা কয়াক্ক,
দৌনা ভিক্নমিবী মতোন্নদি কয়া হৈনহল্লি। মায়া কিকৈ অতৈবু।
অহনবী, মশাগী কিজেং কিটন অহুপা লোল-লিদা না-পু তানবম্ম
তাল্লি। অহুপা, মমুমদগীসু থরদি থওলকপনা ইখঙ থওদবাদি
ওইরোইদৌরি। মা আস মতৈগী অমদি মকুগী মাংওদা কোক্লুম
দি হাইদোকপা পামদবাশিংগী মনুংদা অমাদ ওইরবা তাই।

উপান থাগী মমাওদা তোঙাউনা ইবোয়াইমদা লৌ পরী
মরাক থিজুনা পীরে। মহু উনবা শলম্ম ক'চরে। কংলিবা
লৌসিদমক মচু তামা উনবা লাঙ্গে। মথংগী চহিদদি মকু-
বোক্সু মচা নিংতোলপী শরুক ওইনা লৌ শঙম অমা তথলক-
কদৌরি। কুমসিমক তম্‌ক্লদবদা "পামজ্ঞবা ওইরে!" থরখিনি
খঙবনা তরঙমগ্রে। মচা অমম্পুং মমাকী পুক্লিং ঈহল থঙবনা
মানা মসি, লোয়নবীগা তানমগা, লাম্ম্রোকে থনগ্রবনি।

ইবোতোনগী মচা অনিগী ধর্ম্মগী থৌরম লোইগ্রে। মচা
অহন্না তাকলক্লে। তারকপদা ইবোয়াইমা থাপনা অরা মক্নি
লাংগ্রে। অঙ্গবু, অশি অনাবগীদি মগুবনা কুইনদি রাথিরে।
কুমগী নোংহৌ লাকপদা মথৌদা মথরায় লুমো ইবোয়াইমা
লৌকমদা অমুক লুংথিল থুদিং মথৌ শূংগ্রে। চুমিলানৌ, হারওম,
থুজালিংবু তাকপি-তম্বিজুনা লৈগ্রে। মনেম মকুনা মতোঙ্গা
মীপুং কয়া লায়া অহাউবা লকোই-লতং অহুপা চৈজাং-নাপী
কয়া থারকই। মানম্ম মথোয়গী মকি-মরোল লাওবিরি।
অঙ্গবু, পীবোক পাশিকপী মতাংদি কোইনা কোলেনা মৌলবা শীরে।

তরুবীনা শোয়গী চান্নবা লৈমিরম্বরবগী পাউদা শিঙনিঙই।

ঙসিসি কনাবু লৈত্রবনো। অয়ুক চাকচয়াঙদা শাবল মচি অমদা পোৎলোইবগী মৈথু উইদকো। ইহে! অপাম্বী কৌবাদো অরোইবা পুন্সি খোঙচৎ কংগ্রবোঙরে! মী ইচঙ চঙনখিদে হায়। শিরবকাঙবদা য়ারৌনরবোইরে। লু'প্রদা লমচৎ।

বীরচন্দ্র ইবেন্তোন অমনা অমগীদমক থরায় থাদোক্লবা ঙয়বগী মতাং য়েৌঙে চান্নবদা। অসুম্না নিঙনহুনা লৈপ্রবা অনিসি ঈঙা থায়ায়দা অহল মশেল থঙনদনা চেন্থোকখ্রে ইবোন্তোয়া বীরচন্দ্রবু মথাক ঙইবা মতিক চাদে হায়গসিদা যুকখিবদগী থুং খোক্লগদৌবে। হোয়, মাগী মশাদগী ময়ায়া খিন্তং পায়দবা অমাদ খেংনখ্রে। অদুবু, মা কত্তবা মীদি নত্তে। ঙবা মচা অমম্ম ঙইগদৌরর্বনি। মসি থঙলকপদদি ইবোন্তোন থরা নেম্রে। অশোয়দদি অমুক য়েৎলক্রে—চাউনা হোঙগনি। লুপা লৌশিং অমগা চা মঙা পীয়ু। ... ... ... ... য়াই হায়বা। অদুবু মী অমনা তরাক তরাই ঙবা থবক্তি নত্তবনা। লুপা ময়ুম্না হায়জরকই, "মসি তৌবিগনু। লুপা ৮০০ দং কচ্চগে। লুখিদাং হোঙসি। চাউবা পামজদবা নত্তে; লৈজদহুনা তৌবনি।" ময়ায়া কয়া খেম্বনা লুপীগী মপান্থ য়ারে। পীক্লা লুখিদাংদা হোৎবা তারে। মচা অহন্নদি হন্দকাসিদগু তাক্লোইদৌরে। মমানা মপাদা থুদোপকী য়াদগীগু লুংশিজরবা মচা পিবা অহনবু য়াঙহন্নবা হায়রৈ। অদুবু, "মঙ ত্তপনা তৌসি, ইবেয়াইমা। উনখিদদবগু নত্তে। ঐনা হন্দোকনি। অদুগা, মানা থুদোপ

ইবুংঙো। কাথংলকউ কমদো লাউ নংদি পাউদু তাবমখি-
রোইদো।

ইবো—ইপল, নচাদু করিগুম্বা অমা হংজগে— ওসিসিবু ঐখোয়গী অহুম্বাইদা হৈজবোৎ পুবকা য়াওব্রা, ইপল ?

চাউ—ও, ননাও মুপা তোম্বীগী লুহোংবা হংচিংনি, হংচিং, ইবুংঙো। নমাদি কঙ্লুনদ লৈরবনি, ইবোয়াইমা! পেমদে নপাবু মীনদু।

ইবো—ইশ। ... ... ... হংচিং ইনাওগী লুহোংবা। অহুপা, ইমানা কপ্পা। ... ... ... উম। ঐনা ইমাবু কপহনবা তারবা ... ... ...!!

মাগী মিৎ পিনা পুমচোৎ চোংলে। অহনসিদু কপলে। মতুংদা প্রেভাবু মনাও মুপী ওইনা হংগদৌরি হায়বদু খঙহল্লে।

চাউ—নপানা খিত্তং য়াথল য়াংপা ওইবনা পুম্নমকসি খোক্লিবনি, ইবুংঙো। খোইনা কত্তবা খনগদু। লান্দ লাম্লুনো, ইপলগী ইবুংঙো। অহুবু, নংবু করি হায়বা লাকপগে?

ইবো—অশেংবদি তমজগে ইপলদা। অহুপা, নচানা নিওজবদি কাম্রবদু য়াগে।

পিথমদনা তমখ্রে। ময়ম পুবা খঙলে। মাগী অরোনবদু কোওলকই।

চাউ—নমানা লুপা ৬০ দা থনবা, নংনা মচনগী খাবিবা অহু লৌরি। নপানা য়াদহনা হন্দোক্তি। অহু হংচিং মংনবা

পীমু হায়রি। ঐদি পৈশাহু খরা তম্রা পীরবগী পুথো হায়রবনি। অদুনা, নপানা পলহল্লি। অদুগা, লুপ্লিবা অমনা, নমানা মসি-মগীদি পুথথোং শেংদোক্লগা লৌনিঙ্লদে। নপানদি পৈশাদি পীদবা অদুদা নমাহু ওসিমু লাক্লে। হংচিল্লি থোরদনা লাকনি হায়রকই। অদুবু, মংনা পুথিগে হায়রবগী মানি খল্লি।

ইবো—ইপল, অদুদি লুপা ৭০ অসি লৌশিনবিরো অদুগা পোত্থনা ইমাদা অদুম পীবিরো। ঐগীদি শিত্রবগী মাবা মতাংনি। পৈশাসি লৌশিনবিহৌরো, ইপলনা। নচা হল্লরগে।

চাউবাস ইকাইবগী নংদে। মুংশিবসু পোক্লে। শেনমু ইয়োক ইনশিন খরা তৌনরবা তুদা অদুন লৌহৌবা তারে। ইবোয়াইমা থুদোপকী মাদি কাউবু কাউগদৌরে। থোকজিবা থৌদোক্তা মখা মাওরোইদৌরি হায়রবা অসিদা অতাওবতম হল্লক্লে। মপানা ইবেমপিশকী মমুম শানবা পৈশাহুনা শীন্দুনা হোওগদৌরিবনি। শামুনা তকশিনমনবদগীমু থোক্লিবনি।

ইবোয়াইমনা ইম্ফাল চংখ্রিদৌদা অচৌকপা তাক্তাদা থাবাগী নাক্তা মৌনি দৈশাবৌনি তাকবী অমা লাক্লমী। লমজাউদা মাগা লৌয়নরকপা ভুগা অমনা মাবু ওইহাব। মাম্না থুনা হনখি। থাবানা মাবু খওত্রবননি। তকখীনি। মং কোইজিংদা মদে অমা উনবা লাকপনি। অদুদগী করক খঙল দৈমক্তা ম্লৌয়ক্লবনি। কিদা থাবমু কমদনা চাথোকদৌবতম মেংলগা "তুবা অমুক উনদি" হায়রম্লগা হনখি। মুবোল মুক্তদা থোক-দারবীদি কিবমু পোক, ই লহোই। হনখিবদা, তকবীনা লবোদা

"মাবু কায়নহৎনবাদ য়ানা ৱোকনি!" হায়খি।

ইবোয়াইমা খুংলরে। লোইনা তমত্রে পুরকপা পাত্তিখি। লুহোংবগী য়াকমচু লোৎত্রে। অদুগা, খুদোংচাবা য়াম্না থৈদনা "লৈরমত্রে" খঙহল্লে। অদুনা "ইপলনা (তোঙাউনা) অমা লৈরে হায়। অদুগা, শিংরনমু য়াবদুগীদমক্ত পঙবা য়াখিরবে," খুমখৈ। মুখিদাং অসিদা তোঙাউ মশাগী কন্নাক্কুনা হায়রবে, "ইবুংঙো, খুদোংচু অমদি লৈরে। মসিনা অসুম য়ারনি। অমম্বু পুখিরক্লিত্রা?" মহোন্দগী তমখিবদ তমহুনা খঙহনখ্রে।

মখোয়নিদ ঙাম্নবা মতমদা তরুবী লাক্লুগী য়া হোদোরকই। মমিং মথাম্বু খঙদবনা ভাবিবম্বু ঙাউতক তৌরে। হায়দোকপা হঙোইবগী তৌবনি। "ঐনা হন্নকপদা নম্বোলদা তরুবীবু উরম্মী" হায়বসিদা মতোমদ খল্লক্লে। মীশক মীওই মুয়া হংলবদা অতৈ ওইরম্লোই খন্না ভূমিন লৈখি।

মুখিদাং অসিদা ইবেয়াইবা মাগী কমুংদা চিল্লুনা চীক চীক কপ্লি। মানা চাউবখোয়দা চঙলকপদা মচাগী য়া তম্নকই অদুগা হন্দোক্লবা খুদোংচু পুরকই। খল্লুবা লেপপু চাল্লে পিন্দো। মমাগী ঈগী পিরাংদা ঈতিত্লবে মচা অনিগী ঈরী মরিম্বু। তোঙাউগী মখবামচু চায়া নারে। মপা চাইহনা লৈরে।

মপা হজিন্নক্রে। লৌইমমক কপ্পা তোকত্রে। মাকোলদা থাইবা খাঙদংহুনা পুরকপা লোৎচে শাঙ্গাক-শান্নিন তৌরিখ

মচা মুপীনা মপাগী থক্কবা হিদাক হাপ্লক্লে। মচা মুপানা বা হৌরকই।

মচা—পাবা, ঐ ঈপাগী মকমবগী কল্লিক্তবা অমত নিজগে! পিথিরোটব্রা পাখনা?

মমাসু খোরক্ত্রুনা কল্লবে।

মপা—কল্লিনো? কল্লি হাপ্লনিঙলিবনো?

মচা—মচাবু হৌন থক্তদে হোম্রবিদু। হাম্লজরগে— তাদ-খোয়সু হয়েংমক লাক্লবা পাউ থাবশিবু ... ... ...।

মপা—তোদ্বী!

মচা—পাবা।

মপা—নং ঐবু কল্লি ওইনা উট?

মচা—ঈপা ইবুংঙো। নচানা কল্লি থুম্বা ওমক্তগদগে?

মপা—অহুদি, বা তাঙগনু। ঐনা তৌবা ইল্লু। নংসু চৎপ্রগেরা মনাক্তা?

মমা ওইবীসু মচাগী বা পাংনিংদি। ইবেমপিশকসু খোঙ-থাংদা মচা পোম্বনা লেপ্লরে।

মমা—মপানা শাউবিবহু চুমই। অহুম ওইনমক, মতাং অসিবদি, মখোয়বুসু ঐখোয়গী ইয়ক্তা পুশিনপ্লবনিনা, হৌনবী পূম্বা তৌপ্রবনিনা; তাঙকলিরা হাপ্লনা থজবনি।

মপা—হৈ! নং হিদাককু চাগেরা? ঙলিনে, মী শিরা য়াঙগনিকো!

মচা—পোকমিন্নবা ইমাগী লমচৎ-শাজৎ লৃবহ্নু, ঐখোয়বু নিঙবহ্নু, পুন্সিগী ইথোকপিরগনবা, পাবা? (কপথ্রে)।

মপা—ইথোক্লবা তৌরবনিনা কয়া কৌশিনগনি? মা মথা তারম্মু! নত্রবদি থুদোং চারোই। লাঙলিবা কা-ইহৈ, লৈরক্লিবা পোৎ-চৈ পুথসি হয়াঙ থৌদোকশী মমাল্ল লৈখিহ্ননা। অশি থৌরমদা হাইজিনখিনিকো। থঙজো!।

মমা—অহ্নবু, অশি লমম্মু তৌত্রিবা ইচাগা কায়নবসিবু করি কৌবগে? (কপনিংই)

মপা—তিন্নদবা কৌই তিন্নদবা।।

মচা—মমুমদা হজিন্নকনি থঙত্রবা পুং ২৪ মু তাঙহনা লৈত্রবা, লমচৎ লায়থুং পক্লবা অহ্নপা ওক্তবা শায়বদা মমুম ইংখোল কাওবা থাদোকপা ওবা মীশিংবুদি মীয়ক্তা তিনচম্নবা য়াই। অহ্নপা, ঐগী ইমাখবুদি কনানম্মু ইথোকপা ঙমলোই। লোয়ননা, ইতৈমবুম্ম থাদোকপা চুমলোই। ইপা ওইবা নকমদদা লাউজবা নত্তে নচাগীসি। মাখল লৈবা মী থুদিংমক্তা মকদা পাউজেল পীজবনি নচানা। অচা-অথক লাওহনজি হায়বম্মু নত্তেনা। মী নত্রবরা মখোয়বু? তিন্নবা য়ানবা লৈকাই চাক থাজহ্নবা ধর্মগী থৌবুরেন ওইবা মীশক কয়া য়াঙ্গা পোক শম্ম য়ানবম্মু তৌত্রবা নত্রা? মখোয়বু ইথোকপা তারবদি বাখোনশিংহম্মু অহ্নপা লৈরিবা থুজাউ অহ্নম্মু ইথোকপা তারবা? (কপ্পা কপ্পা লাউই)।

মপা—অহৌ ওইরবম্মু, ঐগীদদি চঙবা য়ারোই।

মপাস্থ খোল্লাউ থারে। পুক্সিখোয়গী ইমুংনচিংবা তানরে। থরৈ—থঙদেনে ! মচাগা মমৌগবু মনাওগী লুহোংবা য়াওহল্লিং-দবা অসিবু করি মতৌনো !

তোম্বী—ও। ইপাগী য়াদা মরেমথাক্লা মী ওইরকপা এগী থম্মোইসি, তোংশাদা খোস্তবা য়োং নুংনা ফুবদা মথৌ লেপ্পবা ঈনা চেন্দনা লৈবদা অল্লাবা, অনাবা কংবগুম, য়ারে, নারে ! থায়ে, ইপা ইবুংঙো।

মপা—নংস্থ এগী নত্রবরা ? এগী ওইরবদি, মখোয়গী য়া লেম্মো !

তোম্বী—মহুস্থ ভাজনিংদে অপোকপা। অহুগা, নচাবু পুন্দুনা য়ায়কাপিয়ু। কোয়ৌ শীংবুম কয়া ইচিক্সাক হুনবিগমু। মসি-মতংদি হায়জগে—ইয়াম্বু মনাও এগী খোদোক্তা য়াওহনবি-য়োইদবা ওইরবদি, য়ৈথোকপিয়ু খোয়মসি।

মপা—হায় !! মসিদে !! ... ... ...।

মপানা খুঙখিবনা ফিদাকফু ওক্তা চেৎনা পায়রগা হাইগত্তুনা পাইশিল্লি। মমানা মিপাইরহুনা হোৎচিল্লি। মহীস্থ চোংনরে।

মমা—ইমা। ইমা !! কায় মতৌ কৌবগে !!

মচাগী কোক তয়কপা ফিদাকফু ভাকপদা মওক্লা য়েৎকী মথুজেংদা য়েরে। মহুদা, শোল্লয়বা মওক্তা কায়নরবা ফিদাক-ফুনা মমাগী লাইবক্তা পায়ে। থাজদনা, ফুংওইবা মচাবু মারগা তুথয়ে। মথয়ায়স্থ নায়িবী মাগী লাইবক্তা তুমভকপা মনিঙনা শোকখিবনদি। মথুংস্থ চৈকম লৈরে। "থঙত্রা ?" হায়না

হল্লোকখ্রে। মাম্থু মবুক্তদি মুংশা খিরপ তৌই। অমুবু, হেক হুম্বদি শ্রুবক্রদ্রহুনা অহুম নৈরক্কা থোকখ্রে। মচা অনিনা মমাবু লাক্লরে। লাইবক্কী অশোকপা, ময়াম্নদা ঈশক উনা, চাউমা পোমে। অমুবু, থোইদোকপা তৌগদবদি মাল্লে। মমাবু হিপ-কমদা পুম্বিন্দুনা খণ্ডজ হৈজবমখৈ পুশোক্কুনা চপ চানা কনবা তৌখ্রে। অম্বাবা পিরক্কা খুদোংথীবদা মায়ওক্লখ্রে।

মুমিদাং চাকথুম মৈ হৌদবা য়ারবনি। মৈতাল অচাকপা অমত্তং খাদেরগা নৈরক্ত হৌদোকহল্লগা য়ারবদ্দা মপাগী থরদি লাঙদবা য়াদবনা ইবেমপিশক্কা মচা শুম্নগা চাকথুম চঙখ্রে। মপাম্থু মপান্দনা হেম্না শাউবনা মুমিদাংসি চারা হেনহুনা তুমখি।

মোং ওংনবগা থাবাগীদমক্ক তোঙ্গাউনা খুদোঙ্গু পিল্লকই। অমুগা, থাবাবু পোথম্নেংবন্দা লোয়নবীশিংনা মুংশিনা শেম্নহুনা পুবা য়াবা পুহনখি। মানম্থু কম্নিম্থু অকায়বা থোকহনখিদে। তোঙ্গী মুতোংবা মুমিৎনি। ইবোতোনসি মবুক ম্ভাইতে হায়না অমুক শুক্তাদগী ইহৈ হৈনিংলক্কে। মুমিৎ উথোং য়োরকলে, পুং ১০ রোম তারে। থোদোক্কী ইরাঙ লাঙ্গিণ্ডৈদা মম থোঙ-হাম লায়না অচৌবনা লাকখিল্লকপগুম তৌখ্রে। মচাদি, মথং মথং ওইনা, বর থোঙহৌ পুংকম লাক্লহুনা চথোক থোক্তোকপা য়াম্রে। পুং অনিরোম হেনখ্রে। অরায়বা পাল্লৈ, পাংলকপা গাচ্চী পুম্বা থেল্লরে। 'মাকী লতা'দি অমুক্কগী লাঙক্রবনি। হৌজিক অমুক খীনবগা থোংবগা তৌমমে। পুমমক থোদোক্কসিগী

লাঙলে। মপান্দা, কোম্থোংদা মুপা অমত্তু, ইবোতোনবু ইমুংদা, খোংবা লাউবা পূম্বা লেপহন্দুনা, লাক্পবা হৌরকপদা, জীপ অমগী মথুংদা ওমদে, নিংথম চল্লি হায়না নৈরি। মকোক মরু থুমজিন্দুনা য়াম্না ঙুংঙাইতনা ঙাহনা কপ্পি। ইমুংদা লাকন-রিবত্তু মওং অমা তোরক্লে। য়াম্না! হেক্লিল্লক্লে। চৎনগদবত্তু খিত্তুমক ঙায়রে। তোম্বীগী হামগী শককম মাঙল্লে। মতাং অসিদত্তু ময়াম্বু নিঙবনা উদরা মৈরিনা প্রোক প্রোক চাকল্লে। "হৌনবা, হৌনদবা! ঐ নৈবা য়াদ্রে!" হায়না ইমুং চঙল্লে। মপাগী খোঙ উচিরাই কারল্লে। মা পূম্মক পোৎলুম পোৎচাউ পুনবদগী হেন্না য়ানবে। থবেং থবেংনরে। অহুবু কায়দবদা য়ানরে। ডাক্তরনাচিংবা কৌবগী য়াদ থমজ্রে। মশানত্তু কয়া পামদে।

মপান্দা মশা ঙুংঙাইতে হায়না নৈখিবা মুপাহু য়াসিদা য়াম্না লাঙতক্পবা পোকল্লে। মা গাড়ীহু শোরোক্লোমদা থোদো-ক্পা তোল্লে। থুনা চৎল্লে। ঋান্দনা হল্লক্লে। মুপা অমা পুহনা ঙমাং মতোন য়েৌনা পৌজিল্লক্লে। মুপাহুবু "লেঙশিল্লসি, মরূপ" হায়না ইমুংদা পুশিল্লক্লে। লাম্বয়েং থাউ লোয়নবা তোংলকই-বহুদি চন্দ্রকুমারনি। অমা অহুদি ঙসাইগী মতোদা অহুম চঙলকই। লাঙইবহুদা থঙনদে। তোম্বীখোয়গুম্বনা চন্দ্রকুমারবু তরাম তরাম ওক্কুনা অনাবহু য়েংহল্লে। হিদাক কায়া তারে। পঙ্গলনা তোগদবা পূম্বা তোল্লে। মতম থম্না হৌল্লে। খিক্তং হনবগুম তোই। করগনি হায়বা থাজনরে। চন্দ্রকুমারত্তু

থাজবগা লোয়ননা হনগদৌরে। চিঙ্গাক্ অমম্নং হিদাক তাকল্লে। কোকথুম্বা মুপা অহুনা লুপা ৩০ পুখোরক্তুনা কৎলে। থুরুম্বদা মকোক হাটদোক্লে। খুঙনরকপগী বাভাউ ঈহৌরকপদা মাগী মুংশি লাইজম্ব ঈষী নাইনা চেম্বরক্লে। লৈমায়থক্তা তাবে মতুম মতুম। মিৎনা উনবসিগী মতুংদা নাকোংনা তানরে মাগী মুংঙন রাহৈম্ব "ওসি, মরুপ, নংনা ইপাগী পুন্সি অমুক পীবিরে। ইপুন্সিগী শিংবা ওম্রোইদবা লমন তোলে। কচ্চরিবসি চিংন-দনা লৌশিনবিয়ু!" ইমুংগী মী মথৈ ওক্সা হয়াউ পিম্ব তানরে। মপাম্ব খুঙলে। মুংশিনরবা ইবোয়াইমনা কৎপা পৈশাহু চন্দ্রকুমারনা লোইনা লৌজে। লুপা ১৫ দমক লৌরগা "মরুপ্পা মসি খুরাগী থরুবা পোৎ অহুগা হিদাক-লাংথক লৈবিয়ু." হায়-রকই। হাজ্রহুনা অমুক লানশিল্লি। অহুবু, তোম্বীদা নমহুনা পীশিল্লয়গা তানকমহুদা খিনগে হায়বম্ব য়াজ্রবনা মখোঙনা, মাগী খাউগা লোয়ননা, অহুম চৎল্লে। করাদা লেমল্লবা! মপানা মুংশিরুদবা মচাবু, ওসিগী মতৌসিদা, মথুৎ কোম্নুনা কপলি। খুঙনদে।

মপাগী মশা করনি হায়না খমরে। তোম্বীবু মকমদা হজিনহল্লে। খিত্তুংদি খোংলপ খোক্লবম্ব .মীয়ামহু লুহোংকম লাংগদৌরে। ইবেমপিশরক্সা মপাগী নাক্তা চঙহুনা মশা কগৎনবা হোৎনবদি মচ্য পিশক অমা চেন্নিবনম্ব য়াজ্রে। কনানা শঙ-হৌবা তারে? মচা মুপা অহল্লা মপাবু শেম্মহৌবা—মশিনা খ্বাইদগী করগনি। চৎনল্লে। ওসিদি শামুম্ব ইবোয়াইমবু

থাগৎনিঙঙবগী য়েংখিবদি তৌরে। মপান্দা মাপা মী থবগা চুমিন্নাংগী মহাং অপা য়েংশিনি। মাবু মনাও থোকপগী মহৎ শিন্দুনা থাগদবদা মাগী লমচৎ দৃথিদবনা মমাদা পাম্জন্না অতৈবু থনরে। অদুনা, শোমদা লাওহোৌরে। চুমিং ভারম-দাউদা মপাগী হকচাং সুংঙাইরে। থরা চোকথবদ মতাওয়রে। অচোকপদা, মচাদা হায়রকই, "মাদি মতোমদ লৈহোৌরগা?" মানা হংলিবসি মগী থাবাবুনি। মাবেল সুংঙাইডবা পৌনিংঙহন্না "মীপা লৈদ্রিহোৌই," হায়বসি থঙহনখি। মীদি লেক্লমদবনি। অদুবু, পিক থরা লৈহোৌই। অদুনা মা থেঙঙ্কু হনবগী মাই। মতোঙদি থোঙনা চৎপগী চশিন্নবা লমদাংনি। অদুগা ওসিদি মীগী একাপাত্তী অমগী মায়রক্নি। মাদে। মপানা তদ্দা অমুক মথা তাংকই, "অসিদা কাং মাওহল্লো।" মাগী মবুক ওয়কপ-ওনই। মচানা "কপনি, পাবা," থুরকপদা মচেয়া, হয়াউন্দা, শোয়দনা লাকবা অমুক পনখি।

চুমিং তারে। অউনপোৎ থুংলয়নি হায়বদা চুপা অমা ইবো-মাইমদা "ইবাইহনবু," হায়না থুকৈরে। বীরচন্দ্রনি। মশক থঙনা থরে। অদুগী মাগী মপাল থোয়রে। অদুগা পুন্সিগী লৈরগী। মকপ অনি ইংনা উনরে। মনাওগী সুহোয়বা মাওনিঙহন্না অমবা শান্নিজহনা থঙনবগী শাত্তীদা লৈথিবনি তত্রখি। বীরচন্দ্রনা মকুগী নাক্তা চংবিহৈখো, মহাক থাবাগী নাক্তা লাক্লবী চুপীকো তকহৌন্নি হায়বসি পুক্নিনা থঙহনখি। মাদি, চুপীনিদা য়োয়ক-খিবা মাইবা হায়বা অমনা চুমিংসিদা মাগী পীশক্তি নতোংদা

খোংনবা লাকরে। তোক্লাউদ্না তৌরিবা পূম্বা উই। মশাদা অদুকপা অমত উদে। মা তম্বনম তৌদে। মাগী ঈশিং শোক্লবা তৌরিদৌদে। লৈদা হাকাম কপী চনবা মুপা অমা উবদদি মাবু থেংনিনবা পোকখি। মীতোপ্পা ওনশিল্লবদি হাকাম চনবগী চিংবা তৌবা মতমদা চৌন থুবা কৈ হায়বদি মা খঙই। অদুগা মখি তুকখত খঙদবশিংগু পৈ হায়বদি মা খঙই। অদুগা অথক-শিংনসু মতোম মতোমদ চাকপা মতমদসু মী নৈরমগদি থবা মশাবু মশানা ইকাই খুম্বা উংপসি লেহৌনি খল্লি।

মানা খোংবা চাক ভাগপা চাউবনা থাবাবু মনেমগী মাক্তা পুখিগে হায়রে। মানমনা মচানিংঙোদ লোয়নবগুম পুখিখি। মানা মুপা নহানা চারি থল্লিঙেদা কনি অমত লোক্লশাবা মাদে হায়বদিকাও নৌনা খঙদে হায়বসি চাউবনা লাবা কংখি।

ইস্কালগী নোংপোক চিদাইদা থাবানা অকুপী মুমা ঘনখগা মখাও মুপী প্রতাপা লোয়নবা পুন্সি লেনবা হৌরে।

থাগোইনা মচানা ইস্কালদা নৈখিবা চিংনদৈ, "মমুবোক্লা মানবদ চেংশসু হৈরম্বিবোঈদকো। কনদা নৈখিরগদৌরিবা!" থবৌদি মুপা খোৎবদিনা মশিংগা অসিদা য়াখল পওজিং তিংদে। অদুবু, মাসু অমা য়াখল লমদাংদা মচানুপীগীদমক অমুক অমুক কপ্পাবা মমিং অহু কম্বতে ঙাংমদবগুমই।

মৌ হেকবা লাকলগিলী মদুদা ভকগীনা থক্তিবুগী লেপখি। মানা অমখোয়গী থাবোয়মলখি হৌরবা অসিদা থাবাগী পুক্নিং ইবাং অত্তনবা প্রতাবু হেপিরম্বনি। অদিসু, মমুনা চাঙবদ

থাবানা মপুমোইবনু লিঙলি হায়বসিনা মুংঙাউভনা হনথি। থাবানা মাবুম লিঙশিংলি। হন্নক্তি মপান্দা চপ চানা থঙহোরে।

লাংবল থালি। ইবোয়াইবম ইন্দালপা লৈরি। মানা অহনম থল্লি, "মোংবৈদি, পাবনা ময়েবদি এনা উরিবা অসিগী মথক্তা থিঙংগা হাপকংলগা লৌ অনিদি কানবা তৌরগে। অদুগা, কুমসি মায়মুনা লনলাইরোবদা উরিবাসিনা মীগী তোঞ্জবা লুপা ৬০০ অসি মথোইগা কোয়না শিংথগা থরবু লেপ্পবদি লোইরে। অদুগা, মচুংদদি এনম শীন্দুনা পুরক হনবা হোৎনরগে। অদুবু, 'ইপানা করি থুঞ্জিনবা।'"

মপানদি ইপেন পেল্লে। মাগী থবকম মতম্না লোপ্লি। অদুনা মথৌ অনিগীম নাক্তা লৈরি। মথোর অনিগী থক্তা মন্নেয়া য়েংশিন্দুনা মুম কোইরি। মচা মুপা অনিনা মপাবুম দুনা তৌরি। অদুবু, ইবোতোম ইপেন পেন্দে। থাবাবু মানা থাইনহল্লিংলি। মাগী লোয়নবীনদি মথৌ অহনসিবুম মায়া দুনা তৌজরি। অদুবু, মুখুয়েনা চাজবা মীনা কয়া মাগী মুথনা থবায় তানা লৈগনি? অমরবু অজানবা, কনবা থবক পুথা প্রভাগীনি। অমোংপা, অহীবা— মথোয়সিনা থাবা কৌবী থ্যাগং মাইহ কংথবী মাগীনি। থিঙং লোয়থনা মীচে মাইহেনা, ঈভা থাগী লোংথোঙ নেম্বা লোংদুনা লৈমাং থবান মতী থবাবু ঈয়ানা অহেনথক্তা, মাবু মানা থাঙহল্লি। মুক্তা তাবা লোয়াউনা লমু লানৌ চুমহনখভাই। লোয়থবা অমথনমহ মরক ময়াক্তা পুন্দি লোমাংগা থুমৌ. লেপ্তী, থাবাগী

মকুবোক্কী রাঙাং চৈগাক তত্তনা কংলে। মঙনমখোয়না তৌবগুম লৈকাইনদি মাবু ওখোক্না সুংশিল্লে। মাবু চৈবদা মখোয়না লাওই। মশাদি অরাবা নংদমা মাগী থরায় চৈকম তারে। খোমলাং মনম কোক্ত্রিবা, মপুগী লৌলা কম্বাক্তা নাইতোম থোক্ত্রিবা নারাগী রাখল চেনবা য়ুম্ফুরেনগী মতৌসিদা মাগী পুক্নিং ঊদি চঙলে। প্রভানন্দ্র মাবু চাগ্রবগুমই। মকুনা থাবাবু ভাঙ্খোক্লিংলে।

ইবোয়ইমবা থাবাবু তোঙ্গাউগীদা মতমগী হৌনবা হৈশোই ওইনবা হৈ-রা খিনবা চৎহল্লিংই। মসিন্থ তঙ্খিনিংবা মথল অমনি। অঙুবু, মপানা য়াখ্রে। মনেমগা মঙৌ-অহনগা লুকুন তারিঙৈদা মচা সুপা ইবেতোম্বা লাইদা কংক্কা পোৎ-চৈ পুরকই। চৎলমদাইদা "ইমা, কুমসি চাক্তৌবদা ঐগী ইকি-ইরোল হোংবিয়ু" হায়নিংহুনা রা হৌদোরকই। মপানা "ইচাগী কর্মি রাংকদগে। ইপা লৈরি!" খুমহুনা হরাওহনখি।

থাবাবুন্থ তোঙ্গাউগীদা মপা শক্তুনা, কুমসি চাক্তৌবদা, বার্তোন তৌরকনি থঙহল্লকই। অসিগুম্বসি তাবদনা ইবোতোন শাওই, "করিগী লরায় সুপা মাপীদা চৎকদগে?" মনিঙ মমাও ইথৎ থৎলি। রাগ্রেদা।

মজীগী পৈশা, লিরবা শেন্দুদি শিরবগুমই। কৈংগনি থক্লে। পাউকাও তাক্লে।

---

## ( ১১ )

নব-খোম্বখোয় থাদোরক্লে। তরুবী মরূ-ময়াঙ খিঙগৎলক্লে। মনিঙ খুংনবা কোংনবদা লমজিংবা ওইরিবা শামুসু মশা পান-খৎলক্লে। কণ্ডবসিনা মমৌ ওইবীবু ঐখোয়গী ইরক্তা তিনবা য়ারোইদবী ওইনা খল্লুই। অদুবু, মামল্লা তম্বিবা ওয্রোইদবা কয়া খঙবী ওইরবদা হেন্না তাংখিরাক্লে। মানা মনাওগীদা লাকপা মতমদা মকুবু করিসু খঙদবী মাবু মাগী থারবা মিং-য়েংনা অকিবা পোকহল্লি।

শামু পোকপী লৈখিত্রে। অসি শোনাত খোকই। ইবো-য়াইমবুসু বার্তোন তৌরকই। চুম্মা তৌরকপা নত্তে। মপানা মাবু পোংয়েং খোমজিনবা ওইনবা হায়রকই। অদুবু, মতম কৌহনা চৎখিবদদি মচাশিং, ইবোয়াইমগীনা মনাউশিং, খোকপা অমবু মহুৎ শিনহনত্রে। খোরম পরেংদা লৈ-ও কংপগী মতাং-দসু অতৈবুদি মপানা মমাওমরুদা, খঙজসু মতাঙম, কৌশিল্লগা মাবুদি, "মাদি ঐখোয়গী ইরক্তা তিনবা য়াবা মীদা নত্রে। য়াওহল্লোইডবনি।" মচৌন্দা শোয়া খৎতোক্লয়ে। মপানগী বা-ওাওসি, ইবোয়াইমবু মুংশিবসু মশীং বীওমদবনিনা, খুদক্তা মনাকোং য়োখ্রে। ইকাই মায়রকনা হল্লক্লে। মা কৈখেয়োমদা অহুম হাইত্রে।

চুমিং অসি প্রভাদি চাক খেওনা চাখি। লৈকাই কোয়-গনবী ওইনসু তৌবনা চুমিং তাদৌরকাও হজিনকত্রে। শামুগী

থোশিন্না ঙসিগী মীয়ামত্তুগী মরক্তা চাবা কংনখিদবা য়াম্না য়াওখ্রে। অদুনা, টবোতোমস্তু মবুক তপ নপ্না হল্লক্লে। মমৌ অহন্না লুংমিদা'ম্রাইরমগী থবক তৌরি। মনেমস্তু হৌজিক কৈথেল কাখি। মকুনা হেক লাকপগা টমুংদগী মাইরেন অমগা থাং মচা অমগা লৌথোরক্তুনা তান্নরকই, "মাইরেনস্তু ঐনা শোংইত্রবদি হাউতে। পুথম পুথোরকউ।" ঈহুল থঙবী থাবানা কোন্দু পুথোরক্তুনা লানশিল্লবে। অশোয়বদ খিরিবা মকুগী মিৎনা পুথমসিদা হৌগায়রা পুখা চনাং অমা উরে। "সবু নপানা তাকপ্রা?" ঙমাংদা লাক্তুনা লংথত্রে। 'ক্রাং! ক্রাং!' লাউনা ওন্না তাখি। তকিং তকিং চঙখিত্তুনা অমা অমুক পুথো-রক্তুনা নাক্তা থমজরবে। হায়রগী কোন্দুদি ঙাস মনাও লুপীনা চানখিবা অদুগা মশামক্তা ফেঙলগা পুম্নমক্তা মথক্তা থমখিবা কোম্নি। মাগী, মচেগী মরাল লৈতে। অদুবু, ঋাসবু কনাদা তমহনা মশাবু তুংগী কন্নবা হোৎনগদগে? মনম্মদংদি মচল অতোপ্পীনা থোকহনবনি হায়বসি খঙখি। থাবাগী মিৎ চোক্তক তৌরে।

ঙমাংগী পুথমদু পুম্নি মপালদা পুত্রে। তক্লিভৈদা লৈকাই কোয়বী হল্লিলকই। তোপ্পীসু থবক মফমদগী হল্লক্লিবনা মাবু ঙাঙবিনবা লৈতে। হুমিদাং ঙইরবদা মথোয়গী মী পুম্নমক মথং মথং হল্লিমরক্লে। অথাঙ কনবী থাবানা ঙসিগীদু কনাদস্তু তমখিদে। হায়রগুম অদুম লৈখি। অদুবু, য়ুথম্না মাবু লৈহননিংদবদি য়ৌরে।

শামুনা ইবোয়াইমবু খুদোইনখিবা, থাবানা মিয়ানগীদমক কিবা অমম্বুং ইকাইবা নংখিবা—অনি অসি কাউনরমোই। অকোনবগী অসিবুদি থাবানা খোকহনখিবা নত্তে হায়বসি মথওনখি। অদুবু, ইবোতোম্বা কৈশালগী কংয়েংকী বাতাহ অদু অদুম মতাওখি। অদুগা, চাকৌবগী বার্জোন লাকপদা মকুনা খাবাবু মচা হুপ্লুগা লোয়ননা চৎহনগদৌরে।

চাকৌবা মুমিৎনি। মকুনা চাকৌ চাক খোংনা খোংনা "মখোয়সি হনবু হল্লক্ত বদি করনি," খল্লি। অশোমদা তোঙ্গাউনা, থাগোইনা পীবা য়াবা পুম্নমকম্বু পীরক্তুনা খোং থাকপা লোইগদৌরে। "লাকহনগদ্রা, লাকহল্লোইদ্রা ?" খম্না লৈশ্রে। শোমদা তানকম অসিমক্তদা ইবেতোনগী সনাগী লৈ অনিথক শেংনবা পুখোরকপদা লুরবা পুম্বিদা তাশ্রে হায়বা পাউসি মনাও অমনা পুদুনা লাক্রে। প্রভাগী লৈ অনি শুবনি। অদুবু, অমদি সনাগী নত্তে। অচম্বা অদুমক পীরক্লবা ইবেতোম্বা থওহল্লকই। ইবোতোম্বা সনাগীদু পীখিবা পাম্লি। প্রভানম্বু য়ারোইদবা য়ানি। থাম্লনা হোবে হোবেনা শেমশারিবী, মপুরোইবগী তুং ইন্দুনা চৎকদৌরিবী থাবানা হুংওাইরমদুনা মশাগী চিনশিনশ্নবা লৈদু অমুক লৌখোক্তুনা লৈহৈ। মনাওগী শেংদবদু মানা চিল্লগা মাপীডুনা মচল হুপীগীদা থাখিদৌরে। মাগী মতৌসিদম্বু মকুনা চাম্লবিদে। মনেম্নদি "ইহে ! ইমৌগীদি অরামদু তায়বোইরে !" শোনখি। অদুগা পুখিগদবদা অমুক ওনশিন্দুনা, তাশ্নিবদু থীজিন খুদগনবা অদুগা মমৌগীদু লোংলেন্নবা থওহনখ্রে। থাবা ময়ামদা চৎনুখিগে তাকখ্রে।

খোরীহ্, থৈরগা চৎপা য়াখনা, থৈরগা চৎলি। থৈরিথৈথক্তদা শামুসি হয়া য়েংলকই। অতাং মত্রবনা, থন্নুবা মতৌদা মতোমদ ইকাইথৈ। মনেমন্নু মতমসি কাউবু কাউকই। ওয়াংদ শলদা কংকদবা কংনহনা খুন্নম্রিবনি। য়াঅত্রবদ হুমিং থরদি মাবু লাংকম খোকই।

মনিথমোনা রিকশা থাকমদা গাড্ডী অমা কারে। ইবোয়াইমস্, কজরবা কৈজোম ফুরিং শেং-লিত্তুনা, তায়রকপনা থিল্লরে। শোয়োক য়াংবী থক্তা গাড়ীহ্ মমায় লৈথংলক্লে। ওইওইননা থামহনা অনিমক কারে। মমানা মচাদস্ "ইবুংঙো, য়ামেল্লকপদি য়াদেকো! কণ্ডে!" থওহল্লে। কায়নরে। অহবু, মমাদি অহুম য়েংহনা লৈহৌরে। মথোনা হয়া য়েংবদা উরে। হায়রকই, "অবোক্তি য়েংহনা লৈরিনে! কমদৌসিবা!" লোয়নবনা খুমকই, "হৌমাসি য়াদৌরি, থাবা! নংস্নু থওলম্রিনি।" অনি পুম্বা অমুক ওহোক্কুনা য়েংই। মমাস্নু মায়থৈরমদাইদা অনিগী থাওকপা শুকম উব্রে। অনিস্নু অমস্নু পুক্নিং তয়াং তয়াংনব্রে।

ইবোয়াইমথোয়স্নু ওমা অহুম থুংলে। চাবা থকপা লোইরে। অশংবীনা মতা লাকই তাবদা য়ৌরকই। অহুগা, তৌরে, "ইতাবু ইন্দোয়া লৈরক্তা থোরক্লবা হায়রকই। খুয়াগা ইবুংঙো থানিনগনস্নু ইতাবু উনবা পামই হায়রকই।" অশংবীবু তোঙাওথোয়গী ইমুংনা অচা-অথক পুথোয়কুনা পীজ-পীথক্লে। মমাথোয় ওইবা ওইনা মথোয়নি পুন্নি থপান্দা মাওগী য়া কয়া তয়রি। থাবোমা থবাথা পূমনক লোৎলগা মচেং ওইবা হৃংতাইবনা মপুখ শাহ্না

তম্বলে। মরাইৱেগী হুংশি তেংথারোল পুবা চেহ্নী য়াম্ব তমলি। মহ হৌজিককাও লোংলি। হুংশিহুনম্ব থমজরি।

খঙহৌদনা মমানা মাও থাহ্না থানিনখোর লাক্লে। লৈরক্তা মখোর মরি উনখে। মচাগী শেংব-ইরকিম্ব তয়ে। মখোয়ম্ব তোঙাউনদি মাপীদা চঙলক্লবা কৌশিনখনি। অদুবু, হক্লোইজখনা য়াম্রে। থাবাবু মপলনা কৌশিনখি। মপাখোয়গী কা-হৈ পু-খোকহল্লকই। ইবোয়াইমনম্ব মখোয় থুদিংমক্তা লুপা ৫/৫ তম্লকই। লাজরিবা অচা অথক্তি লৌরগা শেম্বুদি লৌ য়াম্রে। মৌপয়ানা কয়া য়াম্রে। অদুবু, মচেনা তকশিল্লকপনা মমানা পুয়া লৌখ্রে। মখোয়গী মমিং ঈয়া চেয়রে। কুইথরগা হুংঙাইরোই থজহ্না থুনমক হয়বা তৌখ্রে। মচাবু নোঙ্গুক্তা লৈমবা অহপা পম্বদনা হনখিনবা হায়রক্লগা অহন অনিম্ব মচাবুপাগা লোয়নহ্না হনখ্রে। অশাংবীম্ব হুংশিনা কায়নরগা মখোয়গী মতুং ইনখ্রে।

লৌউ থায়োইদগী হৌজিক কাওবদা চখোক-চংশিন তৌহ্না লৈয়ক্লিবা ইবোয়াইমনা শেয়া হাখেংবা লেকথিবা লৌকমশিংদম্ব কোয়না চত্তুনা য়েংজুবগা, ইস্কাল মায়পৈ পাংনবা থৌয়াং তৌ-হ্না লৈরিবী থাবাদা হায়া খোকথিনবা হায়রম্বে। মুমসিগী অহন ওইবী মমায়া মচাশিং ওইবী থরগা লাওজিবনা তোঙাও মশামক্তা থাবাবু থিন্দোয়কই। ইবোয়াইমম্ব হুংদা অহুম খোয়ত্তুনা অয়াকপা হয়া তোংলগা ইস্কালোমদা লাক্লে।

চাকৌথা মতুং মরিনি কোনবা লিংখৌকাথা হুরিভা ইবো-য়াইমা মখোয়দ কৌওন লোক্লবা লৌতাকথদা লাক্লে। পৈশানা

লৌবুক্তগী ইংখোলদগী হেনকৎহন্দবা য়াত্রে থল্লি। অদুবু, পৈশাল্লি লৈত্তে। তোঙাউদা খিখিরু নত্রগা পীরু হায়বগে থল্লে। "চহি অমগী মমুংদদি শোয়দনা শিংবা ওমগনি। মসি তৌদবা য়াত্রে," মপুক্কিং লেপত্রে। অদুনা, লেল অদু হংলুয়ে। পীগে হায়। মকুথোক্তা তাবদগী হয়াউরদুনা লমসি লৌহৌনবা খওজরকলে। অদুবু, শেন্দুদি ওসিমক্তি কিবনা লৌখিদবা তাই। খীনগদবা হুমিং অদুদা লৌনিওলি। অদুগা, মপুগা পুক্কিং হোদোক্লবদা নোংমা নিনিদি চওখিদৌরি।

ওসি হুমিদাংসি চাক তোক্লকপদা মথোও চাদবা ইবো-তোম্বা লৈপনদা হুংখা য়াইদুনা লৈরম্বা লিঙ্গাউ অমগী রা তম্মি। অঙাংদোনা পুখম লেক লেক্তুনা ওাঙলি। অয়াম্বনদি হজোক্টনা তানয়ি। হৌগত্তুনা চংথাক্লগনবগী মানদি অদুম লৈরিদো। অদুবু, লোইত্রে য়ায়ীদো। "ইমাইপেম্মা! ওঙ্গোক্লগী শাংব্রেদা! কিবু কিনে অমত্তদা থোকদবনি!" মথা তানা তানা অঙাংওম্মা মনিঙ-থোও তন্না চীন্দেংবা থোয়ক্লে। থোঙ হেক কাম্লোকপদা "ইমা!!" হায়না লোংথত্তুনা থংলাউ লাউরকপদা "করিনো!" হায়না হোত্তোক্লরে। য়েংনয়ে, তোবী মথোক অমা তারম্মী। লীখিবা য়াখীনগী তৌবনি। নোকপা নিঙ্গে। কনানা অসিদা লংথোক-পনো? প্রতাবনি। মকু খাউদে। খাবানা ওইরবদি লোইরগদবনি।

থক্লবা হিদাকমু য়াউহনবা, কোনকেংকমনা চাক্লচিংবা মুখাক তাহনবগী, মমমায়দা শম হাব্তুনা শম তাহনবগী মদুগা অতৈ চুমদবা থবক কয়াগী খাবাদন্দ তৌবনি 'থম্ব' মকুথোক্তা কত্তবা

পূম্বগী থৌরাংবী প্রভাব্ কনখত্‌না থম্লে। কোংনা মমৌহনবু "ইনাক্তা লৈবিরম্ব।" হায়নকাও চৈয়ে। মপুরোইবগী নাক্তা মতম খিদনা হোত্না চেঙ্গিংবম্ব য়াওই। য়ানা অথাঙ কনবী ওইরগা য়ুমগী অহনগী ইমুং মশক থীহনবী ওইরে, থীরক্লে। নোংমা অয়ুক চাক চানরমদাইদা থাবা মাঙলে। কম্মাদম্ব ত্রাক্লমদনা মপুরোইবগী নাক য়োথে। অনিমক কপ্পা লৈমিল্লে।

ইবোয়াইমগী থুন্দা লাইকুপ য়োকপরে। ইম্ফাল মায়ৈগেদম্ব লায়নাসি য়োরবনি। মমাক কুমায়ম্ব মসিনা নারে। তাবদা য়োরকই। থবোথী শোক্লা নারম্লে। তাকম্ব কৌদবা য়ারোইদৌরি। কৌরবদি শেরি। অহুবু, মানা পুথোক্লনি হায়রে। কৌক্লরে য়েং-হল্লে। হিদাক তরেংলক কাপকনি হায়রি। মতুং ইনবা কয়াম্ব লাকদবনা লুপা ৫০ মুক্তি চংকদৌরি। শেলসি মচেদা পীথে। লায়য়েংবদা কংকদবা কংহনথে। চাক চাবো হায়বম্ব য়াত্রহনা ইবোয়াইমা অহুম হল্লক্লে। মানা অহুম লাকপদা "য়াবসি অহুম হেনকংলককদৌরি। ইংথোলম্ব লৌয়গে। লৌম্ব মহৈ-মরোং ওনবী লৌউ (Rotation of crops) তৌয়গে," থক্লে। শেম্বু তোঙাউ-দগী কংথে। অহুবু, ইংথোল মপুদি মথোঙ নাবনা চংপা ঙমজ্রে। অহনা, পোত্তি কোম্না লৌবা তারে।

মাম্ব হনথগা হুম্নি মরিনি শাগংলল্লগা কুরি মকুপ হল্লো-য়ক্লে। ওক্লরে। মপোক্লী থোকথিজ্রিদি হায়। চুমম্ব নাজ্রে। মবুক্তা কবিমত্ত তাবা য়াজ্রে। মনেম মকুকাও সুংশা থীনরে। মমা-থোয়ম্ব তারে। মপানা চেন চেন্দুনা লৈবিলৈদা মমানা কিনা

অহৎবু, থাবা অহংগা মরা মপা অমদি থানিনরোয়দি অরাবা করিন্নু হৎক্তি। তোম্বীনা শগুলিহৈদা থাকিংনা মবাইপী নাক তৌরকই। শঙলিবগম্বু থগুনহনা থোয়রুগা চা থকমিন্নখি। অহিং অহিংদি পুক্নি অমম্বুং হেলিয়া শগুলি। অহংগা, লুংথিলদি বীরচন্দ্রম্বু হেক হেক যৌরকই। তোম্বীনা স্কুল কাবনি হায়না ইতম্বতনা থোয়রুগা চেদা মথৌ লেম্নগী মরোল থাগ্রগা মরাম্বগী নাক্তা লৈরক্তি।

থোম্বদি য়াম্না থুদোং চায়া কংবগুম হয়াউস্রে। মাগুম্না লৈরেস্র তরুবীম্বু। মথোয়না শামুবুম্বু মতেং পাংহনবগুম তৌরি। নবম্বু য়াওরি।

থাবাদা মগুগুম্বা মতৌ অমা থোক্লরে। চে অমা ফংলে। মাগী য়েক্লবা ওইরে। মরোম্দু অমুকন্নু পারে। অসিনি:—

থাবা কৌবী লৌনম্বী!
লুংশি মহৈ লাংথাকপী।
নংনা ঐবু কাবদি,
হিংলে নাইতোম পুক্নিসি।
ইমা ইপা তংনরে।
তাইবং মীনোক নংলরে!
নপাম লমদা হজিল্লো;
কায়ন কীজং থজিল্লো।
পুক্নি থোঙচৎ তোংদোক্লো;
থোংবা মাগী তুংইল্লো।

নহাক্কী
পুক্নি' লমজিংলবা।

চিংনবা খয় থোংদে। অপেংবা খঙবা পাম্রি। অদুনা মাসু মথৌ তৌরগে খন্দুনা ইরে:—

পুক্নি ঐগী হিয়ানবা! মকম কৈদা চৎখ্রবগে? য়োক্লোং থাংবী ঐদি শাগনবা নতুং ইনগমরে। কংলবসিদু য়েক্ন লৌতুনবগী মাংয়োরা? কমক ইথিন পাম্বশিংনা মাঙহনগে খনখনা শয়ৌ শীম্নবগীয়া? পুকথীবা শাদানবনা লমজাউ শাজাউ কংঙমজ্রপা পোম্লুংগী শাখপ তমখ্রবী ভুশোনবীদা তাইনবগুম, মপোক থীথীবু হিংহল্লিংজহনা য়েক্নবশিংনা থাকপা চেমল্লা? নত্রগা, ঈচেন কনবা ঈয়াযদা ইপু ওইবমক্তা হিরাকহল্লগে খল্লত্রা? কয়ে।। য়েক্নবনা, থাবাগী খরায় পোত্থীনা থাদোক্লবা হকচাং পোন্নমক কংগনি। অদুগা, ইপুয়োইবনা কোয়ৌ শীংবুম তয়েংনিসিগী মপুংদা তোনবী ঐবু 'থাদোকাত্রে' হায়বসিদ ওইরবসু খঙহনবি-যকত্রবদি, নিপামি তবগী নোংপোক লাইয়েথী মাহৌরকপগী পুংজাদা মপু মাগী তাইবং লমথমসি থাদোকচগনি।

লম্ফুরমথী।

ইবা লোইহনা হায়গী চে অমা অদুগী থাডা হাপচিরে। হঙ্কি পম্বা তৌদনা থারগে খরে। তোজাউনসু মাগী অরাবা মতৌদা মশামক্তা চত্তুনা চেসি পীনিংলি। হায়গীহৃসু লৌখোকপা তৌরে। অদুম মথোঙ য়েক্লুশিল্পগা অহনশিদা লাথোয়রে। থুনমক ইম্ফাল পাংলরে। ইবোয়াইমদি হয়েংসি মঙ্গুম চঙলগনি হায়না তৌরগী।

মপাগী কাংচুপোমদা থবক শূবা চৎখিবদগী অশোয়বদা পনখিগে থম্মবনি।

খুদংলোমদগী থগৌখোমনা থৈমৈ, "মানা নুপাগী য়াম্লেমবৈ পুম্নবনি। শোয়দ্রে! হয়ক্লরোই!" তোঙাউগী ফুরিংখাউদগী চেখাউছু টবোয়াইমগী থুত্তা থুংলবদা মখুংগী চেশিংছগী মরোল, ওক্না, মথং শিংবা থওলে। মপি তাই। শোয় মপী হোল্লি। "হংচিং শগোলশেল মুমিত্তা য়ৌরকনি, ইপল," হায়না ইতিং তিংনা থওহল্লে। করিগু য়ানিংঙাই লৈত্রদ্রবনা অহনজি কল্লক্রে। থুংলয়দুনা লোইনমক টবোয়াইমগী মখুক থওলে। খোম্বখোয়না লোত্নদুনা থায়কখিবা কত্রবা চেনি হায়বসি থওনদুনা ঈংনখি। অদুবু, চগোম চগোম লৈতনবদি থম্মখি। টবোয়াইমনা কত্তব-শিংবু অরাবগী পীনিঙজ্রি।

মপানা থাদা লৈরিরৈদা মমৌবু মনাক্তা থম্মিংলদুনা, ইবে-য়াইমনা মচাদা মমৌগা অমুক কায়রবা থওহল্লকই। থাবাবু অমুক পুথংলকপা তারে। মমাবু মাগী অপাম্বা অসি কংহল্লে। মরাই-বদ্রা থৗরিবদি, লাইশ্রম শাগৈ চাকচাননি হায়না টবোতে ন মুমিদাং অমা অমুক হল্লক্রে। মচাগা মমৌগবু উবদা "শাগৈনা চাদ্ররোইদকো ঐসি!" মুক্ত মুক্ত শোল্লি। অদুবু, অহুং মরৈহনবদা তারে। ইবোয়াইমদি মশা থম্মা কল্লকপদা লোত্তা-কুম্মা চৎকলৌরে। মপানা চাক চাবা চৎকদবা মুমিং অসিমক্তদা মাগী ইংখোলদুগী লোল্লবা লাক্রে। থুংলবগা শেল থীরে। ইচম চমখোক্লবনা লোয়শঙদি কোয়া কানবা তারে।

লমদা থা অমুক মপোক কংঙ্কবনি। মৈকোকপা হানখিবা লোইবী চৈংমায়শিংদা নেম নেম্বা হানৌনা মালং শউম কানরক্লে। শাকরবা পাখেল চৈংথাউ পাম্বী কয়ানা চৈংগী মাপেরুশিংদা মতমগী থৌদা ইল্লি। চৈংলম কংলৌ তৌনবা, থবক কনবা লৌমীশিংনা পাক্লৌদা হৌমকপা মৈগী মৈখুনৌ খেক্লা খোঙ্গনা তমথৈ নাইদবা থকী অহাঙবা তম্লি।

উপাল রাপাল নৌথোকথা অসিদা লমজাউ মৈচাক য়ৌদবা লোক্লৃদা শাকথশিংনা শক্তি তানবা তাগনি, উপনি। ঈচাউবখোমহ শাদানবা য়াওনবা থওহন্নকই। অক্লনা, মানা মকোক চিংক্লনা মখোয়গী থুনগী নহা কয়াম্নু মথুত্তা থুংলাই পায়হনা খোরক্লে। তুথও থওহৌদনা শক্তি অমা চৈংখোতলোমদা চেম্বরক্লে। ঈচাউ-বনা হায়া থওলহনা "তু! অমা চেম্বরক্লে!" তাক্লম্লগা থংনবা মনিঙ পাংনা হোকংথে। শাহুদি মখোয়গী অবাংগী ঈচেল পীক্লবা ঈরম পাংনা হাইথরক্লে। থম্বনা, মানা শিনিংদহনা চেনবদা শোটৈ "ও! হুংবু হুংশিলা!" অম্বয়া শোনবশিংগী মক্লুংদা থখৌম্নু অমনি। মাদি তানিঙ উমিংক্রহনা অঙ্গাংগী ঈরমদা ঈরুহনা মতম লেম্নুগে থক্লে। চংথে। শাহু অমুক চৈংমায় পাংথে। মংশা থুপচিন থুপচিন, থুনিঙনা থুমাঙ লায় লামহনা হুয়া হুয়া চেনবম্ন য়াওখ্রে। য়াওখে!! হাইহাক অমুক মাওখ্রে। ঈচাউবা থকী মীশিংগা তিনখ্রে। কয়বা শাহুঈশিংবু শকথওবশিংনা লায়কা শাদান খোনগা লোয়ননা নুংহৈম মঙ্গুং ঈলহল্লি।

মতম থয়া হোখ্রে। অমুক থেংনরে। তম্পাক লমদা হায়খিবা

ঈশিং মরমসিগী খা ওইনা চেম্বরক্লে। থম্বৌখোয়গী কৌক্র ওইরপ্পা ঈচাউবনা তাম্নরক্লি। মখোয়গী খুনয়াদা ফুংদা হুইনহু তায়রি। তাহু হাইগংনিংলে। অরাং য়োৌরক্লে। শাহনা থেক খোয়না চেল্লি। ঈয়ম্নুংদা অমুক কুমগ্রে। কয়িগুম্বা অমদা অমুক থংলহনা কন চোংথংলক্লে। চুমত্রিং চেনবা ঈচাউবগী ফুংদা থাপ্প। অতৈনা ইম্নরাক্লি। ঈচাউবগী মপাম্বক্তদগী শর্মজিসি অমুক মায়রৈথিদোরে। লৈনবা! পন্তক তৌরিহৈদা মথুংকী শাদান খুংলাই অহু ঈচাউবনা থাগ্রে। লাইনা কনগ্রমাক্লে! পাক্লে। তাহনা লৈরাই মশোংদা তোংবা নুং অমদগী কেন-দোকখিহনা খোংম্নুংদা তেঙ্গৈমুক য়াওনা হাইথগ্রে। শাহনা মীয়ামহুম্নু থৈহনা অরাং নোংচুপ চুথেক তম্না চেমগ্রে। চেন-থংগ্রে। নিঙবা কায়রবা ঈচাউবা মাগী খুংলাই খুরবা কুমথগ্রে। ওকপা, কিবা, অরাবা থোংনরে। "অ!। ... ... ইশ!" নাহে খোম্থোক্না মকমহু নিরে। ঈচাউবা পাথংপনা লেপ্লা ওমগ্রে। অরাবা রাহৈদা অরোনবা খুদোংথীবা কোওলকই, "ইশ। কয়ি মতোনো! ইয়াম্বগী মরূপ! ঐগীম্নু ইয়াম্বা করম্না অরাবসি ফংগ্রিবা! ঐবুনা করম্বা নোংদম থীবনা অসি-গুম্বসি নংনবা ওসি শাদানবা য়াওহল্লিবা।!" থম্বৌগী পুক্তা মাগী তাহনা লেংলে। লোংনা নুংলক্তা ফুহনা চৈনাখোল থাওহনা লৈরে। শাখিরবা খুংলাইহুবু শংলগা অতাওবগুম কোম্মুনা কপগ্রে। ঈনা ঈচেলহু মচু শঙলে। থম্বৌ খোর পিকাশলক্লে। ঐখোয়গী ইরক্তগী চংগ্রে।

থেঙ্গথবা তৌদনা মী পুদিংমক খোদোক্লসি তানরে। থাগোট্রাব্রয়রে। থানিনমু লৈথারবক্তা থরো ওন্না কপহ্রে। ফুহংনরে ইবোয়াইমা। থাবাগী থনবদমু চাংজাউ নিঙথারফুবা ননবগুম য়ারে। অহল শাংদা চন্নবা তোঙ্গাউ পিরোইননা থাবাদা পাউসি তাক্ষবা লাক্লে। য়োরে। য়াকম অসিদি মযোম লকপী মকাদা তমঙমদনা লোথোক্তবগুম লেপ্লুমা লৈরে। চীঙ্গী মিংনা হানজ্রে। লৈমম্লিবী লাইবকথীবীগী নাক্তা মাবু মুংশিবমথৈমু পুম্নরে। পিগী পিনা পাউহংনিংলে। থাবাগী চীম্না হাক্লে "ইপল, করি পাউ পুবিরক্কুনা ঙসি নচাগী মাঙদা লৈরেং থংঙমজবা মীগী মতৌগুম ইপানা ... ... !" "ইযোম ইবেম্মা, ঙসি কৌবা নোংসিদগী নংবু পোকপীদি নুপ্পা পুজিদা ... ... ... !" থোংলবা মিংলু লাইজনা, ইপাম্বাগী ঈহৌগুম, হৌরকপনা পাউদাম্নবগী থোন-ঙ্গেলদি ওলহল্লে। "ঐগী ইমা নুপ্পা পুজিদা !!" তোংঙানবনি কাউহ্রে। কুমগী নোং থোংবগুম মপাবু কৌহুনা তেংথাব্রে। তারিবা অকৈবা মুংতাইনজ্রে। মরমমু মথং মথং তম্রবে। হেয়া কপহ্রে মচা ওইবী।

অমুক্তা মীকপ তক্লিদেদা কোকথুমা অমমু চঙলকই। ইবোতোমি। চৈখিরৈ, "হায় ! করিনো তৌরিসিবো ? তানিঙ্গদে ! অমাদা চৎলো !" মকু মাবু কিজবনা মপা মুংশিজবগী হেনবনা থুঙমদবা থঙ্মোইঙুংগী মপা কাম্নবগী পোৎলুমহ পুহনা মথা ক্রেক চৌক্লা মাগী কাদা চঙব্রে। মাগী অমামা মতৌ ন'কোংঅদি

তারবোই। উবদি উগনি। খিংঙমত্রে মাগী ঈফুৎ পিরিছ। থাম্নগা হেন্না ঈহৌরে। তোঙ্গাউবু হৌনবস্থ নিংথিনা উত্তনা থম্রোকদৌরে। মকুবোক্না মাবুস্থ শাউত্রি। মচানিংঙোলনা মপান্নৌ কোম্বোং লানশিঙ্গবুদি ম্নাত্রবস্থ খুজিন্না লেপ্লুন্না তেংথা-নাওইনিংবনি। অহবু, মপান্দা অহৈনা "মনবু চৎপা তারিব্রা ?" খররকপদা ইবোতোম্না "করি ? কদাইদা চৎপা ? চৎকে হায়রগা অহুম হঞ্জিনখিবা তাই। মথা তারহু," ককপ্রে। মাগী মাপা মনাকোং মেম্নুনা থাঙপ্রবী থাবানা পাউদম্নবনা হন্নমদাইদা "ইপল, মসিনা খুদৈ মচা অমতং তখিখো ! সিদগী হেন্না লৈকত্রে। মবোম্বু মারৌবিদবা নিঙ্করি !" জুপা ও লাইরে। হুনপ্রে অহল্লু। মানা মকুবোক্না মমৌবু লাকহন্দবদি মাংলোকে। মাগী মাঙাও মাতাইহবুদি ফুকচপ্রে।

ইবোয়াইমনা মপান্দা পাংবা ম্নাবা থাংলি। পাউ হাক-লোক চাম্নজিন অছুগা পোৎ লৈদুথাক-লৈশিমচিংবা তৌখি। অহিং মহৈনা পোৎলোইখি। ... ... ... লৈশিন্নবনা ইকমা লোইমহুনা মখি হোংলিদৈদা শজিছ মাগী মনাক য়োৎকখি। মজদনি শাহুনা থংখিবহু। অহুম পোকখি খঙ্গবনা শজিহু ইনি-ম্নবকাওবদা মথা ওম্না ইতিং তিংনা লেপ্লুনা মবুক ইম্রাও লাঙনা লৈদিহৈদা কংখিবা অন্নাবনি।

থাগোইনা মচা হুপাগা চৌরা পুজি লেনবসি মাগৌরি। [illegible] চডি অমতি মমৌ খিবগী মাখুল লৈমিদম্না তারি।

অহম্বেমগী চাউবনা ইবোত্তোনবু খরদি লাক্লবা পাম্লে। শজিবু পানখৎলম্লে। হোয়েল হল্লেং হায়হুনদ লৈরে। অহনসি শাউরে, "নং অমুক্তংদি নখুৎ তুংবুরহনা পুগেদো। খঙপনি!" ইবোত্তোন্দি হন্দক্তি ময়ুমদা গুকহন হলক্লে। ইবেম্মাইমনা, মীনা শাউব্রিবসিদা কিজবনা পাউ চেনখম্ন লাক্লে।

ইবেত্তোমন্ন মশা রাই শংলক্তবা খাবুম তরা শুরকদোরে। ওসিসি মমাবু ক্লোরৈ। মশা ওমত্রে। মমানা মচাগী নাক্তা চৎপ্রিডৈদা প্রভাগা ইবেমপিশকা তপ তাবমথৈ খৎনরে। কুমারগী রাহৌদগীনি। খাবানা কয়া খাম্বগী হম্বনরে। অদুবু, মনম্মসি ওসিদগী তোংতান চাগ্রে। তোম্বীনা লাক্লগা পূরবা কয়া হায়জৈ। রাখিত্রে। প্রভাগী মতৌসিদা খাবাম্ন নোংমদি মপুরোইবদা "চাকখুম পূরক্তমসি" হায়রবা য়ারি খরৈ। অদুবু, অদুগুম্বা মতৌদি লৈত্রিদে। খাবানা মপুরোইবগী মনাক ম্লোনিংবনা লৈবা ওমত্রে। চাউবনা মকুবোকপু শাউবসিদগীনি। মীগী শেলসি শিংদোক্লিংবনা লোইরে। মসি মপুরোইবগা তানরগা খোকনি। অদুবু, মনিঙ তৌনা হেক চৎপদি ওয়াই। অদুগা, চৎলবদি মমাগা মৌপরাগম্ন উনরুনা অমুক্তং পিনৌ-নবদি শোয়ত্রে। অদুগা, মমাখোয়গী মপুক্লিং লৈতাহনবদি খাবাগীদমক মুংনাংনবা মাঙনবদি, নোংদম্বনা শীরক্লে। চাক্কেন-দবীম্ন ওইনি নিঙনব্রবনি খাবাবু। নোক্লচাউবশিংনা, শামুখোয়মক্লা

"অসিগুম্বীসিদি চৎহনখিবনা কম্ববনিনে। চাকং-নাউকংগদবীস্মু মাঙ্গ্রে," খম্লগ্রবনি। অদুবু, মাম্ব মম্না অমা ওইবগী মত্তাং য়োম্লকদৌরে।

খোম্বগা তরুবীগনা শীন্দুনা থাবাবু মাঙহনগে, তৌবসি লেপত্রি। কত্তবশিংসিগী তুংইনবস্থু লৈগ্রে। অমুক্তুংদি লৈবাক কাওবা থোদোক থোক্লবা তাই। মকুবোক্লা মমৌবু চাম্লবদা য়েক্লবশিংনা খুদোং চাবা লৌনবা লুমগ্রে। মথৌ কনবা ইবোম্লাইমশ্ম কারকপা লৈখিগ্রে। মনেম মকুম্ন লৈত্রিদৌবা থাবাবু তরুবীনা মপুম্নোইবগী নাক্তা খিনবিগে হায়নিংলি। মামক্লদি হায়রুবা ওইথোক্কে। মুংখিল অমা শাম্নুনা হৌম্বরে। মমৌ ওইবাবু মানা ঙমহুনা পুদোরে। ইবেমপিশকা তোম্বী-গনাদি মাগী মতৌসি চিংনৈ। অদুবু, অদুম থাদোকগ্রে। চিংনরপনা চৎগ্রে থাবাস্থু। খোঙনা কৈশাম্লপাং য়োক্লে। তরুবীস্থু লৈরম্মী। মানা থাবাবু লুনা চাম্না তৌহুনা শেম্লগ্রে। হম্না মম্নুংদা শাম্নুনা থাম্না তুংদা কম্লগা মখোয়নিবুনা য়াঙদা থংননা কমহনগ্রে। মখোয়গী গাড়ীনা চৎপা হৌরকপদা। য়াইম্না হায়-বহুগী জীপ মম্নুংদা খোম্ববু থাবানা উথি। নবম্ন য়াওখিবগুমই। তরুবীগা শামুগদি মখোয়বু উশিম্লখিদে। মখোয়না হেনকত্তুনা চৎখ্রে। মালোমদা থাবাখোম্লনা তোংবা গাড়ীহু অমুক থাম্নি। ঈশিং হাম্লবা থাম্বনি। অমুক থোম্লক্লে। তরুবীসি মবুক খিনবা মতৌ মাম্না কমলি। য়াম্না কনশিন্নকপা মাম্নি। থাবাহু মতৌসি উরে।

থাবা—পুক য়াম্না শুংঙাইবিত্রবরা ?

তরুবী—হোয়নে, মতা অমা তৌরে।

পাউথুমসিদা থাবা শুংঙাইতে। মাগী কন্তবা পূখা কাউ-খোক্তনা শুংঙাইহনগে থাদ্রি। কোইজিং য়ৌরক্লে। থাবানা মকুথোক ওইরিবা শামুবু য়েংলকই। লৈরমক্লে। ওকই। মাদি ওসাই মালোমদা থামখিবা অহুদা হুরান্দুনা কুমহৌরবনি। চিংনবা য়াম্না হেন্লে। কোইজিংদা তরুবীনা পাঙৌসি থামক্লে। জীপ অমত্তু থারি। মমাই ইন্ফাল ওন্নি।

থাবা—করিগীনো ? কুমখিদৌরিব্রা ?

খোন কায়দা হংই।

তরুবী—উম, কুমখিদি। সিদা চঙখিসি। নত্রবদি, য়ৌবা ওমদবা তারে। য়াম্না কম্না থিক্লে।

মতোন্দা থাবানা য়েংলগদ ওপংগী মাবু ইথা থাজনবা মনিও থুংহনগে থক্লে। কুমহৌরে। অদুবু, মখোভনা লৈবাক শোকপগা তরুবীনা থাবাবু থারিবা জীপ অদোমদা হন্না পুরক্লে।

থাবা—করিগীনো, শোমদা অমুক হান্নগসিনা ? কদাইদনো ?
(য়াম্না চিংনরে। কপনি থক্লে)।

তরুবী—ঐনা হায়বদ ইম্নু। নত্রবদি ... ...।

থাবা—খুদোং চারোই—অসিরা ?

তরুবী—মহুমক্তি হায়নিংবা।

থাবা—অদু ওইরবদি, অপাঁবা তৌরো। ঐ নহুং হনবা ওমলোই।

তরুবী—লম হেনগনু লমলাম্বী ! নং শিবা কিত্রা ?

থাবা—লৌখিবা লৌখিবীশিংদি মতাংসিদা কিবা হাই। অদুগা, থাবা ঐদি নখোয়গুবা করাগা মাল্লওরবদা থরায়সি থাদোকে নিঙলে।

তরুবীনা মাবু চিংনবা তৌরে। অউবশিংনা ওক্রা য়েংনরি।

তরুবী—ও, লাকও। পুল্লসি !

জীপ অদোমদা ওলগা মী কৌরি। খোল্বগা য়াইমপা হোত্তোরকই। নবদি মসিমক্তি হাওনিঙদবনা লৈহৌরে। খোম্বু হেক উরকপদা থাবাসি তরুবীনা লাল্লবা ওমত্রে। নখোয়নিনা য়ৌরক্তি ঙৈদা তরুবীবু মানা লাক্লে। মী পুরুমক যিং কুণ্ডনা য়েংনরে।

থাবা—নংগুবীনা ঐবু উশিন্তবদি। নখজাইহুদা খুপাক্লা ... ... ... !!

মখজাউদা খুপাক্লা অনিরুক থাল্লে। মণমতু কোয়রে। খোম্বনা থাবাগী য়থুং হেক পাম্বগে ত্রৌবদা হবা মঙ্গুংদা নবনা মখোয় অহল্ল থাবা থাদোক্তুনা চেক্রবা কম্না লাউরকই। করিগীনো ? ইবোয়াইনা একাগাড়ী তোঙ্গুনা লাক্লে। নবনা হাম্না উরক্তুনা তাকলকপনি। অহমস্থুনা অনিগা অমগা কায়-ননা, সুপা অনিনা জীপতা কাখল্লে। অদুগা ওক্তবীহুনা লৌবুক মতেক অমা শম্লগা মনেংগী মঙ্গুংদা হোৎচিনল্লে। কম্না খৌল্লে হয়াহ ইস্কাল তান্না। ইবোয়াইনা মঙলান মতৌওম থাবাবু পুহনা মাগী লৌমী লক্লম অহুক পাংলক্লে। মী

পূম্নমক ইঙক ঙল্লা অহুম লৈহৌরে। অহুবু, কোম্না শোয়দনা মথঙমরনি। থাবাবু য়াচঙবদা মপুরোইবনা পুহনা মপা লৈত্রবা মপাম লমদম য়োইহলে। মপাবু কৌনা কপ্পা কোম্মোং য়ৌরক্লে। ঙমাংদা অতাবশিংবু পিহৌহনা ভেংথারোল ভম্নরে :—

পম্মৌ ঐগী অপোকপা,
নমোম' লাক্লে পুকক্ববা !
ইপা' চেংলৌ উদবা,
থাবুম কপ্পা হৌগ্রবা !
উনি থম্না লৈরবা,
হৌজিক খঙ্মোই কায়রবা !
থরায় মপু খিবদা,
পুজি ভুংকম থনবদা,
জাংকী পম্নোন লানবনা,
কংলে লোনচং থেম্নবা !
ঙমাং চুথেক মরিদা
কোয়না চংনা কৌজবা,
ভাবিথিত্রে ইপানা !
য়ারৌবিত্রা অপোকপা ?
মপৈ মপৈ ঔকাংজি,
ভাইবং মপোক ঔচেলসি !
হৌকম ভাকম পুনবনি,
মপু য়াগী খুৎশেম্নি ॥

চাউরেন্না থাবাবু মচাঙুম নিঙবনা মপা মরুপ কায়নবগী অন্নাবা কোক্তি হায়বসি উত্তুনা ঙসিসু কপমিন্নরি। মমা ঙইনীসু মচা মুপাগা ঙসাইনা থোরক্তুনা ঙসিদ য়ৌরক্লিবী থাবাগী তেংথাখোন্দা অমুক নৌনা পিদারি। হন্নমদাইদা, মমানা মচাদা ঈরুথোক্লগা মপুরোইবগী য়ুম চঙনবফাও তাকল্লে।

হৌখিবা পুম্বা লোইনা খঙলবা ইবোয়াইমনা হনগ্রপা "হন্দক্তি মী থরদি য়ানবা তারেদো!" অহুগা, নবগা থোম্বগদি, য়াইমনা মালেমদা মাগী গাড়ীহু ঙসিসু অমুক শেমহুনা লৈরিতেদা, অরোনবা লৌবুক লম্বী থিহুনা শগোলবন তানবা তৌখি। গাড়ীহু য়ারবদা য়াইমসু কম্না থোখি। কাকৈথেল য়ৌমদাইদা গাড়ীহু শোরোক্কী থোংবান্দা তাহুনা মথুং ওইহু থুজেংদা তেকল্লে, অহুগা মনা ওইসু তংল্লে। মশা লায়েংশঙ য়োথবা তুংদা গাড়ীহু চিংখৎখি। শামুসু থোকখিবা তাহুনা লোৎল্লে। থোম্বগা নবগসু লম্বী তাওরিতেদা মথুক্তা চৈ পায়বা অহল অমা ওরুহুনা ইকিং কিংনা লম্বেল হংখি। অহন্দু মথোল শিন্নবনি।

নব—ও, খুম্না! শগোলবন তাবা লম্বী থম্না তাকপিয়ুবা!

মুপা—হা!, কৈদৌবা, ইবুংঙো?

মথোয়নিদি য়াবু মথোল শি হায়বসু খঙদবনা হেন্না পাখৎখি। মুপাসিসু মথোয়না থগৎহনখি। নবনা মাগী থোহোক তমখি।

নব—ও শগোলবন তাবা লম্বী হংবনে!

মুপা—হৈ! মিতৌ তমগন্থু (শাউবনা চৈহু হাইগংখি)।

খোম্বা—ইহে! ঐখোয় খঙলুরে!!

মখোয়নি চেনখ্রে। অখেঙবদা কৈখেল অচৌবা য়োরে। মকমসিদা সুমিদাংগী পুং ৯ তাবকাও নৈশিন্দুনা লৈরগা লম-লোঙ য়েৌবা পামহুনা মুম্না খঙনববা রিকশা অনি অমুক কারে। অমতনা য়্যাবদা হল্লকপা লুংঙাইরোই হায়না অনি তুরে। মখোয়নি উত্রুলদা লোৎলুনবা তৌরিবনি।

নব—কম্না কয়াদি লৌগনি? অতৈস্থ নত্তে।

১বা—তাদখোম্বনা অহুম খনবিরো।

খোম্বা—নখোয়না হায়কম খোকপা নত্ত্রনে ?

১বা—লুপা ৩ | ৩ দি পীয়ুদনা, তাখোম্বা। চৎলগে।

নব—৫ | ৫ হুম পীখোক্কে। অহুগা, ঐখোয় থাউ খরা খরা হান্নুখিগে। য়াত্রা ?

২বা—মহুদি তৌবিরম্বু, তাদখোয়। ও, অতৈ খিবিরো।

১বা—উম, মহুদি হায়বিরম্বু।

খোম্বা—হেরা। খোয়ত্রেদা। (খানা য়েংই) তৌম্মুকো।

নব—ফুইরোইয়ে, কোফুঙম শিংদবশা! কৈখেল খলঙম ওইজবা থিগেদি হায়ত্রদনা। কায়দে। ঐখোয় চঙলুখিগে।

মখোয়নিঙদনা খঙবা মকমদা চঙখ্রে। খরুবদি কংলক্কে। করিনো শায়হুনা খোরকই। য়ুমওক্লা অহিং য়েনখাদা চুমত্রে মন্নচিংবা চৌকখায়নঙমই। মখোয়নিগীসি শান্নরা ঙান্নরা অমদি শোন্নদবা তাই। অশাবদি হাক্কিল্লক্কে। কাখৎলে অমুক মখং মখং। খৌরক্কে কোইনা শঙ্খে হাংলোমদা। কোঙুং মমাঙ

য়োরক্লে। মাখি শোরোক্ৰা মায়ওক্ৰবা চীক্তকপা লমীয়োমদা হাইরক্লে। হায়া শীঙ্গরকপগুম খরা চঙশিল্লক্লগা খাম্মু হায়রে।

১বা—করি তৌরবগে, তাদা অনি?

খোম্বা—কুম্লগে হায়বনিদনা। খঙ্ত্রিবরা?

শেল পীরমদনা চংনবা তৌই।

২বা—কৈপাদি? (মখোয়নিস্ন কুমথরে)।

নব—হয়েং কোয়া পীরগে। ঙসিদি য়াওরক্লে।

১বা—তো! তৌরেদো! (নবদা চঙশিল্লি)

২বা—তৌবিগমু মহ্দ! য়াজবা ওয়োই। (খোম্বগা নক্লরি)।

খোম্বা—য়াবা, য়াদবা হায়রিবসিনি। (২বদা শংকৎলি)

হৱা অচৌবা অমম্ন অরাং পাংনা লাকই। মহুনা শল-গাড়ী অমম্ন হেনকৎলকই।

১বা—মহু তৌবিগন্নুদা! মক্লপকুম খঙনরবা নত্রা?

নব—চৎপ্রোকো! নত্রবদি, নপুল্লি লোমহুনা তোকনি।

২বা—"নপুল্লি লোমহুনা তোকনি!" ইশ! কয়াদনো! (শাউবে)

নব—সাক্লিব। গাড়ীসিগী তুংগী চাকা মরমদা ইনশিল্লগা লোইরেনে।

১বা—কৈ! মহু ওয়গা তো! য়েংসি।

২বা—তো! তো!!

খোম্বা—হেরা! উলিক্তবা শারদনা!

মথোয় মরি অনি অনি হকথোংনরে। গাড়ীহুনা মথোয়বু উদবা নত্তে। অদুবু, অথাগবু হাৎপা মতম্লিনা কিরবা থৌরিবহুনা গাড়ীহু থামজে। থৈহুনা চৎকদৌরে। চৎলে। হরে! হরে!! থোয়না অনিত্তবদুবু তুংগী হরাগাড়ী চাকা মপাদা ইনশিনরে। লোইরে! লোইরে!! হরা থৌরিবহুস্ মতা অমা তৌরে থওনা অদুম থৌরে। লৈহৌরিবহু শলগাড়ী লাক্লিবা অদোমদা চেনরে। নবনা মাবু তায়রে।

১বা—ঐবু কনবিয়ু! ঐবু কনবিয়ু!!

মতমসিদা শলগাড়ী থৌবহুনা মাবু কয়বা কুমথরকপদা য়াওঅদবা মাবুহুম মবুক্তা থাংনা থিনবিরে। মাসু হিংলরোই! রিকশা থৌবহুদি চেনখিহুনা রাকৎকম য়ৌরে। থোম্বা নব অরাং পাংনা চেনরে। মপু লৈত্রবা শল অনিহুদি মীওই রাথল রাৎপনা অরাবা রাথল মরীক চেন্দনা অদুম গাড়ীহু চিংলি। তুরেল* থোওবাল য়ৌরকপদা থোগুংদগী মুপা অমা কাথৎলক্তুনা শলগাড়ীহু থৌরে। নিক্রবা শোয়োক্তা হকচাং অমনা লোবা য়াদনঃ অদুগা অমনা মপোপ ইকায় কায়দনা কায়রপা তারিবহু থিগৎলবশিংনা থুংলরবদা. মা মাগী মকমদা পুনবা তৌরে।

নোং তারে। য়া য়া লাউরে। তরুবীমু মনেগী নাক্তগী থুংলবগা ইম্ফালোমগী মীহাৎ রাথোকসি মদুং য়ৌনা শেংনা তারে। মীহাৎপশিংবু থিরক্রে হায়বসিদমু মিপাইরহুনা "তরুবী ঐসি লৈতবনা কয়ে! ঐবু মাগী মুপা ওইবা মানা থিরক্লনি!"

চুল্লে। মমাক মচি শরুক খোঙ্গুম্বা -ঙাপ্পা- হুয়ানুবগুম্নি। মখুম্বা থোৌগী পাম্বদা মঙোল্লী, মুগাত্তী পুৎলোন প্লাবী মুম্বা খোরক্লে। তাইবং পুম্নমক্কী মতৌ পোক্লা অৎৌবা পোল্লুম ওইরমগা চৎলুগে খল্লে। ফাল্লে। তাইবংপান্দগী চৎল্লে।

ইবোয়াইমচা হু পাম্বী ওইবা মী মরূপশিংবু খেংনরম্বা লাকপদা পাউ লোইনমক মরীক চুম্বা খানা তারকুনা অমুক হন্থিংলে। অমরোমদন্না, হেন্নোক্লা পেল্লে। লোত্তুনা হিংল-লোইদবুশিংগী মুংদা তোরবা মতৌদা খায়েল চৈরাক কংলপনি খম্বুনা হনল্লে।

মচা ইবেত্তোনসু মচা মুপী অমা কংলহুনা ইবেয়াইমা তুসিসি জুংখিল ওইনা মমুখদা হল্লক্লে। খাবাগী মচৌন্দগী রাকোক থঙদবনা মমেম ওইবীসু খোক্লিবশিংসিদা ইচম চম-খোক্লি। মাগী হেক তুংদা ইবোত্তোনসু খোক্লিবশিংসি থগুদনা খুংলৈ। চাউনবু থৈনবা তোংনবদদা খবেং খবেং খুংলবগা চাক চাপে হায়রৈ। লৈরগা খরা চারিত্তদা মনিঙখোঙদা অহন্থেমগী অকলক লাকপা তুই। মাগী চাক হক্লবা কাখৎপা ময়ান্থ অকি অথং য়াকা ওইরে। অহুদগী, মিহাৎপশিংবু থিরক-পশিংসু উরকই। "শোয়াত্রে! খুরা চাউখনা ঐবু কাবো লাক্লে!!" হায়রহনা মখুত্তা চাক পক্লা পক্লা মনিঙগী লৈপাল কাওদোক্তুনা চেনল্লে। মাবু উহৌবশিংনা ওকরিত্তদা চাউবসু তমাং য়োৌরকই। ওক্রে। "মা ঐনা ফজনা হায়রিত্তদা য়াবা কৈকো!" হায়রম্লগা অহনসি হনখে। অহুপা মীচম

নত্তবশিংহুদি, হুই চাওর হুইবু থি, শল চাওর শনবু থিবা তাবনা, নব চাওবনা শামুবুস্ন থিরকপা মীশিংনি। ইবোতোন মাগী মচৈকম কাংচুপ য়োক্রে।

মথং চুমিংকী অমুক মতম লোইরকলোয়ে। অসিকাতবদা ইবোতোনদি লৈতাদবনা চাক চাজি। চুংশা শারবা মতাম্রি। চুপা অমথক মাগী মনাওনা মমিতমক কাংনা চঙলক্‌ই। শা-মুনি। মামু চাক চারক্তি। ইবোতোমা মাগী অবাবদি তয়ে। অচুপা, ইম্বালগী থৌদোক পুম্মকমু থঙলবা শামুদি তাবদমক ওইরে। লোইনা লোৎলে। য়াবদি মানা হেন্নবনি। অচুনা, মকমসিদা মৈহৌছনা চাক থোংলগা চাহুনা লাম্বগী অবাবা কোকহনবা ওল্লোইদৌরি। অনিসি মান্নয়ে। মথোক্তনিমক লম-জাউদা চাকলৌরে। পুগদবা পুজুনা চৎলে। চৌংথাম্নগী মশংবা কিশাদা মশাল কবোক চাইরবা চৌংথাউ পামৈলশিংহু হৌজিক্কি মথৌ লেপরে। মতম লোইরে। চুংশা শারবসিদা, লমহাওদা মৈকম লেমরে। লৈরত মথোক্ত ওইনবা নুং অনিদি কংলে। অমগা পাম্রি। ও। মথাম্ন চাম্ৰকপা মনিত মমাত্ম হুনবা য়োৎ উক্তোং অমা কংলে। মথা তানা য়েংজে। কোক মুং-শিনরে। মথোম্রনিমক ইঙ্গ-মায়থঙবা লোইহনা থোংকমদা চঙলে। শামুনা মৈ থাগৎলি; ইবোতোমা চকু থাংগৎনবা হোৎনরি। মৈ কমা চাকখৎলক্রে। অনিমক নিংথোল ভিত ভিত চোংনমু মথৌ তৌরি। রুমাখা ওইথঙ্বা ইমশাং থেম্রি। মনাও থোকপনা হেং চাথা হৎনবা তৌরি। মথোক্ত থাংলোমক্রে।

মাপী ফুরা লৈরঙ মখোঙ ওইরিবা উত্তোংহু 'ত' হায়বলিপী ফুংচীয়া পোকথারবে। মখোয়া মকমহু শেংপাক কায়রে। লৈরঙস্বু মনাকী পোং অতৈস্বু ইচাই চাইরে; ইতোই তোইরে। ইথ! থামুপী মথবাক ওইওইনা কায়রে! মপা শাবুম উরে! ইবোত্তোনস্বু মখোঙ য়েত্তু মথুকউ মথাদা তংকদোথমখে শোক্ক-হুনা লৈমায়থক্তা হাইথরে।

মখোয়না থওথিরবননি; উত্তোংহু ওয়াং হুংথিল পুংয়াওবা অওাংশিংনা মচাক ফুয়া হাঙ্গিন্দুনা মখোঙ চেংনা মেনশিল্পা পোকথারহনপে তোথিবনি। অহনশিংনা চৈবদপী লংখোক্লবনি। য়ানা মখোয়নিবু ওংলরে। অমদি হোনবী ফুইরা লোইশিনবা তোত্রে। হকচাং শকওলহনবা থামী মৈজাউ হৌকম পুন্দি য়াতাকমদা পুরে। ইবোত্তোনবুনা লৈবাকী লায়রেংশঙদা পুমক্রে। মখোঙহু ককপা তংরে।

ইবোয়াইমা মপাগী পাউদা থাবাবু পুহনা তনয়ো য়ৌরকই। অরাবা তায়বদা, লম থিদনা, লাং থন্দনা, মরী থোকপা থোক-তবা, মপানদি চানথিজ্রবশিং কাওবা মপাদু হংবা লাকপদা মরুবা যুবুশী থম্মোয় শেংরে। ইবোত্তোয়া মরুবদা লৈরবদা চাকথুম চোটথোকত্রে।

নব থোদ্বথোয়সু কারে। মখোয়নিদুর অওবনা তাইব-পাল থাদোক্লবা হুমিং লেপত্রে। হা, নব। নংদি নপাগী পাউদি তানা তানা নাপেংবা মিংচৈনবদনী হৌরা তোক্লেদকো!

মপু কায়নবা শলগাক্তী থৌহনা চংথিবহুনা তোরাহ

হায়নিংদে। থাজখিরোইজ্রা ? ... ... ... পূমখকদি মরাংখদা তম্মু। পামত্রা ?" "বাখল ঊচেল খেক-খোজনদা ইপা ওইবগী পুক্নিং ফুংইনজরে," মখোনা খঙহন্নে। মখোদা মকুনা "ঐনা পোকপশিংগী মতৌশুম পাবা কৌগেরা, পাজি হায়গেরা, ঐবু কৌনিংবা কৌরো," হায়নশু ভাকখ্রে।

মচা অহন হৃপ্পিল্লক্রে। ইবোয়াইমদি মীগী· পৈশাসিশিংনবা কোয়চেন চেন্নুবনি। পৈশা ফংলক্রে। তোঙাউদগীনি মসিস্থ। মসিমদি থীন্দনা থা অমগী মঙ্গুংদা শিংখিগনি। চাউখদা লুপা ৬০০ অসি মচানা, থা অনিরোম্ব কাদোনা পঙ্খগী লুপা ৫০ মখোই হাপ্তুনা থিজুরে। অহম্না মমেশুবক লোইহোই। ইকাইনা হল্লকই। মাগী মঙ্গুংদা মঙ্গীস্থ থুংলয়ে। ইবোতোনবু উবদা পঙকপ কপথি। থাবানা মচাদা মপাগী বা লোইনা তমখ্রে।

ওসি ইবেয়াইমপা মমৌহনপা কোংবদা থারবা থাউমচিংবা লৌবা চংথি। মনেম্না পোংলুম পুরগা রাইশংত্রবী মখৌনা য়াংতক য়াংতকপা পোং পুহনা হল্লক্রে। মমুম য়োরমদাইদা ইমুংদস্থ প্রভাদমক লৈরিদৈদা "হুই অতাওবা। হুই অতাওবা !!" হায়না লাউনরকই। মকুবোকস্থ কোহোংদা থনি-মমৌবু ওাইহনা লৈরি। অতাং মচাশুম কবোক চানবা ভাইরিবনি। খঙহৌদনা হুইহনা শোনবস্থ অশোনবা মকুপী মায়পৈ তম্না হোংচিনখিদৌরে হায়বসি মাঙ থানিবী থাবানা উই। ইবোতোয়া মখোয়বুদি উদবনা "প্রভা ! প্রভা !!" হায়না মখোঙ নামনা, চৈদী মতোলম্ব থিরকনা, চোং চোংহনা তথাং তখহন্থ মমৌনা লৈরকপী উরে।

মনাওদি তাম্ম তানা খুমিয়ে। থোরক্কে। হুইছনা হকচাং
কায়াং মচাং তত্রবা ইবোতোনবী ভুং ইরক্রে। খাবানা
হোৎচিনজ্জ্না কোহ্রাংটৈ লংলগা কিনরবা অমবু থংলে।
মমেন্না পাম্বলপগা লোয়নবা লৈরক্কা লেপ্তুনা লৈরি। মকুদি
মাঙোল কাথংখিদোরে। কাল্লে। মথোংগীদমক ফুংগা খীটৈ
মকুথোক্না, "খাবা! নংমুন্দ, খাবা!!" মানা অণ্ডাওবরবু
চৈছনা কোয়থং থংলিক্তেবা তামরকপশিংহ য়োমরক্রে। মথোয়না
মাবু লোশিং তোক্ছনা কারগা পুক্রে। মথোয়গী মথুংমক্না
মাবু মথক্তায়গা মশাগা কায়নহল্লিংদবনা কাহ্ননা পুথ্রিবনি। ওসিগী
মতোংদি ইবোতোনবী ইমুংগী মী অতৈম্ব পুন্নবা মতমদা রারীনচ্ছনা
থজনখি। কিদা লোকপা তিমখি।

খাবানা মমিং মমায় পাক্চনমচাইদা মমানা মতাইগী নাক্তা,
কিমু থেংপা ফুমিদাংনো খুংলবরা পুক্কমদা, য়োৗরকই। নিংথিজরবা
মুত্তোগা ককচেং কৌগী ক্রংকোগা পুরকই। মাদি মান্নবা
মরক্তা অহিংসি লেপ্লগে হায়রি। অদুবু, ইবোতোম্বা মাঞ্জছনা
লমোইদা থোক্ছনা চারগা, ইবোয়াইমঙ্গী ময়াইতংগী তোপ তোঙ্গা
কাহ্নদা অহিংসি লেকখি। নোংপোক পাম্বোইবীগী মশক হেক্ক
উরকপগা হন্নবা তোরে। হন্নমবাইদা ইবোতোম্বা "ইচে, খা-
নিনগী পুহোংবদা পাউ পীরক্কমা য়াদে। এনা ওম্বা পাংলক্কনি,"
থগহল্লে। পুম্নমক্ন হন্নাউনা কায়নরগা ইবেয়াইমনা থাগোইবু
কৈশাম্পাং য়োনবা খিক্কোরকপদা মীনোক লংগনি থন্নবা
তহা তহানা চংনরি। য়োরবদা থাগোইবনা হন্না তাইহোরে।

উৎতা বা পানখৎলক্লে। থাবাগী অহাল্লবা. ওইমাংকজেবা মেৎকী লমদাং ওইবা মচাগী পোৎচেমবগীদমক থাপোইম। তোঙ্গাউদা লুপা ২০০ পীরকই। মল্লা ওইবীদি য়াঙ্গনা পুক্নগী মীরাম্না ইপাল হুমিংকী হুমিদাংবাইদা, ইবোতোনগী ইমুং থরে; য়াদোল চোয়ে। থেমবনা, থহনরগদি পুক্লিং মওন মওনবা মমা ওইবী কয়াম্থ য়াওরি। অশংবীর্ন থুহোংপদোরে হায়বসি লাক্লিবশিংহুগী মচীন্দগী থাবানা তাই। মিকুপ্ত তান্নবা মপাম লমদমদো মপুক্লিংগী মিৎনা উই। হৌখিরা লোইনা য়াথল মিংশেলদা মখি তাই। মীয়ামচু হরাউ হরাউনা হনখি। তোঙ্গাউনা ইবোতোনগা য়ারী শাবগী মকুনা থাবাবী মথুং মতম থরদি, চহি, অমা অনিদি, চাহনা নৈথিবা তারগনু, মতুংদদি শোয়দনা চাগনি হায়বসি থজয়ে। অহনসিনা ওসি ইপাল হুমিংকী মীতোপশিং হয়রগা মখুদা, মীচোই অমত নৈত্রবা মতমদা মাগী মীশিংদা মনুকী অরোনবা তয়কই, "পুন্সিগী হুংখিল মমৈদা খোওশোয়না নৈরম। ঐনা অসা পিবা অহনগী অহল য়াথল পায়ক্লে। হৌজিক য়াগল তয়কক গুরক্লি। ঐথোয় থুদিংমকী ধর্ম্মগী থৌরম পুম্বা চাউহনবা য়াগ্রে। থপোই শেংনা পুম্মকপু শেপ্পীবা য়াবু নিঙলগে। মিরল পুদনবনু থনবা তাই। কুপ্পবা তাইবং যুম্নাল লম্বী চৎপদা য়াথল পোথোক্লুবা ঐগী ইরামম্ব নথোয় পুম্বু হুংঙাইহল্লুরে। হৌজিক্তি অতৈ কনাবু হন্বনা থনবনু তোৗরোই। অতুগা, থৌরম থুদিংমক, চুথেক কোজিল নাইবা, অকা অকুম নৈবা য়াথলং লম্বীদা হয়া হয়া চৎলগা পাঙনবা লেপ্লে।"

ইবোতোন্না হৌখিবমখৈ খঙলকপদহ্ শামুবু ছুকচমকপনা কাউরক্লে। মহাক্তি হৌজিক্তি ওইরে পুক্লিং থাংথৈ খাঙবচ রাখল মুন্নবা, অকখা ঘুঘুরেন।

মাগী ভাইবং লৈকোন্দা  
জাংকী লৈচু কয়াদা  
লৈরাং কয়া শাংলিবা  
লীংজেল লৈশক তরিবা !  
অচান মীরায় নাইদবা  
মালেম শেম্বা মহাক্না  
খন্মোই শেংবা চানবনা  
নাপল রাখল থাসিদা।  
শ্রোইবু শ্রোইহেন কংনবা  
অপূন লৌচিং তান্দুনা  
খুদং নমদু শেম্মবা  
মীথৈবাকুম হায়বা  
ওইসি লোইনা খোকুরেন ;  
রাখল তুবা ঘুঘুরেন।

---

লোইরবা ॥